
খুনুশিংগী লাঞ্জেন
রস্কিন বোন্দ
।। এস ভানুমতী দেবী

# খুনুশিংগী লাঞ্জেন

রস্কিন বোন্দ

হন্দোকপা
এস ভানুমতী দেবী
মখুম
যুধাজিৎ সেনগুপ্ত




সাহিত্য অকাদেমি

*Khunushinggi Lamjen*: Manipuri translation by S. Bhanumati Devi of Ruskin Bond's A.W. novella *A Flight of Pigeons* in English. Sahitya Akademi, 2004. Price Rs. 65








অহানবা ফোংবা ২০০৪

ISBN 81 260 1863 1

সাহিত্য অকাদেমি
রবীন্দ্র ভবন, ৩৫ ফিরোজশাহ রোড, নতুন দিল্লী ১১০ ০০১
লাইরিক যোংফম: স্বাতী, মন্দির মার্গ, নতুন দিল্লী ১১০ ০০১
জীবন তারা, ২৩এ/৪৪এক্স, ডায়মণ্ড হারবার রোড, কলকাতা ৭০০ ০৫৩
গুণ কমপ্লেক্স মেইন বিল্ডিং, (৩য় তল), ৪৪৩, আন্না সলাই, চেন্নাই ৬০০ ০১৮
১৭২ মুম্বাই মরাঠি গ্রন্থ সংগ্রহালয় মার্গ, দাদার, মুম্বাই ৪০০ ০১৪
সেন্ট্রেল কোলেজ ক্যাম্পাস, ডি বি আর আম্বেদকর ভিধি, বাঙ্গালোর ৫৬০ ০০১

মমল: লুপা ৬৫

মযেক শাজিনবা:
ধনা কোম্পিউটর এণ্ড কম্পাইলর্স, কৈশামথোং, ইম্ফাল ৭৯৫ ০০১
ছাপ নম্ফম:
প্রিন্টকো, ২৬ বি রাখাল ঘোষ লেন, কলকাতা ৭০০০৮১

## বাকৈ খরদং

অসুক কুইবর্বাসি অইবী অমান হাযদুনা মযামগী মতুং থাপ্লপ্লা ইঙ্গ্লবকপা ওইদুনসু অতোপ্পা লোন্দগী হন্দোকপগী মাইকৈদদি অমুক্তসু চঙশিনজর্বাক্রু। অদুবু ইখঙ খঙহৌদনা সাহিত্য অকাদেমি, মণিপুরী এদভাইজরি বোর্দকী মিটিং অমদা এসাইনমেন্ট মথং মথং পীনবকপদা ঐহুক্রন্দসু বস্কিন বোন্দগা বাবী লাইবিক 'অ ফ্লাইট অফ পিজন্স' (Novella) অসি মণিপুরীদা হন্দোকউ হাযনা তাকপিখি। অকাদেমিগা যাথং অসি পাঙথোকচনিংদুনা ঐহাক্রুসু হবাওনা যাজখি।

বস্কিন বোন্দ হিমাচল প্রদেশকী কসৌলী কৌবা মফমদা পোকখিবা নাবা মচা, উপন্যাস, উপন্যাস মচা, বচনা অমসুং অতৈংগা লাইবিকর্নচিংবা কয়া ইদুনা ফোঙখ্রবা মশক লাইবা অইবা অমনি। 'অ ফ্লাইট অফ পিজন্স' কৌবা মমিং চৎলবা উপন্যাস মচা অসি 'জুনুন' হায়না মমিং থোন্দুনা ফিলম ওইনসু পুথোকখ্রবনি। 'সিপাই লালহৌ (Sepoy Mutiny) গী মতমদা যুরোপিযন ইমুং অমখক্কী হিংনবগা লানফমদা থোংনখিবা অরাবশিং অমদি খুদোং থীবক্রবা চিংবা মতমদা যুমগী নুপী অমগী মথুন্ধ মবৌশিংনা অন্নাবা নংবা যাবা থৌদোক কযাদগী কন্না থৈদোকপা ভুমখিবগে হাযবদু অইবনা ফজনা যেক্লিবা ব্রাবীনি।

অসি শুন্নবা মমিং লৈববা উপন্যাস মচা অসিবু মণিপুরীদা হন্দোকচদুনা পুথোকচবদ ঐগী ইতেং চাউনা পাংথিখিবদি ঐগী ইপুবোইবা শ্রীধরলো সিংহান। ঐনা চম্নবক্রবা মতা, কযাদা মহাক্না যাম্না চেকশিন্না ইতেং পাংখখি। যুমগা নুপী ওইবগী 'চন্নবা চৈবক্তা থৈদাং অসি পাঙথোক্তুনা মযামগী মমাংদা পুথোকচাববা অসমক মহাক্কী মতেংননি হায়নিংঙ। অসিদসু নওনা লাইবিক অসিগী মশক হেন্না ফজহন্নবগী মতাংদা ডা· ইবোহলবী সিংহ অমসুং ডা নবচন্দ্র সিংহ অনিনা অচৌবা মতেংসু পাংথখি। থম্মোযশেংনা ফজবা পাউতাক কযা পীখিখবগীদমক মকপ অনবুসু থাগৎচবি। মচাক চাত্রবসু হৌজিক্তি মযামগী মফমদা শিন্নজবি বস্কিন বোন্দগী 'খুনুশিংগী লাঙ্গ্লন'।

এস ভানুমতী দেবী

# য়াওখম তাকপা

# ১

# ৱাহৈদোক

মে থাগী তাং ১০ ইং ১৮৫৭ তনি, কালেম্বাগী ওল্লাং ওনশাউননা শাগৎপা তৌবকপা মতমদুমক্তদনি মিকট সহবদা সিপাই লানহৌবা থোকখিবদু। লানহৌবিবা সিপাইশিংনা মখোযগী ইংৱাজ ওফিসারশিং কাপ্পুনা হাৎখি, সহবদুদা ঈবাং হৌবক্কুনা লুট-পাত তৌবকখি, বন্দিশঙ থুগাযদুনা বন্দিশিংনা শৃংখলায় পাযদুনা সহবদুদা অমদি কেন্টোনমেন্ট মনুংদা লৈরিবা সাহেবশিংগী ইমুংশিংদা লান্দাখি, যুম কযা কযা মৈ থাদোকপতা নত্তুনা লৈবম লৈবক্কী মী পৃম্বা হাৎখি। লানহৌনা যাওবা সিপাই কাণ্ডবু কযানা দিল্লি তম্না চঙশিন্নবকখি অদুগা ঈং তপচত্রবা শৈবেং কবিতাদা ভাওজবা নিংথৌবেল বহাদুর শাহদু লানহৌবশিং অদুগী লুচিংবা ওইবা তৌখি।

সিমলাদা অশাবা খাঙনবম্বা বৃটিশ সিপাইশিংদু 'দল্লি তম্নদুনা শাংলবা খোঙচৎ চৎপা হৌবকখি। মতমসিমক্তদা হাৎপা, তৃপ্পা, খৎন চৈনবগী থবক থৌওংশিংদু অতৈ অতোপ্পা সহরশিংদসু অসুম অসুমশন্দোবকখি। অসুম্না মেগী তাং ৩০ দাদ, দিল্লিদগী নোংপোকলোমদা মাইল চনী যাইম্বোম লাপ্পা লৈবা শাহজাহানপুরগী মাজিস্ট্রেটকী ওফিসতা অকনবা ঈবাং থোকখি।

কেন্টোনমেন্ট মনুংদা লৈবা বেডমেন শাগেগী এংলো ইন্দিয়ান ইমুং অমগী লৈফম যুমদু অহিঙদুমক্তা মৈ থাদোকাপবমখি। বেডমেনশিংদুদি মখোযগী মপোৎ মচৈশিং মুনবিহৌববসু নৎত্রগা থুগায়বিহৌববসু মশা মশাশিংদি অশোক অপন যাওদনা নানথোকচবা ঙমজহৌখি। মশক ঙোযনা উম্নবা, সহবগী মীযাম্না খঙনবা জাবেদ খান কৌবা বোহিলা পাঠান অমবুদি অহিঙদুদা লমহাঙদা কোযচৎ চত্তুনা লৈবম্বা থেংনবদগী যুম মৈ থাবগী মবালদা চিংনদুনা ফাবগা মাজিস্ট্রেটকী মমাঙদা পুবকখি।

জাবেদ খান হায়াববা মীওইসিদি শাহজাহানপুরগী কৈথেলশিংদা মমিং লৈবা, মীযাম্না খঙনবা মীশক্লি। মহাক্ত পৈশাবু মতীক চানা পাববদি খৃদোংথীনীংঙাই ওইবা থবক অমা তৌকচো হাযববদা হবাউনা যাগনবগীদমক মমিং লৈজববা মীশক্লি। মমাঙদসু মহাক ফত্তবা অবানবা থবক তৌকবগী মবাল কযা কযানা মবম ওইদুনা মাজিস্ট্রেটকী মমাংদা কয়াবক হল্লা পুবকত্রবান। অদুবু জাবেদতি সাহেবশিংগী আইন মুন্না খঙঙি অদুনা ৱাযেলশঙ যৌববা মতমদা সাক্ষী পুথোকপিযু হাযদুনা হেক্তা মাযোক যাবা ঙম্মি। মৈ ড্রং ড্রং চাক্রিবা যুমশিংদুদগী মহাক চেনখোবকপা উহৌই হাযবা ঙম্না মীওই অমত্তসু চোংথোবকখিদে। সাক্ষী পুথোকপা ঙমদ্রবা ফাওবদি কেস অদু যৈথোকখি।

জাবেদনা ব্রায়েলশঙগী মপান্দা থোবকপা মতমদদি থানাশিংনা মাবু থিন্দোকলিববা নংত্রগা মহাক্কা থানাশিংদুবু থিন্দোবকলিব্রা হায়বা কনাসু হায়বা ঙস্রমদে। ব্রায়েল চর্খাবিবা কাদুগী মপান খোক্রমদাইদসু মহাক্কা মাজিস্ট্রেট ওইবিবা মিষ্টব বিকেটসতা মকোক নোল্লদুনা কবেম্মবম্মী, 'নখোযগী সাক্ষী লৈববসু লৈত্রবসু ঐগী সাক্ষীশিংদি হযেং শোযদনা পুথোক্কনি।'

বেডমেনশিংগী বাংলা মৈ থাখিবদুনা শাহজাহানপুবদা লোববা মীশিং যামদবা অংগ্রেজ কাঙলুপশিংদুবুদি খদোংথীবা তাগদৈবে হাযবগী চেকশিন্নবা খুদম ওইনা উহনবা ঙম্মখিদে। মিকর্টতি যাম্না লাপ্লি, অদুনা মফসিলাইট কৌবা পাউজেলচেদুদা খৎন চৈনবদুগী মতাংদা পাউ মপুং ফানা যাওখিদে। আর্মি ওফিসাবশিংসু হান্ন হান্নগী গুম্না মহৌশাগী মহৌশা গুম মথৌঅদুম তৌই, থবক তৌবা মীচমশিংসু মহৌশা গুম্না অদুম ওফিসকানৈ। নুমিদাং ব্রাইবমদসু হান্নগী হান্নগীদুগুম্না অদুম্মক মউনৈ, চায, থকই অমসুং জগোয শাদুনা লেপ্লি।

মেগী তাং ৩০ দদি মযামগী ইন্নফমাস ডাঃ বাওলিংগীদা তাবে। মাগী মীযাম তিনফম কাদা নহা ওইবিবা লেপ্টেনেন্ট স্কোটনা গিতাব খোংলি অদুগা ডাঃ বাওলিংগী নুপীনা নুংশিনা ঈশৈ শক্লি। আর্মি ওফিসগী মবিখক্কা স্বাব শান্নদুনা ফান্ন অদুগা বিকেটসকী নুপীনে, কল্লেক্টব ওইবিবা মিঃ জেনকিন্সনে অমসুং কেপ্টেন জেমসখোযনা 'এক্সশো' গী হুইস্কি থক্রদুনা অইং অশাগী মবমদা বম্বী শানবি।

সৃপ্পতংগী লেবাদুবখোযগী ইমুং মনুংগা মীওইশিংদংদি খুদোংথীবা নংগনি হায়বগী চিংনবা লৈবা মাল্লি। মখোযদি মযাম পৃল্লিবদুদা যাওবমদে।

মিঃ লেবাদুব চঠা নীফুনিথোই শুবে, মাগী নুপাগিনা চঠী কুষ্ণানীপাননি। মখোযগী মচানুপী কথ হাযবীসি মশক মতৌ নুংশি, মশম মুশুক মুনা ফজৈ অমসুং মমিৎসু মুনা লংলদুনা বাশি লৈ। মহাক্তি মমানা মযুমদা লৈবর্বাদ খুদোংথীবা নংলোই খনজদুনা কৌবকপদগী ফতেগডদা লৈবা মিসেস সিল্ডগী মযুমদগী লাকপা থা মখায অমবোমদা মঙাযবি।

লেবাদুবগী নুপী মিসেস লেবাদুবগী অপোকপা মপাদুদি খুদোংথাবা হাযবদু থেংনবগে হায়দুনতা লৈববা, মাবাম্না লাম্নীদা যাওবম্না ফ্রান্স মচা অমনি। মমানা বামপুবগী মীযাম্না শকখঙ মাযখঙনববা মুসলিম ইমুং অমগী নীঙোলনি। মমিংনা মাবিযম কৌই; মহাক অমসুং মহাক্কী মবুং-মৌপ্পাশিং পৃম্নমক খৃষ্টান গুম্না যোক থাকলকখিবনি। চঠী তবানিপাল শুবকপা মতমদুদা মহাকসি লেবাদুব কৌবা ঈং তপচবা, চাউথোকপা হৈজদবা অদুগা মাজিসট্রেটকী ওফিসতা কেবানী ওইজবা নুপাদুনা লুহোংখিবনি। লেবাদুবদি চেনেল ঈথৎশিংগী মনুংদা লৈবা জর্সি হাযবা মফমদুগী লল্লোনবা নুপা অমগী মশুনুপানি। মহাক্কী হান্নগী জর্সিগা মমিংদি 'লেবাদু' কৌবম্ননি।

কোন্টোনমেন্টমনুংদা লৈনাবিবাইংলিসমেনশিংগীনুপীশিং অদুদিমখোয়গীমীনাইশিংগা ব্রাবী ব্রাতাই শানবসি চোম্পি হায়না খন্নবম্মী, অদুবু মাবিয়ম লেবাদুর্বাদ কয়াসু চংখোক্কন্দবা

ওইবনা মীনাইশিংগা ৱাবী ৱাতদ্ম শানবগা নুঙাইদ্রে। মতাংগী মখোযগী মচীন্দগী মখোযনা মমুৎতানা খঙজববা থৌদোক ৱাথোক কয়া তাবগা মতম লেনখ্রে। হন্দক ইকুই কুইদনা তাবকপা ৱাফমশিংদগী মাবিযমনা খঙলে, মদুদি হন্দকতি সহবসিদসু হাৎন-সুনবা, খৎন-চৈনবগীঙীবাংথোবক্লগনি। মিকটতাথোকখিবা থৌদোকবাথোকশিংগী পাউদু কৈথেলদা অমসুং সিপাই লৈবিবা মফমশিংদা যৌবকখ্রবনি অমসুং খন্নোটকী তুবেল মনাক্তা লৈবা মুসলমান লাইনীংবদুনসু ইংলিস ইস্ট ইণ্ডিযা কোম্পেনীনা পানবগী মতমসু লাক্লিবা থা খবসিদা লোইবগনি হাযনা লাইফাউ তমখ্রবনি। মাবিযমনা মাগী মপুবোইবা অমসুং মচানুপীদু বোউলিংখোযগী পার্টিদা চৎহন্দনা যুমদা লৈহনবত্তা নত্তনা মথংগী নুমিৎ নোংমাইজিংদা ফাওবা গার্জাদা লাই খুকন্না চৎপীদনবা হাযজখ্রবনি। ৱাফমসিমক মাবিযম গুন্থা গার্জা তোযনা কাজবকপী অমগী মচান্দগা হাযদোবকপা অঙকপা ৱাফমনি।

কথ মনীং তমজবা পামজবীনি অদুনা মথংগী নুমিৎতা গার্জাদা চৎকান হাযদুনা নিঙাই তৌখ্রে, মদুদা মপানসু মচাগা চৎমিন্নগনি হাযনা যাথোকখি।

লৈচাল নোংফাই থা দ্রবা শংবানবা অতিযাদা নুমিৎ খেবক্লে, ঙন্নানা হৌগৎপশিংদুদি অযুক্তা তুবেল ৱাংমদগী হুমলকপা অহৈংবা নুংশিংনা যৈবকপদু ঙাইহাক্তং ওইববসু মফংহৌই। পূং তারেৎ তাবকপদদি গার্জগা কাংস থাংবা হৌগৎলকই লোয়ননা লানবন মনুংদা লৈবিবা পাকতক্লা চেকশিন্না শাবিবা গার্জা তম্না মীযাম্না থোক্লবকপসু উবে। মিঃ লেবাদুব অমসুং মাগী মচানুপা গুম্না মীযাম খবসু নোংমাইজিংগী লাই খুকম্বগী ফিডাং শেৎনবদুনা খোঙনা থোক্লবকই। অতেম্পা খবমনা শগোল গাডীদা নৎএগা হুমাং তপ তপ তাববা দোলাই পুবনা পুববা দোলাইদা তোংদুনা লাক্লবি। শাহজাহানপুবগী অপীকপা সেন্ট মেৰিগী গীর্জাসি লাপ্পা লৈফমগী খা থংবা শকত্তা লিববা হৈনৌগী হৈকোল অমগী মনাক্তা লৈ মসিগী চঙফম থোং অমে লৈ, অমনা মখা থংববোমদা বুল্লাব হাযনা খঙনবা ইংখোল অমগা মাযোক্লে, অতেম্পা অমনা নোংচুপলোমদা গীর্জাগী অৱাংবা মতোন তুমখৎপা শকতুগী তেক মখাদানি, অদুগা অহুমশুবদুনা গীর্জাগী পাদ্রিশিংগী ফি থম্ফম অমদি ফি শেৎফমদুগী অৱাং পাংনা লৈ। গীর্জাগী মতোল অতুম্বা শকতু তম্না অখুবা সিডিগী থাক মথং মথং কাখ্রে। নোংপোকলোমদা তববুজ থাবিবা লৌবুক্তা তুবেল খোঙনুংলোমদা নেম নেম হাইথখ্রে, নোংচুপ থংবদা সহবগী অহাঙবা শকক লৈখ্রে, অদুগা অৱাংলোমদনা সিপাইগী পূনফম লম্পাক্তা অসুম শন্দোকখিদুনা সিপাই লৈফম শঙ পবেংশিংগা শম্নখ্রে। সিপাই পূনফম লম্পাক্তী অনকপদা মচা মচাদা লৈববা যুমশিংদু হাৎন শুনবগী অকনবা উবাং অমা শাগৎলক্লবদু কাবিসু খঙদনা নুঙাইনা তুমলিবা সিপাই অচৌবা ইংলিস ওফিসারশিংগী ঙাক্তনি।

ৱাবী মখাদি কথ পু লীতল্লসি

## ২

# গীর্জাদা

পাবুংগা ঐগনা যুমদগী হেক থোবকপদা 'সিপাই ময়াম অমা তুবেলদা অযুক্কী ঈকজবা চৎপগী সোবোক লানথোকখিবা উখি। মখোয়না ঐখোয়দা অসুক্কী মতীক মমিং খানা য়েংবদু উবদা ঐনা কিমনত্রদুনা পাবুংদা নর্পশিল্লদুনা হায়খি, "পাবুং, মখোয়শিং অসি কবিনোমা তৌবা মান্দ্রনে ?" অদুবু মখোয়দু পাবুংদাদি হান্নগুম্না অদুমক উবা মাল্লি, কাবসু হৌংদবা মাল্লি মবমদি মখোয়না লুমিং খুদিংগী খুয়েন্ট তুবেলদা ঈকজবা চৎপদু মাদি ওফিস চৎপা মতমদা তোয়না থেংনাবর্বনি।

ঐখোয়না গীর্জাদা চঙবদু খা থংবা থোঙুদগী চঙ্‌ঙ্‌ অদুগা গীজাগী মনুংদা য়েংলোম হংবদা থাবিবা লাইখুকল্লবগী ফানশাংশিংগা অবোইবা ফানশাংদুদা ফম্মী। মী ফনা যাম্না তাল্লনা মফমদুদা লৈনবত্রবনি অদুবু মখোয় কনা কনানো হায়বদি খঙদে। ঐখোয়না লাইখুকম্বগী খুউলৈতাবকপগী মতমদুম ক্রুদা মপান্দ লাউনবগী মখোল তাবকাখি, মখোলদু অসুম অসুম নর্কশিল্লকখি। গীর্জা মনুংদা লৈবম্না মীওই পম্নমক লেপখৎলকই অদুগা পাবুংনা ঐখোয়গী ফানশাংদুদগী চৎত্রগা থোঙুদা লেপ্পুনা লৈর্কাবব মনাক্তুদা ঐসু যাওখি।

গীর্জাগী থোঙ চঙফমদুদা মীওই ওবব তাবেংলোম লৈবি। মখোয়গী মমায়শিং অদু নাতোন ফাওবা খুমজিল্ল অদুগা কুম্স্ত শান্নবদা লেংপা ফিজেংকুম কৌববা খুদে লেংলি, অদুমকপু মখুওদি মখুম হাংদেক্রবা থাঙশাংশিং পার্বি। ঐখোযবু উবমক্তদা মখোয়শিংদু ঐখোয়বোমদা চেংশিন্নবকখি অদুগা মখোয়গী মনক্তা অমখক্লা ঐখোয়দা থাঙনা যানাশিল্লকাখি। থাঙশাংদুনা ঐখোয় অনীবুদি লোকহৈদ্রে হায়ববু থাঙুদুদি থোঙগী থোঙবান্দা থুম্না যানাশিন্দুনা লৈখি। ঐদি পাবুংনা মখুং ওইনা থোঙগী থোঙবান্দ পায়দুনা লৌবিবদুগী মখাদা লীংলগা গীর্জাগী মপান্দা অহাঙবা ইস্ত্রোলদুদা চেনখোবক্রে।

অনী বক, অহুমলকশুবকপা ওইনা অতোম্নামা ওইশিংদুনা পাবুংদাথাঙনাযাল্লকখিবদুদা পাবুংগী য়েংথংবা খজাইদা শোর্কাখি। পাবুংনা থাঙনা যানবা মী অমা ফাংগে হোৎনর্বনি অদুবু থাঙদা চেংনা ফাকবদগী পাবুংগী য়েংথংবা খুৎশা অনী তৎহৌবে। পাবুংনা শোক্রিবসি মাযগা খুৎকখত্তনি, অদুবু মহাক তুদি তুদে হায়ববু ঈদি যাম্না থোক্রে। পুম্নমকসে ঐদি গীর্জাগী হোজংদগী ইঙুক ঙক্লা য়েংদুনা অদুম লৈববনি। ঐনা নীংশিংবদাদি ঐনা পাবুংদা কবিগী ট অসুক যাম্না থোক্রিবনো হায়বা ফাওবদি হংখিমালে।

মহাক্লা হায়খি, 'ঐগী ফাবিংখাউদগী কমাল লৌথোক্লগা মায়াসি খবা য়েংশিল্লু।'

ঐনা ঐখোয অনীগা কমালশিংদুনা মকোক্কী অশোকপদুদা য়েংশিল্লবদুদাদ মহাক

যুমদা চৎলসি চৎনীংলে হায়বে। ঐনা মখূৎ পাযবদুনা মাবু শমদুনা পুবগা গীর্জাগী খোঙ চঙফমলোমদা থোবক্লবা হোৎনবন্মী, অদুবু খোঙকাপ অমতং থাংবদা ঙাযবিঁঙৈদা মহাক থ্রাহ্বা হৌবক্লে অদুগা হায়বকই, 'কথ ! ঐ চৎপা ঙমদ্রে। ঐখোয় গীর্জা মনুংদা অমুক হন্না চঙর্লাস।'

খূৎলায পাযবশিংদুনা গীর্জাগী মনুংদা অমুক্তমক লান্দাবকখি অদুগা গীর্জাগী পোৎ-চৈ থন্ফম কাবোমদা ফাওদোক্লুনা থোকখি। পাবুংবু শোকহল্লম্লবা মতুংদদি গীর্জাদা থাবিবা ফানশাং নাকন অনীগী মবক্তা হোৎচিল্লক্লগা যেৎলোম মাযবোমদা লৈবশিংদা থাঙশাঙশিংদুনা যানখি। মখোযনা লেপ্টেনেন্ট স্কোটতা থাঙনা যানখিবনি অদুবু মমানা মাগী মথক্তা নম্ভদুনা কলহৌবদগী মমাগী শক পোলাংদমক শোকখি মমাগা তপ নপ্লা ফীজোন্দুনা মবম ওইদুনা যাম্না থীনদি শোকহৌদে। মিস্টব বিকেটস, কলেক্টব ওইবিবা মিঃ জেনকিন্স অমসুং মিঃ মেক্কুলাম হাযবা গীর্জাগী পুবোহিত, মখোযনা পোৎ থন্ফম কাদু ফাওদুনা চেংখি।

লেমহৌবিবা মীযামশিংদুনা গীর্জাগী শবীক যানফম মথক তম্না কাখৎলখিবা মতমদুদা পাবুংনা ঐবু মখোযগী মবক্তা যাওখিনবা হাযবকখি অদুনা ঐসু মখোযগা পম্না লোযনখি। কবি কবি থোকলিবগে হাযবদু কাবিমতা খঙজদ্রিবা কেপ্টেন জেমসনা গীর্জা তম্না শগোল থৌজিল্লকখিবদু ঐখোয় উখি। ঐখোযনা মাবু খঙহন্নবা লাউবা মতমদুমক্তদা মহাক্লা ঐখোযবোমদা যেংখৎলকখি অদুবু সিপাইগী প্লাজ তৌফম লম্পাক্তা ইচাই চাইনা লৈবম্বা সিপাইশিংগী মবক্তগী অমথক্তা নোংমৈ কাপ্লকপদগী পান্দুনা শগোলদগী তাখি। মতমসিদা অতোপ্পা ওফিসাব অনী অমসু চাক চাফম কাদগী চেনথোবক্লগা সিপাইশিং অদুদা লাউখি, 'অঙাংশা ! কবিনো নখোযনা তৌবিবসিবো ?' মখোযনা মখোযগী সিপাইশিং অদুবু নেমথনবা খান্বা হোৎনখিবনি অদুবু কনামতনা মখোযনা ঙাঙবা অদু তাবিখিদ্রে। মখোযদু সিপাইশিংনা লুনা খনজবা অফবা ওফিসাব ঙাক্তা ওইবদগী মখোযনা মখূৎতা পিস্তোল পাযদুনা ঐখোযগী ইবক্তা লাকখিবদুদি কনামতনা থিংখিদে।

মতম অসিমক্তদা শগোল গাডী অমা যাম্না যাঙনা গীর্জা তম্না থৌজিল্লকপা ঐখোযনা উখি। মসিদি ডাঃ বোউলিংগীনি, অদুনা মদুদা মাগী নুপী অমসুং অঙাং শেন্নবী নুপী যাওবকই। শগোল গাডীদু সিপাই প্লাজ তৌফমদু লান্দুনা লাক্লদৌবিবনি, অদুবু লম্বী তংখাযদমক লাল্লকপদা ঙাযবিঁঙৈদা শগোল গাডী থৌফমদা ফম্লিবা ডাক্তবদুদা গুলিনা পানখি। মহাক ফমফমদগী খংহৌ হৌগৎলকখি অদুমকপু শগোল চাপ্লিদুদি থাদোক্লি অদুনা শগোল গাডীদু গীর্জা যৌবক্লদবা খজিক্তো ঙাযববা মতমসিদা সিপাই অমনা চেনশিল্লক্লুনা মিসেস বোউলিংদা থাঙনা যানশিনবনি অদুবু শিনিঙচিৎতা হিংহৌবে। শগোল গাডীদুনা গীর্জা যৌববা মতমদা অফিসাব খবনা ডাঃ বোউলিংবু গাড়ীদগী কৃমথবদা মতেং পাংনবা চেনথনখি। মহাকতু মখোয়গী মখূৎনা কোল্লিঁঙৈদুদদি ঙাইহাক্তং

ওইববসু ৱানা খাঙজবম্বনি, অদুবু লৈবাক্তা থম্নুবা মতমদুদদি মহাক অদুম্মক শিঙ্গ্রে।

ঐহাকসু ওফিসাবশিংদুগা কুমথমিন্নবকখিবনি, অদুনা হৌর্জিক্তে ঐহাকপাবুংনা লৈবিবা মফমদুদা চেনশিল্লে। মহাক ঈ মযাম অমগী মবক্তা ফক্লাংদা ঙাথবদুনা ফল্লম্মী। মহাক নাবে হাযবাস ফাওবদি হাযখিদে, অদুবু মচীনবান অনীদুদি খ্রক খ্রক কংলে, মমিৎতুসু উইশিন্দনবা কন্না হোৎনর্বি। মহাক্না ঐবু যুমদা চৎলগা ইমাদা কনানো অমা নেক্লগা চাবগাই কাংথোল নৎত্রগা দোলাইবা কবিনো অমদা মাবু যুমদা পুনবা হাযকচো হাযখি। পুম্নমকসি মতম ঙাইহাক্তংগী মনুংদা থোকখিবান, মসিদা ঐদি মৎ না ঈথক থক্কৎলে অদুনা মিসেস বোর্ডালিং অমসুং অতৈ নুপীশিংনা কপ্পববসু ঐগী মিৎতদি পি ঈবা অমা ফাওবা হৌবকখিদে। পাবুংগী মমাযদা মফম অনীদা থীনা শোক্লে অদুনা ঐহাক মহাকপু থাদোক্তুনা হেক্তা চৎপা ঙমখিদে। অদুমকপু যুমদা চেল্লবগা দোলাই অমা পুবকপতনা মাবু কনবা হুমগদবা মাল্লে।

মহাকপু গীর্জাগী নুঙগী ফক্লাংদা ড্রাইভদনা ৫০ মুগী ফি বেল থম্ফম কাবোমদা চেনাখবদা কাদুগী থোঙখাউদগী ঝুট ওবানথোইমুক লাপ্পল্পা লৈমাযদা তর্বিবা মিঃ বিকেটসতদুম তুশিল্লমগদৌই। মহাকসি খাঙ হৈববা, মপাঙ্গলসু কল্লবা অমনা হাৎলম্বনি, মৎমদি মহাক্কী ওইথংবা লেংজুমদগী খানখিবনা কোক্কা লোযনবা মথুৎ যেৎসু মশাদগী তোঙ্গা তাদুনা লৈবম্মী। কিমনখ্রদুনা ঐতাক মফমদুদগী মায ওয়েক্তুনা যুম যৌনবা বুল্লবগী ইংখোল ফাউদুনা চেল্লম্মী।

লম্বাদা কনামতা থেংনদে। কনামতনা ঐবু হিংখিদে, নৎত্রগা থৎকে হোৎনখিদে, নৎত্রগসু ওৎ নৈদুনা ইচ্ছৎ মাঙহনগে হেৎনখিদে। লানবনদু ইহাঙ হাঙলদুনা মী পোংলৈতবগুমলে, তৈইগুম্বসু, ঐনা বুল্লবগী ইংখোল অবোইবদু যৌবকপদদি ঐখোযগী যুমদু মৈনা ড্রং ড্রং চাক্তুনা লৈবদু উবে। ঐনা থোঙ্গালদা লেপ্পগা ইমাবু উব্রা যেংঙ, অদুবু মফম অমতদসু লৈবা উদ্রে। অবোকসু মীনাইশিংসু অমত্তা উদ্রে। অদুদগীদ ঐনা লালা বার্মাজমলনা লম্বাদা ঐচোল্লেমদা চঙশিল্লকখিবদু উখি।

'ৱাকনুইচানুপ' মহাক্নাহাযবখি। 'নমাসুনবোকসুঅমসুংপুম্নমকসুর্কাবসুশোকপন্দেনে। লাকও, ঐনা নঙবু মখোযগী মনাক্তা পুবিবগে।''

লালা বার্মাজমলনা কবিবু খাল্লবা হাযবগী মবমদা কবিসু চিংনানিংগাই লৈবমদে। ঐদি অঙাং ওইবিইঙদা মগী মখোঙদা 'শোনসবা' শান্নবল্লিবনি, মানা শেল্লবিদুনা চাউবকালবনি। মহাক্না ঐবু ঐখোযগী অমনবা হাম্নগী যুমদগী গজ কুম্ন্নাবোম লাপ্পা লৈবা খাঙপোকশঙ অমা তম্না পুবিবে। মদু লৈবাক লৈবঙ তাবা যুমনি, সডকলোমদা মমায ওন্না পানবা থোঙদুসু লোনাশিল্লি। লালনা থোঙদুদা তক তক থীল্লি অদুবু পাউখুম অমত্তা লাক্তে, অদুদগীদি মহাক্না মখুল অহোবা অমদা মচীল নর্কশিল্লগা তৃমিন্না হায়াখ, 'মিসি বাবাদে' ঐগা লাকলে, থোঙ্গ হাঙদোকলো।'

থোঙদু হাংদোকলে, অদুগা ঐহাক ইমাগী মথাদা হোৎচল্লে।

'হেঈশ্বব!' মহাক্না কপ্পা হায়খি। 'ঐগীদমক্তা অমতং ওইববসু কনদি কনবিবকলিদনা।'

'পাবুংদো শোক্কুনা গীর্জাদা লৈহৌবে, ' ঐনা হায়জখি। 'কনানো অমতা মাবু পুবক্লুবা থাখোবা।'

ইমানা লালাদা যেংখিবা মিৎযেংদুদা মহাক পঙ্থবা ঙৰ্মখিদে।

'ঐ শোয়দনা চৎকনি,' মহাক্না হায়খি। 'ঐ লাক্ত্রি ফাওবা মফমসিদগী লেঙুলমগনু।'

'নঙদি মহাক কদায়দা লৈবগে খঙলোই,' ঐনা হায়জখি। 'ঐসু লাক্কে, নঙগী নত্তেং পাংগে।'

'নত্তে, হৌজিক্তি নহাক নমাবু থাদোকতুনা চৎপা যাদ্রে,' লালানা হায়খি। 'নঙগা লোয়ননা ঐবু উত্তবদি ঐখোয় অনীম্মক শোয়দনা হাৎত্রগনি।'

পুং কয়া হৌত্রবা মতুং, নুমিৎযুংবা মতুংদা মহাক হল্লকখি। 'সাহেব শিবে,' কবিসু খন্দনা মানা হায়বকখি। 'ঐহাক মহাক্না শিবদু উনবা নংনবা যৌকবে। মহাক ঈ যাম্না থোকত্রে অদুনা হিংবগী আশা লৈবমদে, মমিৎশিংদুসু ঈথক থক্কৎলম্মী, অদুমকপু মহাক্না ঐঙোন্দা যেংলকপা মওংদুদগী খঙবা ঙম্বদি মহাক্না ঐবু শক খঙবা ফাওবদি ঙম্মখি ।'

৩

## লালা রামজিমল

লালাদু মর্মাশিল্পকলবা মতমদা হল্লক্কনি অদুগা ঐখোয়বু মাগী ময়ুম মক্তদা পুদুনা চংকনি হায়না রাশকলম্রগা নুমিৎয়ুংবা মতুংদা ঐখোযবু থাদোক্লম্রগা চংখিবনি। মহাকসি ঐখোয়গী মতেং পাংবদা খুদোংথীবা কয়া'মা নংবা তাববসু ঐখোযবুদি ঙাকপী শেনবিগনি হায়না রাশক্লি। অদুগা মহাকসু থবক অমা পাঙথোক্কে হায়না খনগ্রবদি থবক্কু পাঙথোক্লিফাউবদি সুকহন হন্দবা মীওইনি। মহাক সবকাবগী থবক তৌবা মী অমসু নত্তে, অদুনা বৃটিশশিংদা মপূনীংবগী মতৌ উৎলুবগী মবমসু লৈতে, অদুগা লালহৌবশিংগা মবী লৈনবা মীশকসু ওইদে মবমদি, মাগা লালহৌবশিংগা অমুক্তা শম্মদ্রি। মহাক্তি মানা পায়জবিবা শিনফমদা (মহাক্কী দোলাই অমসুং শগোল গাড়ী মযাম অমা লৈজ্জে। লৈজবিবদু গাডী নংত্রগা দোলাই লৈবা ভুমজদবা য়ুবোপিয়ানশিংদা শাম্দোকই।) মনা মনিল নাইদনা হৈথোই শিংথোইনা লূপচবা মীশক্লি, অদুনা মহাক মাগা 'তিন্নকব' খুদিংমক্তগী ইকাই খুম্নবা ফংই। ঐখোযবু কর্নাবিবিবগী রাখলসু মাগী লম্নাইগী ওইবা রাফমনি, ঐখোয়সি লৈঙাক শাসন তৌবিবা কাঙবুনি হাযবগী রা নত্তে, মবমদ ঐগী পাবুংদি শাহজাহানপুবদা লোববশিংগী মনুংদা স্বাইদগী মখা থাবা অফিসাবদুম ওইবিবনি। অদুমকপু মহাক্কা ঐখোযগা চহী কযাগী মমাঙদগী শকখঙ মাযখঙনবক্লিবনি, লোযননা ইমাবুনা হেন্না চান্না তৌদ্ধবিবনি, মবমদি ইমাদ মহাকপু মতম পুম্নমক্তা মকপ অমগুম অমসুং মান্নবা থাক্তা লৈমিন্নবা মীশক অমশুম লোযনজবনি।

হৌজিক্তি ঐহাকসু ইপা লৈজদ্রবীন, ইমাসু লুপ্রাবী অমা হাযবদু ওইববীনি হায়বসি খঙজবে অদুবু ঐখোয়গী লম্নাই ওইবা অব্রাবাসদা লৃপ্তুনা লৈবসু য়াদ্রি। ঐখোয়গী থব্রাযাশিং অসি যাম্না খুদোংথীবা ফীবমদা লৌব। ঐখোযগী যুমদুগী উপাকশিংনা মখোল হৌনা চাকপদু ঐখোযনা লোৎলিবা মফমদুদগী তাব। সহবদগী লানশঙ যৌবা লম্বীদুসু মীযাম্না মাযকৈ পূম্নমক্তগী লাউনবগী মখোযনা ঈনল নিল্লি। ঐখোযনা লৈবিবদুগী থোঙগী হেক মমাঙমক্তদা মীয়াম্না লম্বীদা হঙ্গৎ হন্দা চেনবগা খোঙথাং মখোলশিং তাবি, হেক নাহেকবদা নংত্রগসু হাকথিদং খল্লুবদা ঐখোয লৈবে খঙখিদুনা কৈথেলদা চাক্তাবিবা ফংখিদ্রবা, মখুৎতা থাঙশাং পাযদুনা চংলিবশিং অদুগী থৌজাল মখাদা হিংবা তাবনি।

কা মচা মনুংদুদা ঐখোয ইমানে অবোকনে ঐনে ইনাউ অনিতনে, ইমাগী পোকামম্নদবা মৌপ্পা ঐগী চাহ লেঙ্গাদি ওইবিবা পিলুনে, মাগী মমানে, ঐখোযগী থবক ইনখাং

তৌবী চম্পা অমসুং লাদোনে ঐখোয় নিপালনি লৈবিবসি। মসিগীসু মথক্তা ইমানা ঐখোয়গী য়ুমদগী চেল্লকপদা মতুং কোইইন ইন্নদুনতা লৈবা অভৌবগা অমুবগা লাংবা ঐখোয়গী হূই অনীদুসু যাওবিবনি।

ঐখোয়না চগুজফম লৌদুনা লৈবিবা লৈবংগী খাংপোকতুসু ঐখোয়গী য়ুম শাবদা য়াওখিবা য়ুমশাবা তিবলোকীগীনি। মহাক ঐখোয়গা য়াম্না মুন্না শক খঙনে। লালহৌদু থোকখ্রিঙৈগী চয়োল খবগী মমাংদা ইমানা শাহজাহানপুবদা খুদোংথীবা থোবকপা য়াবগী মতাংদা মাগী মীনাইশিং অমসুং অতোপ্পা মীশিংগা রাবী শানবা মতমদা মাগী মযুমদু দবকাব লৈববদি ঐখোয়না শীজিন্নবা য়াগনি হায়খিবশিংগী মনুংদা তিবলোকীসু অমনি। ইমানসু চেকশিনহৌবা ওইনা মানা হায়বদু য়াদুনা মঙোন্দগী শোঁজে পায়হৌবনি।

ইমানা কাইনথংদা তমলকখিবনি, মহাক্না অযুক্তা য়ুমগী মাক্নোন্দা ফমলিঙৈদা ঐখোয়গী মালিগী মচাশিংগী মবক্তগী অমনা মাগী মনাক্তা ঈফিং ফিংনা চেল্লক্লগা লাউবকখি- 'সিপাইশিং লাল হৌহৌবে, সাহেবসু, মিসি বাবাসু হাংখ্রে।' ঐখোয় অনীমক হাংখ্রে তাবদা ইমাগী ৱাখলদা ইহান হান্না খনলকখিবসি অনকপদা লৈবা ঈশিং গুহা অমদা চোংথবগা শিবনি, অদুবু অবোক্না মহাকপু ফাবগা খঙ্ঘদনা হাথু হাথু থবক তৌদনবা হায়খি "নঙনা অসুম্না তৌখ্রবদি লৈহৌবিবা ঐখোয়দি কবম্না লেলহৌগনি ?" অদুদগীদি মহাক্কী মতুংদা অতোপ্পশিংনা ইন্নবদুনা সডক ৱাংমা লানথোক্লগা তিবলোকীগী মযুমদা চঙখিবনি অদুগা মনুংদগী থোঙগী যোংলি চেংনা ফাজিল্লগা লৈবকখিবনি।

মীকূপ অমদা হেক্তা খঙখিদুনা ঐখোয়বু হাংখিবা যাই হায়বগী অকিবগা লোয়ননা নুংথিল নুমিৎ চূপ্পদুমা খাংপোক্নদা লেনখি। ঐখোয়গী চানবা চীঞ্জাক অমত্তসু লৈতে, লৈবক্রবা ফাওবদসু ঐখোয় কনামতা চাসু চানবম্মোই। পাবুং লৈখিদ্রে, ঐখোয়গী ভুংগী পুস্সিসু মপূং ফানা অহাঙবা হায়বদু ওইহৌবে, অদুনা ঐখোয় ৱাবী ৱাতাই শানগদবা ফাওবা অকবা অমা ওইবে। থোঙগী অহোবদা লিংশিন্দুনা অশাবা নুংশিৎ অমনা ঐখোয়বোমদা শিংচাল্লকই, ঐখোয়গী খৌনাউসু গ্রক গ্রক কংনবে। নুমিদাংৱাইবম অখেংবদা খাঙপোকশঙদুগী মনীংথংবদা ফাংপা থোঙনাউ অমগী মনাক্তা হৌবা উপাম্বী অমগী মথক্তগী অইংবা ঈশিংগী চফু মচা অমখক্তংদি ঐখোয়দা ফংহনখি। মসিমক ঐখোয়গী য়ুম শাখিবা মতমদা থবকশুবা অমা ওইনা য়াউবম্না চিন্তা কৌবা নুপা অমগী থৌজালদগীনি।

পূং ১০ বোম তাবকপা মতমদুদা লালাদু ধনী কৌবা ঐখোয়গী হান্নগী দোলাই পুবা ওইবম্না অমগা লোয়নদুনা লাকখি। মহাক্না ঐখোয়বু মহাক মশাগী য়ুমদুদা চংসি হায়। ইমাদু অহাঙবদা থোবক্কবদু খঞ্জানবম্মী, অদুবু লালানা মঙোন্দা লম্বীদা কনাসু লৈত্রে, ইহাও হাঙলে অদুনা ঐখোয়বু ওৎ নৈবিগনি হায়বগী কিনিংঙাই লৈত্রে হায়দুনা থাজহল্লম্মী। মমৈথংদদি মহাক্কা চংপদা য়াবে।

ঐখোয় কাঙবু অনী থোক্না খায়দোকলে। লালানা মখুৎ অমদা থাঙশাং পায়বগা

অতোপ্পা মখুত্তুদনা ছাটিন অমা পায়বদুনা লপ্পী চিংলম্মী। ইমানে অনিতনে ঐনে ঐখোয় খূৎকা খূৎকা পাযনবদুনা মতুং ইল্লম্মী। ইমানা ঐখোযগী ইকোক্তা মহাক্লা ঘুম থাদোক্তুনা লাকপদা পুবকপা মোম্পাকফিদক অদুনা কৃপশিনবিবম্মী। সডক অচৌবদা চৎতনবা ব্রাইশিংপশিংগী লৈফমলোমদা কোইবদুনা মিনিট তবামঙাবোম খোঙনা চৎলবা মতুংদা লালাগী মযুমদা থুংলম্মী। ঐখোযনা মফমদু যৌববা মতমদা লালানা ঐখোয়বু ফমুং অমগী মথক্তা ফম্নবা হায়খি, অদুগা মহাক মশাদি লৈবাক্তা খোংগ্রাই চন্দুনা লৈতানা ফম্লম্মী।

ঐখোযনা তিবলোকীগী মযুমদু থাদেক্লম্লগা লাকপা মতমদুদা ইমানা মাগী অচৌবা শোশিংগী মপুল অদু লংথোকখি। ঐনা কবিগী অদুম তৌবিবনো হাযনা হংলুবা মতমদা মহাক্লা উৎ ওল্লবা ঐখোযগী যুমগী অমাং-অতাশিং অদুদা খৃদোম্লী থিল্লদুনা হায়খি “হৌজিকপু মখোয়সি ঐখোযদা কবিবু কান্নখিগদগেনে।”

দোলাইপুবা ধনীসু, অবোকনে, পিল্লু মমা মচানে, চম্পা অমসুং লাদোনে হূইশিং যাওবা অনীশুবা খৃৎপুদুগা লোযনদুনা থুংলবে। লালাগী শীক্রবা মযুমদুদা লৈবিবসি ঐখোয় নীপালনি অদুগা ঐনা খঙবদা মহাক মশাগী ইমুংগী মীশিংসু ঐখোয়গীমুক য়াম্মি।

ঐখোযদা অচা অথক পী অদুবু ঐখোয় চাবদি ঙম্লদ্রে। ঐখোয়গী ইবক্তগী ইমানে ঐনে অমসুং অবোকনে ফমুং মথক্তা তূম্লে, অদুগা লেমচৌবশিংদুনা লৈবাক্তা তূম্লে। অমম্বদুদা ঐগী ইমার্যসি ইমাগী মবুক্তা থম্লদুনা অৱাবা পূম্নমক নীংশিংদুনা হীক্লা হীক্লা কপচখি। ইমাসু কাপ্প অদুবু তূমিন্না কাপ্প, ঐনা খনবদা ইমাদি ঐনা তূমথম্লবা মতুং ফাওবা কপাখ।

৪

## লালাগী মথুমদা

লালা বামজিমলগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংদি মহাকনে, মাগী নুপীনে, মমানে, মনে অমসুং মচননুপীনে মখোয়নি। মাগীসি নুপীঙাক্তা ঙাযজবা ইমুংনি, খঙহৌদনা ঐখোয়না থুংলুববা মতুংদসু নুপীঙাক্তগী ইমুং অদুমক ওইবে। মীপাই চাউববী নুপী তবানিথোইবু ঙাকশেনবগী থবক পুগদৌবা ফীবমসিমক্তা লালাগী মপাঙ্গল অমসুং খাঙবা কনবগী শক্তিগী চাংযেং ওইগদৌবি ।

মাগী ইমুংগী মীশিংনা ঐখোয়বু কনা কনানো হাযবা খঙুড়ি, মবমদি লালাগী মমা অমসুং মনেদি ঐখোয়গী ঈশিং গুহাদা ঈশিং শোকপাতোযনা লাকই, অদুগীসু মথক্তা ঐখোয়গী য়ুমগী মনাক্তা লৈবা অপীকপা লাইগী মূর্তিদুদা পনা মনাশিং হেক হেক কংলৈ। অহানবদদি মখোয়শিং অদু ঐখোযবু উবদা ইকাইবগুম তৌবম্মী অদুগা ঐখোয়সু ঐখোয়গী চেন্দুনা হিংলবে'ইদবা অল্লাবা অমদা লুপ্তুনা, য়ুমগী কাচিল অমদা পুল্লপ তাশিন্নবদুনা অমগা অমগা যেংনবদুনা কপ্তুনা লৈনবম্মী। লালগী নুপীনা উনাশিংনা তাইশিন্দুনা শেন্বা চাকলুক্তা অচা অথক হাপলদুনা ঐখোযদা পীজবম্মী। নুংথিল নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা পুং কুনমবিগী মনুংদা অমুকখক্তংগী ওইনা চাবা ফংলম্মী, অদুবু ঐখোযসু য়াম্রেবা চবা অমা চাবদুদা পেঙ্গবম্মী।

য়ুমদুসু অচন্বা লৈবং তাবা য়ুমনি, ইতিং তিংবা য়ুমথক ওইবা কা মবিনি, মমাংদা অনেন্বা মাঙ্গোল লৈ অদুগা মনীংদনা শুমাঙ অমা লৈ। শেনথোক যাম্না লৈজদবা ইমুং অমগী অপীকপা অমসুং ইচম চম্বা য়ুমনি।

লালাগী নুপীদি নহা ওইবি, নেম্মী অমসুং কুচু ফজৈ। ঐখোয মাগী মমিংদি খঙদে মবমদি চৎনবীগী মতুংইন্না নুপানসু নুপীনসু অমনা অমগী মিং পন্দুনা কৌনদে, অদুবু মনেম্বোক্তদি 'মৌ' হাযনা কৌই।

বামজিমলদি ব্রাংঙি, মশা পায, লোযননা শাংলবা নাতোন শূমাংদা কোই হৌই। মাগী ব্রাঙাংসু মতম পৃম্নমক্তা কাযস্থ অতৈনা তৌবগুম্না ব্যবহাব যাওই। অদুমকপু অতোপ্পদা তাঙনা য়াউবা মথুকচেল চেৎপা হাযবা অসি মঙোন্দা যাওই।

ঐখোয়না থুংলুবগী নীনিশুবদা মমানা মঙোন্দা হাযখিবা ঐনা তাহৌই, 'লালাজী নঙনা অংগ্রেজশিং অসিবু ঐখোযগী য়ুমদা পুশিল্লক্তুনা অচৌবা অবানবা অমা তৌবে। মীশিংনা কবি হাযনখিনি ? লালহৌবশিংনা মসিবু তাপ্রবদি মখোযনা লাক্রগা ঐখোযবু হাৎপ্রগনি।'

'ঐনা তৌবিবসি অচুম্বনি' লালানা মোং হাদনা খুমখি। ঐনা অংগ্রেজশিংবু চঙজফম পীবা নত্তেনে। ঐনা চঙজফম পীবিবসি মকপ মপাংশিংদনি। মীনা হায়নীংবা হায়জসনু, খন্নীংবা খঞ্জসনু।'

মহাক যুমদগী কয়া চখোক্কনদে, মতম অয়াম্বদা মমাংথোঙ ব্রাংমদা মাগী অপীকপা হীদাকফুদুথক্কুনা নৎ ব্রগা মযুমদা কবি গুম্বদা লাকপা মকপশিংগা শাত্রং শান্নদুনা লৈথোকই। নুমিৎ খবনিগী মতুংদদি মীয়াম্না লালাগী মযুমদা মানা চেকশিন্না লোৎপা কনা কনানো লৈবমালে হায়না চিংনবকলে, অদুবু মাগী অতিথিশিংসি কনা কনানো হায়বদুদি কনামত্তনা খঙনদে। মহাক্না মাগী ইমুংগী মীশিংবু ব্রা য়াম্না ঙাঙদনবা কৃপ্না শৈয়ে। যুমদুদসু মী অমত্তা চঙবা ঙমদনবা মমাংথোঙদু য়োংকী পৌবোন লোন্দুনা থম্মী।

যুমগী মমাঙদা হূইশিংনা লৈবদুনা মীয়ামগী মিৎয়েং চিংশিল্লবা ফাওবদা মীয়াম্না ঐখোয় লৈবে হাযবা খঙদনা ঐখোযনা অসুক কুইনা লৈনা ঙম্রকলিবসি খনবদা অঙকপা পোকই। ঐখোযগী অবেম অপা খবা পীজবদগীহেন্না কবিসু পীজবা ঙমদ্রবা ফাওবদা মখোয়না ঐখোযবু সুকথা থাদোক্তে। ঐখোযগী ইতুং ইনবদা যাওবক্তবা অহুমগুবা হূইদু মৈ চার্কখিবা যুমদগী অচাকপা অতেক অকায মবক্কুদা কোযনা চৎতুনা লৈবম্বদগী হাৎন শুনবা হৌবকপা নুমিৎতুগী নোংঙানবদা মপুবু ঙাইনা ঙাইনা শিদুনা লৈবমলে হায়না লালাগী মনেনা ইমাদা তম্মি।

নোংমগী নুমিত্তা ঐখোযনা লৈবাক্তা ফম্নদুনা থোর্কাখবা থৌদোকশিংগী মবমদা ব্রাবী শান্নবিঙদা লালাদু চঙলকখি। তৌখিবা মতমগী অব্রার্বাশং অদুসু খবা কোকখ্রদুনা হৌজিক্তি থোর্কখিবা থৌদোকশিংদুগী মবমদা ভাব তানা ঙাঙনাশক্লবা ঙম্নবে।

লালাদু মাগী সুকথা থাদোক্তনা পাযবর্কালিবা, শিজিন্নবদি ফংলবোইদবা মতোন ককপা থাঙশাঙদু অদুমক পাযবগা লৈবাক্তা ফমথবকই। থাঙদু মাগীসু নৎত্রি, মীনা থুগাযবিবম্রবা, পোং চৈ মুনত্রবা যুমদুগী লৈমাযদা তাবম্বদগী মানা ফংলকখিবনি।

'লালা ঐখোয়না যুমসিদা লৈবির্বাস কবিসু তৌবোইদ্রা ?' ইমানা হংখিবনি। 'মপান্দা কবি কবি পোক্লিবগে ?'

লালানা মাগী থাঙশাংদুদা ইঙ্গিত তৌবদুনা হাযাখ, 'নখোয় মফমসিদা কবিসু খুদোংথীবা তৌবোইদা। ঐবু হান্না হাৎলম্বা নৎতনদি কনা অমত্তনা যুম মনুংদা চঙলোই। ঐসে ধর্ম তিন্নদর্বাশিংবু চঙজফম পীবে হাযনা চিংনবর্বান। মী কযানা ঐবু কবিগীদমক্তা ঐগী যুমসি শঙদুনা লৈবিবনো হংলকখ্রবনি। অদুবু ঐর্নাদ খুমখি লালহৌবনা মবম ওইদুনা থবকসু লৈত্রবা ঐনা যুমগী মাঙ্গোন্দা ফমদুনা ঐগী নুপীশিং যেংদুনা লৈবা নত্তনদি কবিদি তৌনি ? অদুদগী মখোয়না হংখিবা হাযববু ঐহাক কবিগীদমক্তা মীয়াম্না তৌনবগুম নবাবকী মনাক্তা চৎত্রিবনো ?'

'কবম্বা নবাবনো লালা ?' ইমানা হংখি।

'সিপাইশিংনা সহবদা চঙলক্লবা মতুংদা মখোযগী লুচিংবা ওইবিবা সুবেদাব মেজবনা কদব আলিখানবু নবাব ওইহনখ্রে অমসুং সহব শীনবা থুংনা খঙননবা লাউথোকখ্রেনা। নিজাম আলি হাযবা থবক্তগী পোৎথাবদুনা পেন্সন ফংলবা অমবু কোটৱাল ওইহল্লে, অচৌবা মকওইবা ফমশিংসু জাবেদখান অমসুং নিজাম আলিখানদা থিন্দোকলে, অদুবু অকোনবগী সিমনদি ফমদু লৌ হাযবা য়াখিদবে।'

'অহানবগীদুমদি ?'

'মহাকসু ফম লৌদ্রি, মবমদি মহাক অমসুং আজুখান অনীমক সাহেবশিংগী ময়ুমশিংদগী পোৎ-চৈ হূবানবা, লুট তৌবদা থবক যাম্না চিল্লি। জাবেদখান্না সবকাবগী মাল খানাদা লান্দানবসু ইনশিনবনি। মসিদি অসুম্না তৌখিবনি -

'জাবেদখানসিদি নখোযনসু খঙলিবদুনি সহবসিগী খ্বাইদগী চাউবা গুপ্তা মীফৎতনি। সিপাইশিংনা নবাব লাউথোকলুববা মতুংদা অমদি মখোযগী লৈফমশিংদা হন্নবকলবা মতমদুদা জাবেদখাননা মখোযগী লুচিংবদুগী মনাক্তা চংলুই। লাম্মী তেঙ্গোলদু শাহজাহানপুব থাদোক্লেগা বৰৈলি ব্রিগেড্কা পূল্লুগদৌবে হাযবসি খঙলদুনা মহাক্না সুবেদাব মেজব ঘনশ্যাম সিংহদা মখোযনা চৎত্রিঙৈদা বোজা বম ফেক্টবিদা লান্দাবম্লবা থেম্মি। সুবেদাব জোবাৱাব সিংহগী মখাদা লাম্মী কাঙবু অমা জাবেদখানগা লোযননা লাকখিবদুনা মালখানাগী মকোক ওইবিবা ঝুন্নালালগী ময়ুম মনাক্তা লৈবা লম্বীদা চংখি। মফমদুদা মখোযনা পম্বুবগা ঝুন্নালালদগী পৈশা খাযখি। তাঞ্জা চাকদুনা জালালাবাদগী তহসীলদাবনা অযুক্তদা পুখৎলক্লেগা পীবম্বা লুপা লীশীং তককখক লৈবম্বদু সুবেদাবনা খূদক্তা পার্যাশনখি। ঝুন্নালালনা পৈশা মখা পীযু হাযবা ময়াদ্রবদা মহাকপু মখোঙ মখুৎ পুনশিল্লগা উথক্তা মখোঙ য়ানখৎলগা থনম্মী। মতমসিদা জাবেদখান্না মহাক্কী হিসাব ইবা বোই পূম্নমকতু গুহা মনুংদা লংথবিবগা হায়বম্মী, "ঐখোযনা পীযু হায়বা পীদ্রবনিনা নঙগী হিসাবসিসু তাগ্রসনু ! ঐখোয়না নহাকপু অতোপ্পদগীসু পৈশা খোমগৎনবগী পাম্বৈ ওইবিবশিং অসি নঙোন্দা ফংহল্লবোই।"

কাঙবুদুনা চৎখ্রবদা ঝুন্নালালগী মনাইশিংনা মহাকপু উথক্তগী লৌথবিবম্মী। মহাকতু কিমনগ্রদুনা অমসুং মকোক্তু যাম্বকবগী মকোকলোমদা ঈ হাইগৎপনা মবম ওইদুনা তংখায শিবা হাযবদুমক ওইবা যাবে। অদুবু মহাক্না জ্ঞান তাবক্লেবা মতমদদি মহাক্কী মনাইশিংবু গুহা মনুংদা কূমথহল্লগা হিসাব বোই পূম্নমক খূনগৎহনখি।

'অদুগা বোজা বম ফেক্টবিদি কমদৌগ্রবা ?' ঐনা হংখি।

'জাবেদখানগী কাঙলুপ্তুনা মদু মৈ থাদোকখ্রে, মদুদা বম গেলোন লীশীং হূমফুতবাদগী তাদনা অমদি চিনি অঙাঙবা মতুম মযাম অম্না মাঙহনখ্রেদনা। লেমহৌবিবশিংদুনা পুবগা চৎনখ্রে। জাবেদখানগীদি মাগী শকক ওইনা চিনি মতুম গাডী মপোৎ অমা পুল্লপ লৌখি।'

মথংগী নুমিৎতুদা লালানা লাক্লগা ঐখোয়গী ইনাক্তা ফল্লবা মতমদুদা (মহাক ঐখোয়গী ইবক্তা নিতিগী পূং অমবোর্মদি হেক হেক ফন্মী) ঐগী ৱাখল্দা হংগে খল্দুনতা লৈবা, মদুগী পাউখুমদুদি তাগদবসু কিবা, ঐগী পাবুংগী হকচাংদু মফম কদাইৱাইদা কমদৌগ্রবগে হায়বদু ঐনা হংখিবনি।

'মিসি বাবা, ঐহাক নহান্না নঙোন্দা তম্লগদবনি', মহাক্না হায়খি 'অদুবু নঙ নখল্লাই নুঙাইবোই হায়বগী কিদুনা ঐনা হায়দবনি। নঙবু ঐগী য়ুমদা পুবকখিবা নুমিৎতুগী মতুংদা ঐহাক গীর্জাদুদা অমুক হন্না চৎলুবে, মফমদুদা ঐনা থেংনখিবসি নঙগী পাবুংগী হকচাংনে, কলেক্টব সাহেবকীনে অমসুং ডাক্তব সাহেবকীনে মমাংগী নুমিত্তা উখিবদুগুম কবিসু ইকাই কায়দনা লৈবন্মী। অশাবা নুংশা মবক্তা হন্দোক্লনা লৈজববসু মখোয়শিংদু কবিসু পৎথ-পুমথবমদে নৎত্রগসু লাংজা কৈশালনসু শোক-পল্লমদে। সুপ্লদংগী মখোয়গী খোংভূপশিংদুদমক যাওবমদে।'

'ঐনা হল্লগে তৌবা মতমদুদা মুসলমান অনীথক্লা গীর্জাদগী খজিক্তং লাপথোক্লগা তাদুনা লৈবিবা কেপ্টেন জেমসকী হকচাংদু পুদুনা চৎপা উবন্মী। মখোযনা মদুবু নঙগী পাবুং অমসুং ডা: বোউলিংগী মনাক্তুদা থনন্মী। মখোযনা ঐঙোন্দা হাযবন্মী, হাৎতোকপীববা খৃষ্টানশিংগী অশিবা হকচাংশিংসি ফুমজিনবিগে হাযনা মখোযনা লেপ্লে। ঐনা মখোযদা মদুম তৌববদি ফিবন্নীশিংদা মীনুংশি উৎপগীদমক্তা নবাবগী মীশিংনা মখোযবু মবাল শীবিগনি হার্যখি। মখোযনা পাউখুম ওইনা খুল্লকখিবদি, মখোযনা তৌবশিংদুগী ওইবকপা যাবা খুদোংথীবশিংদু খঙদি খঙই অদুবু কবিগুম্বা অমনদি মখোযদা থবক্তু কন্না পাঙথোকহন্নীংঙি মদুগীদমক্তা ওইনীংবা পম্বা ওইজবসনু হাযনসু লেপ্লে হার্যখি।'

ঐহাক মখোযগী ৱাখল্লোন্দুদা ইথম্ভ ইকাইজবন্মী অদুনা ঐগী কোট অচোনবদু থম্লগা মখোযনা গীর্জাগী মপান্দা হায়না তৌথোক্লনা থম্লবা কোম অমদা হকচাংশিং অদু পুবদু মতেং পাংখি। মফমসিদা ঐনা পাদ্রি সাহেব মি: মেকুল্লাম অমসুং এসিস্টেন্ট কলেক্টব মি: স্মিথখোযগী হকচাংশিংদু উখি, মশকসু খঙবা ঙমখি। মখোয তককমক থংন থংননা ফুমখি অদুগা মোংফমগী মথক্তা মখোয খৃদিংমক্কী তোঙান তোঙানবা মোংফর্মনি খঙননবা লৈই জুডা জুডা চিংলবা নৃংপাক অমনা কৃপশিনখি। ঐখোয়না থবক অদু পূং অমগী মনুংদা লোইশিল্লে অদুগা ঐহাক্না মফমদু থাদোক্লনা লাক্লবা মতমদদি ঐঙোন্দা হাযফম খঙদবা অপেনবা অমা ফাওখি।

বামজিমলগী ৱাহৈশিংদুনা ঐখোয়দা পীখিবা পূক্লীং নুঙাইহন্দবশিংদগী ফবক্লবা মতুংদা ঐনা পাদ্রি মি: মেকুল্লামদি কবম্না শিপ্রিবনো হংখি; ঐনা নীংশিংবদদি মীফর্ত্তাশিংদুনা গীর্জাদা চঙলকখিবা মতমদুর্দদি মর্তাক্তে লেপফম ফম্বাক্তগী কৃমথবক্লগা গীর্জাগী ফিবোল থম্ফম কা ফাওদুনা মি: বিকেটসকী মমাগা চেনমিন্নাখবনি।

'ঐ য়াম্লদি হায়বা ঙমদ্রে !' লালানা হায়, 'ঐনা খঙবদদি সিপাইশিংনা রিকেটসতা ফৃ-চৈরিঙে মতমদুদা মি: মেক্কুল্লামদি তরবুজগী লৌবুক য়ৌরদুনা উরী-ব্লারী মরক্তা মহাক লোৎচবনি। অদুবু অতোপ্পা কাঙবু অমনা মহাকপু মফম অদুদা থেংনখি অমসুং মখোয়না থাঙশাঙশিংনা য়াম্দুনা হাৎপিখি।'

'মরাইবক থীরবা মেক্কুল্লাম!' ইমানা নুংঙাইতনা শোনখি। 'মহাক্তি কনাদসু কায়জদবা মীনি। অদুগা অর্থর স্মিথনা করম্না, লালা ?' ইমাদু ঐখোয়গা শকখঙনবা মীওইশিংগী মরমদা খঙগে হায়বা অমগা লোয়ননা হংখি।

'এসিষ্টেন্ট সাহেবদি সহরদা হাৎখিবনি,' লালানা হায়খি। 'মহাক্তি খুদোংথীবা থোকখিবা মতমদুদা অরুম লাইহৌনা নাদুনা মাগী য়ুমদা লৈজবনি। মহাক্কী ব্রাখলদি, লালহৌরিবশিংদি সিপাই ঙাক্তনি অদুনা সিপাই লৈফমদা চঙলমদনা সহরদা চঙখিবনি। মহাক্কা ব্লায়েনশঙশিংদা চঙলুবা মতমদদি মফমশিংদু লোইনা তেক-কায়রমলে, অদুদগী মহাক্কা লম্বীদা থোক্কুনা লেপ্পুনা লৈরিঙেদা মীয়াম অমনা মাবু কোয়শিনবিখি অদুগা মাবু কোয়ঈন ঈনবিরম্মী। কনানো অমনা মঙোন্দা থাঙনীংনা শুজীনবিরম্মী। মি: স্মিথতু শাউবা ফাথবা ঙমলকত্রে অদুনা অরুম লাইহৌ তৌনা তৌনা মানা মাগী পিস্তোল শৎলগা নুপাদুদা কাপখি। অদুবু স্মিথ সাহেবকী মরাইবক থীবনি, নোংমৈ মরূদুদা য়েনবা য়োৎতু কায়রে, কাপ্পা য়াদ্রে। মানা অমুক্কা নুপাদুদা কাপ্পি, অদুবু হন্দমকুক্তি নোংমৈ মরুদুনা নুপাদুগী পেটি ফাজিনফম য়োৎতুদা পাল্লগা করিসু শোক পনবা তৌদনা লৈবাক্তা তাপ্রে, মরুদুসু কান্নদ্রে। মি: স্মিথনা শাউমনখিদুনা মাগী রিভোলবরদু লংথোকপ্রে অদুগা হৌজিক্কা নুপাদুনা মাবু থাঙনা য়ানথৎপীবদগী খুকউ লৈতানা তুথরে। মদুদগী মীয়ামদু মঙোন্দা ওমশিনপ্রে। নোংদম্বসু স্মিথ সাহেবকী মায়োক্তা লৈবিপ্রে। কোম্পানী বহাদুরগী ইজ্জৎ মাঙপ্রে, রিভোলবর তেকপা নৎত্রগা নোংমৈ মরুবু খ্বাংদা ফাবা পেটিনা ঙাকথোকপা ব্রাফস্থু কনানবু তানপ্রবগেনে।'

৫

# মিং ওনবা

লালা রামজিমলদগী ফংবা পাউশিংগী মতুং ইন্নদি জুন থাগী মযায় চল্লকপা মতমদুদা শাহজাহানপুরদা লৈরিবা য়ুরোপিযান পৃম্নমক হাংখ্রে হায়রফাও য়ারে - সহর মনুংদা নংত্রবসু খন্নোট তুরেল লাল্লগা লৈবা বোউলিংগী নুপী অঙাংনা চেনখিবা মফম মহামদিদবু ওইববসু। হেকহিংহৌরিবা হায়ববু ঐখোয়তমক ঙায়হৌরে (ঐখোয়না কোন্নাখঙলকপনি), বেডমেনশিংতমক ঙায়হৌরে। ঐখোয়না হিংহৌরিবগী মরমসু সৃপ্নতংগী ঐখোয়সি মীয়াম্না শিখ্রে হায়না খনখিবদগীনি। মসিসু নোংমা নুপী অমনা ঐখোয়গী থোঙজীন্দা ঙা যোনবা লাকখিবদুদগী খঙহৌবনি।

লালাগী নুপীনা হায়খি, 'নহাক্লা লাক্লিবসি কুইববগী তুংদনিকো, ঙসিদি নহাক পোং অমফাওবা য়োন্দ্রিবা মানখ্রেদা ?'

'লালা ইবেন্মা!' নুপীদুনা হায়খি 'ঐঙোন্দগী পোং লৈবিনবা কনাবু লৈরিবগেনে ? ফিরিঙ্গীশিংদুসু চংখ্রে। মতম অমদদি লেবাদুবগী য়ুমদুদা নুমিৎ হেক খুদিংগী চংপনি অদুগা অনা মবি'মা মঙা'মা ফংদ্রিবা ফাওবা হন্দবনি। মেম সাহেবতুদি ঙা লৈবদবু নত্তেনে, কবিগুদ্রা মতমদদি মাগীদমক্তা ঙাদুসু থোংহল্লিবনি অদুগা মদুগীদমক্তসু অহেনবা অনা অমনীসু পীবনি।'

'অদো মখোয়দো কমদৌখ্রে ?' লালাগী নুপীনা হংখি।

'কবিনো, সাহেবকা মচানুপীগদি গীর্জা মনুংদা হাংপিখ্রে, অদুগা মেম সাহেবনা তুরেলদা চোংথদুনা শিজখ্রেনা।'

'নঙনা হায়রিবসিবু শোযদ্রবরনে ?' লালাগী নুপীনা হংখি।

'শোয়দ্রবনিনে।' নুপীদুনা হায়খি। 'ঐগী ইপুরোইবনা মথংগী নুমিত্তুদা তুরেলদা ঙা ফারিঙৈদা মাগী হকচাংদু খন্নোট তুরেলদা তাউথখিবা উহৌববনি।'

ঐখোয লালা রামজিমলগী মযুমদা লৈবকপসি চয়োল অনীদি শুজিল্লকলে, ঐখোয়গী ফি-রোলসু মোংলে অমসুং শেগায়রকলে। ঐখোয়গী ইফি ইবোল পুরক্লবগী মতমসু লৈখিদে অদুনা ঐখোয়না ফিবোল হোংদোক্কে হায়রবসু ভারতকী চৎনবী ফিরোল শেংপা নত্তনদি য়াদ্রে। মরমদুনা ইমানা লালাগী নুপীদগী পেটিকোট অনীগা শাল অপাবা অমগা লৌরগা ঐখোয়দা চাননবা শেমদোকলে। মখোয়দু মোংলকলবা মতমদা শুমাঙদা হেক হেক শৃদোক-চামথোকই, অদুগা শেংচীন ইনশিল্লগা খব খব কংদ্রিবা ফাওবা

নুংশাদা লেপ্লি।

ইমানসু ভারতকী মিংশিং কৌবনসু হেন্না ফবা অশিংবগী থবক ওইরগনি হায়না খল্লি। ঐবুনা খুরসীদ থোনবিরে, অর্থ দি পারসি লোন্দা নুমিং হায়বনি, ঐগী ইনাউ অনিতপুনা মথীক নেম্মী হায়দুনা নল্লি কৌবিরে। পিল্লুদুনা গুলাম হুসেন কৌরে অদুনা মমাদি মশানা গুলাম হুসেন মমা কৌবা তাজরে। ইবোকপুনা বড়ি-বি কৌরে। ঐখোয়সি মুসলিমগী মিংশিং কৌবদা ইরায় লায়না থোকই, মরমদি ঐখোয় লোইনমক উর্দু নীংথিনা ঙাঙবা ঙম্মি। অদুগা মরম অমনা অমুক ইবোক্তি তশেংনমক রামপুরগী মুসলমান ইমুংদা পোকপনি। ঐখোয় য়াম্না থুনা লালাগী ইমুং মনুংগী লমচৎ শাজৎশিংদা চাশিন্নরে, অদুনা ঐখোয়বু হান্না মশক খঙবা মীওই ফাওবনা ঐখোয়সিবু লেবাদুরশিংনি হায়বা য়াম্না রানা থেক্লগনি।

লালাগী য়ুমদা লৈরিঙেগী পুন্সিদু ফাগি জুগাই য়াওদবা পুন্সি হায়বদুদি ওইখিদে। মফমদুদা ঐখোয়গা লোয়ননা রল্লা কৌবী, ইমরত লালগী নুপী, লালাগী মরীমতা অমা লৈরম্মী। ইমরত লালদু মথীক নেম্মী, মশা মউ ফৈ, মরুং থায়। অদুগা নুপীদুনা রাং চাউই, মশক্তুসু থী হায়না লৌনে। মখোয় অনীগী মচা য়াওদে অদুনা মতম খরগী তুংদদি মখোয়গী ইমুংগী ঈশিং হেক হেক শোকপীবা নুপী, মহাক্কুম্না থীকনেম্বী মকং থাবী শাগে জ্ঞাৎতি হুম্বা ইমুংগী নুপী অমগা মরী লৈনবা হৌরকখি। অকোনবগী নুপীদুগী মচানুপা অনী লৈরে, মচা পামজরম্বদু ফংজরে, অদুবু নুপী অনীগী খৎনবদা মহাক ঈংনা তপ্পা, রাখল লৈতানা লৈজবদি ঙমদ্রে। মহাকতু শিনফমনা পাঞ্জি য়েংবনি অদুনা নোংমদি থরানমিচাক, গ্রহনচিংবগী অফ-ফত্ত য়েংলবা মতুংদা মহাক্কী ইমুং মনুং পূম্নমক হুন্দোক্লম্লগা কদায়দনো মফম অমদা মরাইবক য়েংলুরগে হায়না লেপ্রে। মহাক্কী নুপীশিংসু মখোয় মখেদা হুন্দোকপীরম্লবদুদদি মখোয়গী নুংশিনরমদবদু তাইশিন্নরগা পূন্না লৈমিন্নবা হৌরকলে। নুপী অহন্দুনা ফিবোল তূদুনা তাইদুনা শেল তাল্লি, মরক মরক্তসু খন্নন্নবগী খৎনববুদি অদুম থোকই। অনীশুবা নুপীদুনা অহানবগীদুবু চাবোক্তবী হায়না চৈবী অদুগা ফুরিং ফীরোল তূবিদুনা খূম্লক্লনি, 'নঙদি ঈশিং শোকপা মক্তদা নখোঙসু নখুৎসু ঈতঙদা তঙলিবদুনি। মথংদা অমুক কদায়দা তঙঙক্লদগে খঙব্রা ?'

ইমরত লালদি মতমসিদা যোগী অমগী খূবাক ময়ি য়েংবা ওইখ্রে, অদুনা হরিদ্বারদা নুঙাইনা লৈখ্রে। মহাক্কী লৈফম খঙলদুনা নুপী অতোম্বীদুনা দরখাস্ত ইবা নুপা অমদা মাগীদমক্তা চিঠি অমা ইহল্লি, মদুসু মানা ঐবু উর্দু খঙজি হায়দুনা ঐঙোন্দা পাহনখি। মদুগী মল্লোলদু অসুম্না তৌই -

'হোইবুঙো, হকচাংদা তৈবা হঙ্গাম থাউগুম মীকূপ্তা হেক্তা শৎ-মাঙখিবা, মনমখক্তমক থম্লীরম্বও, ঐগী মিৎমাঙমক্তদা মতূম তারবা শকফমদুনা চোংদুনা ফন্দুনা জগোয় শাবিরম্বা, মকুমিৎতা তারবা লাওরবা মিৎ অনীদুনা কৃপ্তবমখৈ ঐঙোন্দা শংত্রিক্লা য়েংখিরম্বও, ঐনা অদোম্বু লেপ্তুনা খনজরকপগী খূদম ওই, নুংশি পাউজেলসিবু ফংবিবদা খূৎশাশিংদুনা

ঐগোন্দা খুৎকাপ্পী কাপ্লিববোইদ্রা ? কবিগীনো নহাক্লা ঐবু নুংদি নুংশিবিদনা 'লাড়ো' ঐগী নুংশিজববী হায়না কৌবিবরিব্রা ? কবিগীনোনে নহাক্লা ঐবু নাচৈ মানবী, অদুগা ওন্নতৈননা মমল যাম্বা নুংদা কৌগদবা মিং বল্লা কৌবিবম্বদুদা ঐবু ভাবমেন তাদনা ওৎ নৈদুনা থম্বিবম্রিবসিবো ? নুংশিবদা মীনম্রিবসিবু কনানো, নঙলা নৎত্রগা ঐবা ? কবিগীনো নহাক্লা ঐগী নীংজবসিবু শান্নবিবিবা ? নহাক নশাদু ঈশিং খৃজোক অমদা ঈবাক্লদুনা শিগে শিজম্রো নৎত্রগা যুমদা হল্লক্লগা ঐগী লোম্নবী, য়েক্লবা ওইবীসিবু সনা লীক্লাংগুম নঙক্তা শিজিল্লগা, নৎত্রগসু মাগী মৃর্তিবু পবেং শানা লেংলগা 'মায়োকবা' ওইনা নপাম্বোমদা মাপল্লক ওন্না শিজিল্লগা লেল্লবো, ঐনা নঙবু নুংশিবিবসি কোকপা যানবা, মহী মযাই চম্লবা ।'

অদুবু মহাক্লদি চিঠিসিগী পাউখুম অমত্তা ফংখিদে । ঈমবত লালদু মদু পাকবদগী মাগী মপোক মযী, থবানমীচাক, গ্রহনচিংবশিংদু অমুক্তা হন্না যেংলগা হেন্না অশুকপা চীংনুং চঙশিনখিবনা ফবে, মাগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংদুনা পুকচেল চাউববা লালা বামর্জিমলনা যেংশিনজবর্ণান হায়না খল্লম্বসু যাই ।

কালেছ্বানা যক লাউনা শাবা মতমদু যৌশিল্লকপা মতমদদি মীওই পূম্নমক — লালাসু মাগী ইমুংগী নুপী পূম্নমকসু যাউনা শূমাঙদা তূম্নবম্মী । ঐখোয়সি যাম্না চাউবা ইমুং মনুং হায়বদু ওইবে । ইমাদং নত্তনা অতৈ মী পূম্নমক নুঙাইনা তূম্নবম্মী, মহাক্তি নুংথিল চুপ্পা পোৎথাবগা নুমিদাংদনা তূমদনা অহিঙ মিৎশেন খাঙদুনা ঐখোযবু শঙবিবম্মী । নুমিদাং খুদিংগী ইমানা তূথখিদনবা হায়দুনা ফমদুনা ঙাক্তা লেনখিবদু উবদা অরাবগী মর্শাক্ল । মাগী খুদোংথীবা থোবকপা যাই হায়না রাখলদা থাকবা পোকখিবদু হান্নগীগুম্না অদুম্মক কন্না লৈবম্মী । লালানসু মখুৎ লোগ্নবদুনা মঙোন্দা হায়ই্জ, 'মাবিযম তূম্মুবা, ঐনা ঐগী ইথৌবু খজিক কোমথোক্লবদি ঐহাক মাথুব নৎত্রেদনা ।' অদুবু মদুগী পাউখুম ওইনা ইমানা মনাক্তা থম্বা যাবা ছুবি অমতং পীযু হায়দুনা মঙোন্দা নিবম্মী । লালানা মঙোন্দা কোহ্নিং কাববা অমনবা ছুবি অমা পীবম্মী । মদু মহাক্লা যাম্না রানা মযাদু থৌনবা ফেংলম্মী ।

ইমানা মদুবু নোংমদি শীজিন্নবগনি হায়না কিহনখিবা নুমিত্তু লাকখি ।

নুমিৎতু পৃং তবা তাবা মতমনি । ঐগী চাবপাই, কাংথোল মখোঙদা তূমিন্না ফম্রিবা ইমাদং নত্তনা অতৈদি লোইনা তূম্নপ্রে । ঐহাকসু উইকম উইকম তৌকবে, মতমদুদা মহাক্লা মালিকাগী নুংশিবা মনম নম্মিদা হায়বম্মী, অদুবু যুমগী অকোয়বদা মালিকা পাম্বী অমত্তসু হৌদবনিনা অঙকপদুম পোকলম্মী । মতমসিমক্তদা লৈবাক লৈতুম অমসু অরাংবা চেকপলদগী তাবকলম্মী, অদুনা যেংখৎলুবদদি নুপা অমগী শাওং চেকপলদা শাংনা তিংথোক্তুনা লৈবা মওং অদু ঐখোয়সু অমম্বদুদা উবম্মী । খবদং চৎথোক্লগসু ইংখোল মতোন্দা হৌবা নিম পাম্বী অমগী মক্লমদা নুপা অমগসু উবম্মী । ইমানা মাগী মোন মখাদগী ছুবিদু লৌখৎলগা লাউবম্মী, ঐখোযদা খুৎ থাগে হোৎনবা অহানবা

নুপাদুগী থবাক্তা ছুরিসিনা থিনবর্গনি। কৈ অমোম্না মাগী মচাশিং শেন্নবগুম্নবা, মাগী অকিবগী মশক লৌরবা মতৌদুদা কিরদুনা লোন্না চঙলক্রম্বশিংদু মনা মনিল নাইরমদনা অদুম মাঙম্রে।

ঐখোয় হৌজিক ফাওবা খুদোং থীনিংঙাই ওইরি, অর্মদি ঐখোয়সি হিংলি হায়বা মীনা খঙনম্রে হায়বসিসু থৌদোক্কুনা ঐখোয়দা খঙহল্লে। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা থোকপা করিগুম্বা থৌদোক অমনসু ঐখোয়বু অমুক্কা হেন্না চমম্নহল্লে।

ঐখোয়গী তুং ইন্দুনা লাকখিবা মীনাই অনীগী মরক্তা য়াওবী লাদোদুসু লালানা য়ুমগী কার্চিন অমদা লৈফম·পীবিরম্মী। মহাক্কী মচানুপী অমা লমদমদুগী থাঙশাং ফেংবা নুপা অমদা ময়ুম পাল্লম্মী অদুনা ঈরাং থোকখিবা নুমিত্তগী লাদোবু থিরক্লিবনি। লালাগী ময়ুমদা ফিরিঙ্গীশিং লোৎলি হায়বা পাউনীনখোল তারদুনা জুনগী তাং ২৩ দা মানা লালাগী থোঙজীন্দা লক্লেগা রাবী শান্নরম্মী।

'ইনেম্বোক মফমসিদা লৈরে হাযনা ঐঙোন্দা তম্বা য়াওই', মহাক্কা হায়রম্মী। 'ঐহাক মফম পূম্নমক্তা হংলুরে, মদুদসু মীশিংনা মহাক মফমসিফাও লাকখিবা উহৌই হায়। অদুনা লালাজী, ঐহাক মাবু পুজম্রগে, য়াদ্রগদি নহাকপু ঐনা খুদোংথিবদা তাহনগনি।'

লালাসু লাদোগী লৈফম খঙঙি হায়দ্রে, অদুবু নুপাদুদি অনম কন্দুনা য়েংতুনা লৈরে, লোয়ননা য়ুমদুদা থি-হুমদুনা য়েংগে হায়বা ফাওবা হায়রে।

'নহাক মদুগুম্বা থবক তৌবা য়াবোইনে' বামজিমলনা হায়খিরম্মী। 'চখোকম্রে ইকাইবা খঙদবা নুপা! নবীল কয়াম লৈবদুনা নঙনা ঐগী ইমুংগী নুপীশিংনা লৈবা মফম ফাওবা চঙগে হায়রিবনো?'

নুপাদুনা নবাবতা পাউ অম্রুনি অমসুং য়ুমদা সিপাইশিং পুবক্কনি হায়না কিহল্লম্রগা থুনা য়াঙনা চৎম্রে। পাউদু লাদোনা তাবদুনা কা মনুংদা চঙলকলগা ইমাগী মখোঙদা তুরদুনা মহাক মফমসি থাদোকতুনা থুনা চৎগ্রগে নৎত্রবদি ময়ানুপানা ঐখোয়দা খুদোংথীবা থোকহল্লগনি হায়না তক্কবম্মী। মহাক্কা ঐঙোন্দা অমসুং ঐগী ইনাউ নুপীদা বর পীবিরম্মী, অদুদগী কপ্ল-কপ্লদুনা য়ুম থাদোক্কুনা চৎখি। লাইবক চাউবী লাদো! মহাকসি ঐখোয়গা চহি কয়া লৈমিন্নরক্লবনি অদুনা ঐখোয়নসু মাবু নুংশিজবনি। মহাক্কা ঐখোয়গী খুদোংথিবা তাবা মতমদুদা ঐখোয়গীদমক্তা খনবিখিবা, হোৎনখিবদুগীদমক্তা থম্মোযদা নুঙাইতবা ফাওরকখি।

নুমিদাংবাইরমদা লালানা য়ুমদা লক্লেগা ঐখোয়দা লাদোদো কমদৌম্রবগে হায়বদুগী রারম তৌম্রে। মহাক সহরদা ময়ানুপাগা থেংনম্রে।

'ইনেমবোক নহাকপু কদায়দা চৎলুবগে?' মহাক্কা হংখি। 'ঐনা মফম পুম্নমক্তা নহাকপু থিকরে। কদায়দগীনো নহাক্কা ইখঙ খঙহৌদনা থোবক্লিবসিনা?'

'ঐহাক ফতেঘরদগী হল্লকপদা ঙায়রি,' মহাক্কা হায়খি।

'করিগীনোনে ফতেগরদা কবি লৈদুনা চৎলুরিবনো? নঙনা থবক তৌরম্বা

অংগ্রেজশিংদুনা কবম তৌনখ্রে ?'

'ঙাইখোনে, মখোয় কমদৌগ্রবগে হাযবা ঐহাক্লা কবম্লা খঙগদৌবিবনো ?' লাদোনা খুমখি। 'মখোযদি হাত্তোকপিখ্রে হাযনা খল্লিনা। লাবাদুব মেমদুদি খন্নোত তুবেলদা ঈবাক্লদুনা শিখিবা কনানোম্মনা উগ্রবনি।'

নবাবনা ঐখোযগী লিববা মীনাইনুপীদুনা ইখঙ খঙহৌদনা অমুক হন্না থোবকপদুগী পাউ তাবদুনা মাবু কৌবগা কূপ্না ব্রাহং পাউহং তৌখি, অদুবু লাদোদি মহাক্লা হান্ননা হাযখিবগুম ঐখোয কমদৌগ্রবগে খঙদ্রে হাযদুনা অদুম খুমখি।

নবাবনা মঙোন্দা ব্রাশক্তনা হাযবম্মী, 'মসিগী শিনম নর্ম্বাসিনসু, অব্রায়-অখুম তৌদুনা ঐগী চিঙ্ক্তা হাযজবা শাইনে,' মহাক্লা হার্যখি। 'মখোয কদায়দা লৈবগে হায়বদু মহাক খঙঙি, অদুবু হাযববোই। ঐনা ব্রাশ ক্লনা হায়বিবর্সিনি, মখোয়গী মবমদা নঙনা খঙবা খৃদিংমক হাযদোক্রুবদি নকোক্তু ককথৎহনগনি, নঙ তাবিব্রা ?'

'মপৃ ইবুংঙো' লাদোনা মখোঙদগী মকোক ফাওবা কিবনা নীক্রদুনা খুমজবম্মী, 'ঐনা খঙদবা ব্রাদুবু ঐনা কবম্লা নঙোন্দা তমগদগে ? তশেংবনি ঐহাক মখোযগী লোযননা চেল্লকপনি অচাকপা যুমদুদগী, অদুবু মতুংদা মখোয কদাযদা চৎগ্রবগে হাযবদুদি ঐহাক খঙজদে।'

'মসিগী হিংচাবীসি।' নবাবতু ব্রাশকলম্মী। 'মসিনা ঐবু হিংসা তৌহন্নবা মবম ওইহন্দৌবি। মহাক অচুম্বা ঙাঙঙ্গু যাদ্রিনে। ফবে, মাগা মবালগী মতীক চাবা দণ্ড ফংহল্লু।'

নুপা অনি চের্নাশিল্লকলম্মী, অদুগা লাদোগী মশম পাযবদুনা মখুমদগী শত্তোকলবা থাঙশাং অমনা মঙক্তা থম্লম্মী। মবাইবক থীববী নুপীদু মাবু ফাবিবর্শিং অদুগী খৃৎপাযদুদা নামনগ্রদুনা মশাদু ফ্রৎ ফ্রৎ হাইবদুনা খাঙলম্মী, অদুগা মহাক্তি মবাল লৈজদবীনি অদুনা খৌজালবীনবা হায়জবম্মী।

'ঐগী মপৃ ইবুঙো নকোক চাবা পাপ পুগে, ঐ কবিমঙা খঙজদে।'

'ঐগী ইকোক্লা পন্দুনা ব্রাশকপা শাবিব্রক্তে ?' নবাবতুনা শাউনা হাযবকই। 'ফবে নঙনা থাঙ ফাওবা কিদ্রবনিনা নঙ কবিমতা খঙদ্রে হাযবসি যাবগে। মাবু থাদোকপিগ্রো।'

অসুম্না লাইবক থীবী লাদোদু, কিবনা তংখায শিবা হাযবদুমক ওইববীদু, থাদোকপীবে অমসুং মাগী মযুমদা চৎনহনবিখ্রে।

৬

# অতোপ্পা নবাব অমমুক

জুনগী তাং কুনমথির্দদ খোলশিং থীনবগী মখোল হৌনা তাখি, অদুগা অবাপ্পদসু খোল অমসুং বাঁশীগী মখোলসু তাখি। ঈবাং থোকখিবা নুমিৎতুদগী ঐখোয়না অসিগুম্বা খোঙ্গেলশিংসি তাখিদবা কুইববনি অদুনা তাবকপসিদা কবি কবিবু থোক্লিবনো খনবদা ঙকখি। লম্বীদগী লা উনবগী মখোলসু তাখি, শগোলশিংগী খুরূপ থানা চেনবগী মখোলসু তাখি অদুনা মখোযনা খঙনীংলিবশিংসি খঙবা ঙম্লবা লালাবু খৌবাংনা ঙাইর্নখি।

'নবাব শিন্দোক শিনজিন, হোংদোক হোংজিন তৌব্রনে ঙসিসিবো?' ইমানা হংখিবনি।

'মসিনা ঐখোযদা কবি কবি তৌবক্কদগে?'

'কবিগুম্বা অমত্তা হাযবা ঙমদ্রি। গুলাম কদব খানসু মাগী মমাংগী নবাব অদুগুম্বা মীশাক্কু অমসুং ইমুং মনুংগী মীওইসু ওইবিবনি। মখোয অনীমক কোম্পেনিনা পানবসি যাদবা মীওই থ্রাক্কনি। খেন্নবা হাযববু কদব আলিদি মবমচৎ ফত্তবা মী ওইকবনা ইবম কযাদা মায পাকপা ঙমদে, অদুগা গুলাম কদবনা শক্তি লৈ অমসুং মপুকচেল শেংথ্র, অদুমকপু মহাকসু লমদমসিদগী 'ফিরিঙ্গীশিংবু নমথগনি হাযনা চপ যুংনা লেপ্লি হাযনা ফোংদোকখ্রবনিনা ... ।'

'সিপাই লালহৌ হৌবকপা মতমদুদা মহাক ঔধতা লৈবি, মফমদুদা খুঙ্গংগী মীওইশিংবু অতেপ্পা লমগী মীথা পোনবদগী কোক্লনবা থাখলশিং শাগৎলি। মখোয় অনীগী মবক্তা মঙ মাপ্পদবা লৈবমদ্রগদি মহাকসু কদব আলিগা পুন্না থবক পাযখৎমিন্নবমগদবনি অদুবু গুলাম কদবদি নুপী অঙাং হাৎপগী থবকসি যানীংলমদে। অদুমকপু কদব আলিগী মীচংনা যার্মাখিবনা গুলাম কদবদু মতম খবগী ওইনা তুমিন্না লৈদুনা, থবক থৌবমশিং পাঙথোক্লিবশিং যেংদুনা লৈখি। হৌজিক্তি শক্তি লৈববা নিজাম আলিখান, ভিটল সিংহ, অবদুল বোফনচিংবা জমিদারশিংদসু নত্তনা মীফত্ত জাবেদ খান ফাউবনা মাগী মীচংদা লৈবকপদগীদি মহাক্লা শাহজাহানপুবদা লাক্লগা লাম্বা অমত্তা যাওদনা সবকাব পায়শিনখিবনি। ঙসিগী অযুক অসিদা মকোকথোংবা লালহৌবা লুচিংবশিংসু অনৌবা নবাবকী দববাবদা তিনখি। অদুগা ঙসি অহিঙসিদা নবাবনা হবাউ-কুম্মৈ অমা লাঙলি।

'মখোযনা ঐখোযবু ওৎনৈনি হাযনা নঙ খনব্রা লালা?'

অবোক্লা খঙনীংনা হংখি। 'কবিসু তৌবা ঙম্রবোইদবা ঐখোযগুম্ববু হাৎলগা মখোযদা কবি তোংজগদগেনে?'

'ঐহাক কবিগুম্বা অমত্তা তশেংনা হাযবা ঙমদ্রে বউী-বি,' লালানা হাযখি। 'মহাকসু

মহাক্কী মথক্কী পাল্লম্বা মীওইদুগুম্না ধর্ম তিন্নদবা মীওই খবদং ওইববসু হাংলগা মীযাম্না শকখঙ মায়খঙবা হায়বদু ওইগে খল্লম্বসু যাবি। অদুবু সহবসিদা পাউনীলখোল অমদি তাবি মদুদি মহাক অচৌবা অৱাবা অমদা তাবি।'

'মদুনা কবি ওইবম্না যাবিবা ?' ইমানা হংখি। 'মাগী নুপীদু শিগ্রব্রনে ? শিগ্রবসু হৌজিক্তি মহাক নবাব ওইববনিনা অতোপ্পা অমা ফংবা ঙম্রনি। অদুগা মাগী অৱাবসিনা ঐখোয়দা কদায ফাওবা শোকহনবা য়াবগে ?'

'মসিনা মাগী থবক থৌওংশিংদা তেংবাংলক্কনি,' লালানা হাযখি। 'শন্দোক্লিবা তোকঙাবুদি মসিনি মদুদি মাগী মচানুপী নহা ওইনা মশক মতৌ ফজব্রবী, জিনত হাযবীদু মাগী নুংশিনজবা নুপা অমদা চেনখ্রে। মহাক কদাযদা পুব্রবনো হায়বা কনামত্তনসু খঙনদ্রি।'

'অদুগা মাগী নুংশিনবা নুপাদুদি ?' মীগী নুংশি নুংওলগী মতৌদা য়াম্না খঙনীংবদু ঙাইহাক্রুদা উৎলদুনা ইমানা হংখি।

'মখোয়ন' হায়নবদদি কদব আলিগী মচাশিংগী মবক্তগী ফাবহাত হায়বদুমসু মতম 5প মাল্লনা মাঙখ্রে। মখোযনা চিংনবিবদি মহাক লৈশাবীদুগা চেনখ্রে হায়বসিনি।'

'ওহো, ঐহাক ফাবহাতপু নীংশিংলকলে,' ইমানা হায়খি।

'অষ্ট্রৌবগা অমুবগা লাংবা শগোল মচা অমা তোংলদুনা ঐখোয়না য়ুমদুগী মমাংদা হেক হেক, লেংা লেন্ন চৎপা, মশক মতৌ ফজবা নহাদুনি। পুম্নমকসিনা ঐখোয়গা কবি মবী লৈনগদৌবিবনো ?'

'ঐহাক মদু হাযবক্কদৌবিবনিনে, মাবিযম,' লালানা হাযখি। 'নবাবনা দববাবগী ফমফমলাংদা ফমথবা ইকুই কুইদ্রিঙৈদা পাউপুবা খবা চঙলক্রগা মঙোন্দা লাদোগী মবমদা অগ্রস্মী, অদুগা ঐগী মফমসিদা নখোয শোযদনা লোৎলমগনি অদুনা ঐগী যুমদা থিবা হূম্বা তৌসি হাযবস্মী। অদুদগীদি নবাবতুনা, মাগী ব্রাহৈদা, মীগী মাঙনবা কবিসু তৌজদবাখৎন চৈনবসুহৈজদবালাবাদুবসাহেবকীমবমদাকবমতৌগ্রবগেখঙনীঙলস্মী। মহাক্তি গীর্জাদা অতৈ অতোপ্পশিংগা হাৎখ্রে হাযনা মঙোন্দা অগ্রবদা নবাবনা হাযবস্মী, 'মদুনা মদু ওইগ্রস্নু। মখা তাবকপদদি ঐখোযগী থবক পবিংসিদগী হেন্দোক থোইদোক্না মাগী নুপীশিংবু থিকবগী কান্নবা লৈত্রে। ঐহাক মবাল লৈজদবশিং হাংশগদি মবী লৈননীংদে ..।'

'মাগী হৌজিক্কী ব্রাখলগী ফীবমসি ঐখোয়না কদায ফাওবা থাজসিগে ?' ইশানা হংখি।

'ঐঙোন্দা নিজাম আলিখাননা তম্বদদি নবাবনা মমাঙঙৈদা মাগী মচানুপীদা ব্রাশকপা অমা লৈখি মদুদি ফিবিঙ্গীশিংগী নুপীশিং অমসুং মচা মশু অঙাংশিং খুৎ থাবোই হায়না। ঐনা খঙবদদি মসি থাজবদি ব্রাংলি। অদুম ওইদুনসু নিজাম আলিগী পাউসিসু মহৌশানা থাজনীংঙাই ওই হাযনদি খল্লিবনি।'

'মদু অচুম্বনি,' ইমানা হায়খি। 'ঐগী ইপুবোইবনসু মাবু মুয়া ফজনা খঙঙি। ঐখোযনা মাগী ইংখোলদু চত্নি কযামকম শান্দুনা শীজিন্নবকপানি। মদুগী ভাবাসু মতম চানা চানা পীখিবনি।'

'ফবে, নবাবনা মাবু চাল্লি,' লালানা হায়খি 'মহাক্না মাবু মাগী লম্নাই খুৎলায় শাফমশঙদা নোংমৈশিং হৈদুনা শাবা হৌনবা য়াথং পীখ্রে। নবাবনা নিজাম আলিগুম্বা মীওইশিংতগা লোযনবর্বদি মীযামগী থবক থৌবমশিং পাঙথোকপদা মখোযনা কদব আলি খানগী মখাদা পাঙথোকখিবদগী হেন্না চঙখোনগনি।'

ঐখোয় লোইনমক্না ঐখোয়গী নোংমগী চঙদবা য়াদবা পোৎলমশিংগীদমক্তা লালা বামজিমলগী মতেং লৌবম্মী, অদুগা ইমাসু মানা পুবকখিবা মহাক্কী সনা লুপা হাপ্পা উপু মনুংদা পৈশা খবা লৈজববসু, মানা মদু যাম্না তোযনা শীজিন্নদে।

নোংমদি ইমাগী মমাঙদা মখৃৎ লোন্নবদুনা লালানা হায়খি, 'মাবিযম, ঐহাক হায়বদি ইকাইবনি, ঐগী পৈশা অমত্তা লৈত্রে। কাববাবসু চপ লেপ্পুনা লৈবে, অদুগা ঐগী পৈশা খজিক্তং লৈজবম্বদুসু পুন্নাই লোইখ্রে।"

'নপুক্লিং খোযবাংগনু লালা।' ইমানা সনা মপাক খবা মাগী সনা লুপা হাপ্পা উপু মনুংদগী লৌথোক্লগা মঙোন্দা পীবদুনা হায়খিবনি। 'সনাসি কৈথেলদা পুবো অদুগা অশিংপা মমলদা হেক্তা য়োনথোকলুবে।'

লালাদু মথবাই নুঙাইতে, অদুম ওইনমক ইথাথা খুদংনা মংলকপা মতেংসিদা নুংঙইবনা থৃস্কৎলম্মী।

'ঐহাক কৈথেলদা খুদক্তা চৎলগে অদুগা মাসিদগী কয়া য়াম্না ফংবা ঙম্বগে য়েংলুবগে', মহাক্না হায়খি। 'অদুগা ঐনা হায়নাংবা অমদি লৈবে মাবিযম। ঐখোয় লোইনমক ববেইলিদা চৎলসি। ঐগী ইচল ইনাউ মফমদুদা লৈ, অদুগা নখোযগীসু মফমদুদা মবী মতাশিং খবদি লৈবি। ঐখোয় যামদ্রবদা ঐনা সিদা পীবিবা থুম ভাবাসি ফাওবদি কনবা ঙম্নগনি। নঙনবু য়াববদি ঐনা ঐখোয় পুম্নমক তোংবা য়াগদবা ষন গাড়ী অনি ব্রাযবগনি।'

ঐখোয় পুম্নমক লালাগী ব্রাফমদুদা যানবে, অদুগা মানা ঐখোযগী খুদোংথিবা নংদনবা খনজখিবা থৌবাংশিংদুদি ঙাইহাক্তংগী মনুংদা মাঙখিগদৌবে হায়বা খঙজদবমখৈ মথবাই নুংঙাইনা কৈথেলদা চৎখি।

## ৭

# ঐখোয়বু ফাখিবা

ঐখোযনা লালগী যুমদা লৈবক্লিবসি থামুক ফাবক্লে। অদুগা নুমিৎসিনা ঐখোযনা মাগী যুমদা লৈবকপগী অরোইবা নুমিৎ ওইবে।

ঐখোয মযাম মচৌশা মচৌশাগুম কা অমদা পুল্লপ পূনশিন্দুনা ঐখোযগী তুংগী মবমদা খর্নবীডে মতেমদুমক্তদা মপান্দা মীযামগী খোঞ্জেল তাবকখি।

'খোঙ হাংদোকউ!' কনানোঅমনা লাউবকখি, অদুগা মপানগী খোঙদা কন্না থানবগী মখোল অমস তাখি।

ঐখোয কনামতনা কৌর্নক্লিবদুদা খুল্লমদে, অদুবু ঐখোয মশেল অমগা অমগা ভবমেন থাদনা যেংনদুনা লৈনখি ঐখোযগা ফম্মিনবগী লালাগী নুপীনা হৌগৎলগা কাদুদগী থোকখি, অদুগা ঐখোযগী খোঙনু মপান্দগী পুনা পানশিনখি।

'হাংদোকউ নৎত্রবাদ নখোযগী খোঙচি থুদক্লগনি।' মপান্দগী খোঞ্জেল অমনা হাযবকখি। খোঙ থানবগা মখোলদু তেন্না হেন্না কনখৎলকখি।

অকোনবর্দন, বল্লান চৎতুনা মমাঙথোঙদু হাংদেক্লুবে, অদুগা থাঙ্জাং ১১০১, পিস্টোলশিং পাযবা মী ওই কুন কুল্লমুক মনুংদা চঙলকখি। মখোযগী মবক্তদগী ভুসাইদুখি যাম্না লাউ খোংলক্লিবা অমসুং মযামদগী লুচিংবা মানবা অমথক্লা কাশিংদু থি হুম্বা যাননবা নুপীশিং অদুবু যুমগী মথক থংবা শকতা কাথৎখিনবা হাযবম্মী। লালাগী ইমুংগী মীশিং অদু মানা হাযানবা অদু ইনবা নওনা পাম্বি অমা লৈত্রদুনা মখোয যুমথক্তা কাহৎখবম্মী। নুপীশিং অদুনা তৌর্দাক্ত ঐখোয়গী কার্গা থোঙলোমদা চঙশিল্লক্লম্মী অমসুং ঐখোযগী পুনা ওইবিবা যেংলদু চিংথোক্লুনা ধদৎপগী মখোল তাবম্মী। লুচিংবা অদুনা খোঙ অদু কন্না ঈংশিল্লক্লগা মখুৎতা মখুম শত্তেক্লবা থাঙশাং অমা পাযবদুনা চঙলক্লম্মী।

মহাক্লা ইমাগী মপাম্বোমদা চেৎনা পাযবদুনা অমদি মমায়দা শংত্রিক যেংলদুনা হংলম্মী 'লেবাদুবগী মচানুপী কদাযদা লৈ? নত্তে, মসিদি মচাক্তু নত্তে' হাযনা মহাক্লা হাযবদুনা মাগী মখুঙ্ থাদোক্লম্মী অদুগা ঐঙোন্দা লৈবদুনা যেংলকলম্মী।

ঐগী ইখুৎ পাযবগা ইমাগী মনাক্তগী শুমাঙদা অভানবদা চিংথেক্লদুনা মহাক্লা হাযবম্মী 'মসিনি নুপীমচাদু।' মহাক্লা মাগী মখুৎ যেৎনা পাযবিবা থাঙশাঙদু বাংনা থাঙ্গৎলম্মী।

'যাবোই!' ইমানা মশামক ঐগী ইমাঙদা চোংশিল্লক্লগা অরাবা খোনফমদা লাউবকই।

'ঐনা আলিগী থাংশাং পল্লগা নঙোন্দগী নির্জাববসিনি, নহাক্কা ইচানুপীবু হাংকে নীংলবদি মহাক হাংব্রিঐঙেদা ঐহাকপু হান্না হাংপিয়ু ।'

মাগী মমিৎ অনীদা ঈ কাবমুক ঙাঙলম্মী, মিৎফমদুদগী চোংথোক্লদৌবগুল্লম্মী অদুগা মাগী মতৌদু যেংবদা যাম্না পেনসু পেল্লম্মী, অকিবসু পোক্লম্মী। ঐনা খনবদদি মাগী মতৌদুদা থাঙদু থাঙ্গৎলিবা নুপাদুদগীদি ঐনবু হেন্না কিবম্মী, অদুবু ঐহাক জ্ঞান-মান তাদবমখৈ মঙোন্দা কোন্দুনা খাঙলম্মী অমসুং নুপাদুনা পার্যবিবা খুৎপাযদুদগী ঐগী পান্নোমদু নানথোক্লবা লৈথোক্লুনা হোৎনবম্মী। মহাকত্তো ইমাগী মতৌদুদা অসুক্কী মতীক পেনথ্রমালে, মানা মাগী থাঙশাংদু মখাদা লুকথবম্মী অদুগা নেমথববা খেনফমদা ঐখোয অনিদা ঐখোয শিনিংদ্রবদি মাগী মতুং তূমিন্না ইল্লক্লবা হাযবম্মী। ইবোকসু তৌফম খঙদ্রদুনা মখুৎ-মশা থেক্লুনা খাঙলম্মী, অদুগা অতোপ্পশিংদুনা কাচিন অমদা নুপামচা অমখক্তা ওইনা যাওজবিবা পিল্লবু শাল-ইন্নফিশিংনা কৃপাশিন্দুনা লোৎলগা পুল্লপ তাশিন্নদুনা ফম্নবম্মী। থাঙশাং পাযবা নুপাদুনা ইমাগা ঐগবু লম্বী চিংদুনা যুমদুদগী পুথোক্লম্মী অদুগা মাগী খোঙলোইশিংদুনা তুংদা ইন্নবক্লম্মী ।

মতমদু জুন থাদি লোইশিল্লক্লবা, অদুগা নোংজুথাগী নোংসু যৌবক্লিবা মতমনি। নুমিৎসু চপযুংবা মতম যৌশিল্লক্লদুনা নুংশাসু যক লাউনা শাবকপা মতমনি। লৈমাযসু ইকন কর্নাশিল্ল, ক্রুং ক্রুং লাউবি অমসুং উফুল চোল্লি। খোঙদসু খোংউপকা অমত্তা যাউনদনা কোক্তসু কবিগুম্না অমত্তা কৃপাশিন্দনা বলি তৌবগদবা যাউগুম ঐখোযনা ঐখোযবু ফাবির্বশিং অদুগী মতুংদা ব্লা-লাল অমত্তা ঙাঙনদনা তূমিন্না ইন্নবম্মী। অতোপ্পশিং অদুনা নুংশা মঙালদুদা ইবংলংলবা থাঙশাঙশিং অদু মখুত্তা পাযবদুদা ঐখোযবু কবেম্নবম্মী। ঐখোযবু কদাযদা পুবিবিবনো নৎত্রগা ঐখোযগী লাইবক্ত কবি তত্রমগদৌবিবনো হাযবা ঐখোয় কবিমত্তা খঙজবমদে ।

মাইল মখায অমবোম চৎলগা, ঐখোয়গী খোঙশিংদু লম্বীগী অশাবদুদা চৎলকপগী হৌনবা লোইনা পোকথোক্লবা মতমদুদা ঐখোযবু ফাবির্বশিংদুনা ঐখোযবু অপীকপা মসজিদ অমগী মনাক্তা হৌবা মঙ্গে পাম্বী অমগী মখোঙদা ঐখোয়বু পোথানবা হায়বম্মী। ঐখোয়না মঙোন্দা ঐখোয় যাম্না ঈশিং খৌবাংলে হাযবম্মী, অদুনা শেঙ্গেংগী জগ অমদা ঈশিং পুবক্লুনা পীবম্মী। খঙনীংবনা লাংতক্লববা মীয়াম মপৈ অমনা ঐখোযবু ইকোয কোয়শিল্লম্মী ।

'মখোর্যাসি লালাগী মযুমদা লোৎলম্না ফিবির্জিশিংনি। মখোর্যাসি যেংবদা কযাদা নুঙাইত্রবনোনেসে। অদুবু অমদি নহা ওইবি মাগী মমিৎশিং 'সিসু ফজেনে। মাগীসে মমাগী মমিৎশিংসিগা মান্নদ্রা যেংউনে।'

মীযাম মবক্তুদা যাওবম্না কোযনা চৎপা মুসলম্লান লম্মোইবা অমনা ঐখোয়বু ফাবিবদুগী মবেংবান্দা পায়বদুনা হায়বম্মী, 'জাবেদ নঙনা লাইবক থীববীশিং অসিবু নঙ নশাগী

নুঙাইনবগীদমক্তা পুবিরক্লিবনিনে। নহাক ঐঙোন্দা নুপা ওইবগী ব্রা হায়য়ু, নঙনা মখোয়বু তাথী তাওইনা তৌরোই নংত্রগা হাংলোই হায়না।'

'মদুনদি মসি জাবেদ খান ওইরে' ইমানা শোহ্থাংননা হায়খি। মমায়দু অদুমক খুমজিন্দুনা লৈরিবা জাবেদ খান্দুনা মাগী থাওশাংদো মমায় মপাদা থাঙ্কংলম্মী। 'ঐনা ঐগী থাওশাংসিনা শাক্সী ওইনা ব্রাশকলিবসিনি, ঐনা মখোয়বু হাংলোই নংত্রগা তাথী তাওইনসু তৌরোই।'

'নঙগী আত্মাদু খুদুম চল্লু জাবেদ,' লাই নীঙবদুনা হায়রম্মী, 'নঙনা পাঠান অমা ওইনা কায়হন্দনা ঙাক্কদবা, ঙাক্তগদি হিংদুনা লৈবা ঙম্মোয়দবা ব্রাশক অমা শকথ্রবনি। মখোয় অনীসিদা অমাঙ অতা অমত্তা থোক্কবা ওইহনবিসনু, নংত্রগদি নঙগী নপুন্সি অদু তেল্লগদবনি।'

'মদুগীদমক্তা করিসু কিবিগনু।' জাবেদ খাননা ঐখোয়দা হৌগৎনবা ইঙ্গীত তৌরদুনা হায়রম্মী।

ঐখোয়সু হান্নগুম্না মাগী মতুংদা ইল্লম্মী, য়েংলিবা মীয়ামদু তুংওইনম্লগা সহরগী পাঠানশিংগী লৈফম তম্না জলালনগরগী খূরবা লম্বী তাবা মরক্তা চংলম্মী।

লম্বী কয়ামরুম লাম্ছোক্লবা মতুংদা অপীকপা, অহাঙবা মফম অমদা থুংলম্মী, মদুগী মচী অমদা শগোল অমা পুন্দুনা লৈরম্মী। জাবেদ খান্না শগোল অদুগী ময়াংলেন্দা মখুৎনা পোপ পোপ ফুরম্মী অদুগা মাগী ময়ুমগী থোঙদু হাঙদেক্লগা ঐখোয়বু চঙ্ভু হায়রম্মী। মহাক ঐখোয়গী তুংদা লাকলম্মী। শুমাঙদা ঐখোয়না থৌরী হাইবী ফালদা ফন্নম্বী নহা ওইরিবী নুপী অমা উরম্মী। মহাক ঐখোয়বু উবদুদা ঙকপগুম্নসু তৌরম্মী।

'মখোয়সি ফিরিঙ্গীশিংনি,' জাবেদ খান্না হায়রম্মী, অদুগা মমাঙথোঙদু থিংজিল্লম্লগা শুমাঙদুদা থৌ লৈতনা লানথোক লানশিং তৌবম্মী।

অহল ওইরবী নুপী অমনা ইমাগী মনাক্তা চঙলকলম্মী। 'কিরুনু', মহাক্না হায়রখি। 'ফম্মু অদুগা ঙাহাক পোখাউ।'

৮

# জাবেদ খান

জাবেদ খান্না মমায মমিৎ তাখোক্লগা মফি মবেল হোংদেক্লদুনা হল্লক্লগা মাগী নুপীগী লৈফম কাদা চঙলক্লগা মগী নুপীদা হায়বকখি।

'ঐগী ফির্বঙ্গীশিংসগী মবমদা নহাক কবি থল্লি ' ঐহাক মখোযবু থিবা ফংদ্রিবা ফাওবা পোৎথাবা তৌবোই হাযখিদ্রা ' মীওই অমা ওইবম্রবদি নহান্না থিবা হুন্না তেক্লমগদবনি।' অসুম্না কবেম্বনা নোক্লদুনা উগী অনেম্বা টেবলদা থম্লিবা মাগী অযুক্কী চবাদু চানবা ফমথবম্মী।

ঐখোযবু অহানবা ওইনা তবাম্না ওকখিবী মাগী মন্দোন কোথিব্রালি কৌবিদুনা খোন মেঙনা ইমাদা হায়খি।

'ঐঙোন্দা ৩ম্মু,' মহাক্না হাযখি। 'নখোযগী ব্রাবীদু ঐঙোন্দা লীযু। নখোযবু কনা কনানো '

'ঐখোযসি কনানে হাযবসি নহাক্না উবির্বাসনি,' ইমানা খুমখি। 'অতোপ্পশিংদা তাংজধবা অদুগা নহাক্কি মবীমতা ওক্টবিবসিগী থৌজাল মথাদা মানা নীঙলকপা মতমদা হেক্লমক হাৎখিবা যাবা ঐখোযান।'

'কনানা নখোযগী অব্রা অন ৩ববা থবাযশিংদু লৌগদৌবিবা ' জাবেদ খান্না মবক থৎলকই।

'ব্রাকনু, ঐনা সিদা লৌবিঙেদা নখোয কবিমত্রা খুদোংথিবা নংলোই' কোথিব্রালিনা হায়খি। নহাক কবিমত্রা কিবা তৌদনা ঐঙোন্দা ৩ম্মুনে। নমিংনা কবি কৌই অদুগা নঙগা লোয়নবিবী লৈশাবাসিগীনা কবি মমিংনো '

'লৈশাবী মচাসি ঐগী অমত্তা পোকচবী, খুবসিদনি। ঐগী মিংনা মাবিয়ম কৌই অদুগা ঐগী ইমুং মনুংদি বামপুবদা মীযাম্না খঙনবিবনি। ইপাদু নবাবকী মন্ত্রী ওইবম্মী।'

'কবম্না বামপুবনো ' জাবেদকী নুপী খান বেগম্না হংলকখি।

'বোহেলোনগী বামপুবনি' ইমানা খুমখি।

'ইহে মদুগী বামপুবদু ওইবে।' ইমাগী থৌবকফমদুদা নুংশিবা উত্তুনা খান বেগম্না হাযবকখি।

'ঐগী অমত্তা পোকচবী অঙাংসি,' ইমানা ঐঙোন্দা নুংশিনা যেংলদুনা মখা তাবকখি, 'ইংলিস নুপা অমগী মচানি। মহাক্কু গীর্জা মনুংদা লালহৌ ঈবাং থৌবকখিবা নুমিত্তুদা হাৎপীখ্রে। অদুনা ঐসি থৌজিক লুখ্রাবী ওইববনি, অদুগা অঙাং অসিনা মপা লৈঙদ্রবী

হায়বদু ওইববনি ।ঐখোয়গী থৱায়শিং অসিলালা বামজিমলনা থৌজানবীদুনা কনবিবকপনি অদুগা নখোয়গী মবী মতা ওইবিবসিনা ঐখোয়বু নমজা নমথেক্লদুনা ফাবিদ্রিবঙেদুফাওবদি মাগী ময়ুমদা লৈজবর্ম্বনি । ঐগী ইমানে অদুগা অতোপ্পা ঐখোযগী ইমুং মনুংগী মীশিংসু হৌজিক মখোযগীদা লৈবিবনি । ঐখোযবু ঙাকপীনবা কনা অমত্তা লৈজদ্রবনিনা, ঐখোয কবি ওইগদগে হাযবসি অল্লা মাতনা খঙবীগদবা মঙাযবে ।'

ইমাদু থম্মোয়গী ৱাফমদুনা থুমহৎখি, অদুনা মখোল থোক্লা কপ্পা হৌবকখি । মসিনা ঐবুসু ইমাগী শাল-ইন্নফিদা মাযসি খুমদুনা কপহনখি ।

কোথিৱালিদুসু নুঙাইত্রে। মহাক্লা ঐগী কোক্তা মখুত্তু থল্লগ যাম্না নুংশিহৈবা খোনফমদা হাযবকখি, 'কপকনু নুপীমচা, কপকনুসে ।'

ইমানা মমত্তগী পি তৈথেক্লদুনা অহল ওইবী নুপীদুদা যেংখৎলম্মী । 'ঐখোয়সি যাম্না খুদোং থীবদা তাবে, পাঠানী ।' মহাক্লা হাযখি । 'ঐখোযগী থৱাযগী থৱাইশিংসে কনবিযু অদুগা ঐখোয়গী ইজ্জৎপুসু মাঙহনবীগনু, ঐনা নঙোন্দগী নিজবিবসিনি ।'

জাবেদ খানদু কপ্পবদুদা শাউবা ফখিদুনা হৌজিক্তি হাযবকখি, 'নঙগী কবি কবি ৱাখলদু তোকখো পুকচেল ফবী ' কনামত্তনা নখোযবু হাৎলোই হাযনা ঐনা হাযবিবসিনি । মদুগী ওন্নতৈনবদা, ঐনা নঙগী নচানুপীবু অতোপ্পাশিংগী মখুত্তগী ইজ্জৎ মাঙবা থোক্তনবা, কনবিবিবনি । নঙনবু যাববদি ঐহাক মহাকপু ইজ্জৎ লৈনা পৃহোংদুনা লৌবা পাম্মী ।

জাবেদ খানগী নুপাগী মখুত্তগী প্লেটতু লৈবাকক্তা তাখি । মহাক্লা মগী নুপীদুদা খানা শংত্রীক যেংখি । 'অপঙবা অমদৌনা তৌনু কাবিল ।' মানা হাযবকখি ।

ইমানা কবিগুম্বা অমত্তা খুম্বা নংদ্রিবঙেদা কোথিৱালীনা হাযখি, জাবেদ, নঙনা অসুম্না তৌববসি তৌফম থোক্তবনি । মখোয অনীসি শাগে জাৎ অফবা ইমুংদগীনি অমসুং মখোযসি খুদোংথীবদসু তাবিবনি । যেংঙুনে মখোযসি কযাদা তাইফেৎ তাইববনো অমসুং ফিজেৎ নাতৈ চাদ্রবনো ' ঐনা হাযবিবসিনি, মখোযবু থৌজালবীযু অমসুং মখোয়না হৌজিক ওইবিবা ফীবমসিদা ইকাইবসু পীবীগনু ।'

'মখোযদা লৈবে, ইন্দোন' মহাক্লা হাযখি । মখোযনা ঐগোন্দগীদি থৌজাল হাযবদু ঙাক্তমক ফংগনিদা। অশেংবাদ মখোযসু হৌজিক্তি মখোযগী থাযনগী চাউবম্বদুদগী তাথববনি ।'

'নঙনা মখোযগা কবম্না খঙনৰ্কবিবনো হাযবসিনি ঐনা খঙনীংলিবদি -' কোথিৱালিদুনা হংখি । 'নঙগী খান বেগমসিসু নুপী অতৈগুম্না অফবা নুপী নংত্রনে ?' মনাতোন তাবকপাসিসু কয়াদা ফজত্রবনোসে ।'

'মাবু ফত্তে হাযবা কনানা হাযগদগেনে ?' অদুবু, ইন্দোমচা,' মহাক্লা হাযখি, 'নুপীমচা লৈশাবীসিনা মপাগী ময়ুমদা লৈবিঙেদা ঐখোন্দা কযা যাম্না শুদ্ধংখিবগে হায়বদু ঐনা নঙোন্দা খঙহন্নবা কবম্না হাযসিগে । ঐনা মাবু ইহান হান্না উবা মতমদুদা ঐসে মাগী

ফজবনা শুক্লাৎথ্রবনি। মহাকসে অযুক্কী থবানমিচাক শজীক্লম ঙান্না ঐনা উখি। হৌজিক্তি মাবু যেংবদা ঐহাক শীঙেল লৈবাংদ লৈখোঙা শাৎলিঙেদনা হেন্না ফজে হাযবদু চুমলে হাযবা খঙলবনি। মদুবু হেক হেক্কোক্লবদি খুত্তা অদুম খুইথ্রগদবনি। মবাইবক থীববীসসু থা অমবোমগী মমাংদা ঐনা উখিবী লাইবেন্থীগুম্না ফজবীদুনি হাযবদা কনানা থাজকগদগে ?'

ঐঙোন্দা চৈ থাংনীংবগী রাখলনা পাকথন্না পোকলক্লবসু ইমাগী মশাদা নপশিনজবগা ঐনা চৈনীংলুবিবা পূন্নমকতুগা লোযননা জাবেদ খান্দা শংত্রীক যেংদুনা লৈবা নত্তনা কবিসু হাযকবা, কবিসু তৌকবা ঙমজদে। খান-বেগমদুসু শাউনীংবনা লোইবমলগদবনি অদুবু মহাকসু উপায লৈজদে মবমদ জাবেদ খান্না অনীশুবী নুপী অমা থিগে খল্লকপসদা মাগী অধিকাব অদুম লৈর্জাব।

'অঙাং ওইববী নুপীমচা অমবু মপাগা কাযনহনবগী অমাদ মপৃং ফানা শাৎকাযদ্রিবী লৈবাংবু লৈখোক্তগী হেক্কোকপিবগীদমক নহাকসি খাইদগী হেন্না পঙলবা হাযবদু ওইবগদবনি।' খান-বেগমনা হাযখি।

'কবিনো নঙনা হায়খিবদো কাবিল ?' মহাক্লা শাউনা হংখি। 'নত্তে, খদু অমুক হন্না হাযনুকো। অশাউবা হাযবা হিংচাবদু ঐগী থম্মোযদা তম্রে, অদুবু মসি ঙাইহাক্তদা হেক্তা হৌগৎলকপা যাইকো।'

মহাক্লা ঐঙোন্দা চাগদবমখৈ যেংলকখি অদুবু ঐদি মাগী মমাযদা য়েংবদদগী লৈথোকচবা ফাওবা ঙমদ্রে, ঐসে লিনগী মমিৎনা শুক্লাৎথ্রবা শিগদবা মতম ঙাইদুনা লৈবিবা উচেক অমগুমখি। অদুমকপু ইমানদি মাগী ফৎত্রবা আত্মাদু পাঙলদা লৃপহনখিনবা মঙোন্দা শংত্রীক যেংলি অদুগা মহাকসু ইমাগী মিৎযেংদুদা তুকথবকখি।

'ঐবু অতৈ মীহাৎপগুম্নদি লৌগনু,' মহাক্লা নোঞ্জনা হাযখি। 'ঐনা মী কযা কযা হাৎখ্রবসু মখোযদু ঐগী ধর্মগী যেক্লবা ঙাক্তনি, ঐগা, মীযামগী যেক্লবশিংনি। ঐবুদি চৌবিবগী মহুত্তা থাগৎপীফম থোকপনি।'

'নহাক নশাদু হৌজিক ফিঙ্গৎকনু,' কোথরালিদুনা ঐখোযগী ইতেং পাংলদুনা হাযখি। 'ঐনা নঙোন্দা হাযজনীংলিবদি নহাক্লা ফজববু পামজবা মীশক অমা ওইববদি, খান বেগমসি মশকসু থীদে, মুসু মুদেনা। ঐনা খনবদদি ফিবাঙ্গ নুপীশিংসিদি মমিৎশিংসি হীগোক মচু ওই, মশমসু ফজে অদুবু মবাইবক থীবীশিংসিদি য়েংবদা কযাদা অকিবগী মশক ওইববনো! ঐখোয়গী জাৎকী মীসু মাল্লবানলেসে।'

'যান্না ফবে, যান্না ফবে,' জাবেদ খান্না অকম্বা খোঙ্থাংদা ঙংলদুনা হাযবম্মী। 'ফদ ফজববদৌনা কাবিলগী ফজবগী মনমদা মথা তাথবক্লগনু। রাফমসি ঐখোয় খন্নবনুসি। অদুবুনে ইন্দোন!, ঐখোন্দা যেংলকখিবদগী মমিৎ মনাসু খবা থোৎ মেঙথবদুনা হায়বকই, 'ঐনা নুপীমচাসিবু ইহান হান্না উখিবদুগী মতাংদসু নঙসু বিচাব তৌনে। মহাকসি মালংবনা হুমদুনা শান্নাববা গুলাপ লৈবাংগুম্বীনি, শজিগুম্বীনি ....।'

'নঙগী ওইদবা ময়াম শ্বাণ্ডবদ্ তেক্রেবোইদ্রনে ?' কোথিরালিনা মবক থৎলম্মী। 'মঙোন্দা হৌজিক যেংউ অদুগা হায়যু নঙনা হার্যখিবদৌনা মাবু ফজবিব্রনে ?'

'হে অল্লাহ ! মখোযদা অহোংবা অমর্বৃদি লাকপ্রে।' জাবেদ খানদুনা অঙকপা ফোঙদোক্লদুনা হায়বকখি। 'মহাকসি মহাক্লা ওইবম্বদু ওইদ্রবানি। থাবুম অমথক্কী মনুংদা মহাক্কী চহী কুন অমসু হাপচিনত্রবানি। লালাগী মযুমদুদ' ঐনা মাগী মপাম্বোম পাযদুনা ফাবা মতমদা মহাক ব্রাম্বগেব্ তৌই। অদুবু মাগী মমাদুগী মিৎযেংদুদা ঐঙোন্দা পোকখিবা অকিবদু ঐনা কবম্লা তমগান। মশোং নাইবা ভেনজৈনা নাকথংদাফা ওদোকপম্মখে পাল্লবা কৈ অমোমগুম মহাক্লা ঐঙোন্দা চোংশিল্লকখি অদুগা মাগী মথবাক্তুনা ঐগী থা ঙশাংবু শীংনখি। মহাক্লা ঐহাকসিবু নুপীমচা লৈশাবীদুদগী ঈম্বেক্লগা ঐঙোন্দা যেংখিবা মিৎযেং অদু ঐহাক শুককাউ কাউবা ঙম্লবেন্ট। ঐহাক চম্মখি। ঐহাকপু খুদুম চনখি। ঐহাক নুপা থোকখিদে। ইখুঙগী খাঙশাংসু তাখগে তৌই। তশেংনমক মহাক্কী শিংলী নার্উবিদা অকল অহৌবী ঈ চেল্লি। মহাকসি অচম্বা নুপী নত্তে।' ইমাবোমদা নুংশিনা যেংলদুনা মহাক্লা হায়খি, 'নুপী ! নঙসে পুম্লমক্কী থৌজাল ফংবা ওইযুকো।'

১

# পাঠানদুগী অতিথিশিং

'ঐনা খনবদা নঙগা ঐগসি অফবা মকপ-মপাং ওইরগনি ' কোথিব্রালিনা ইমাদা হায়খি । 'ঐহাক নচানুপীসিবু নুংশিরবনি । লাউ, ইচানুপী, ঐগী ইনাকসিদা লাকও,' ঐগী কোক্তা চৃক্লীরদুনা মহাক্না হায়খি ।

জাবেদখানদু চাক চাবা থকপা লোইরদুনা মাগী নুপীনে, মন্দোননে, ঐখোয়গা চামিন্ননবা থনম্লগা শুমাঙদা থোকম্লে । ঐখোয় অরাম্বা খৌরাংবা হায়বদু লৈরবসু ইবোক অমসুং ইনাউ অনিটকী ফীবমশিং খঙদ্রিবদুদা চাবা থকপা খোয়দাদ্রে । অদুমকপু ঐখোয় ঐখোয়গী পাঙ্গল ফাওবদি হন্থদনবা খরদংদি চারে অদুনা জাবেদ খাননা হল্লকপা মতমদুদা ঐখোয়না মহাক্কী মচাক চাবদুদা নুঙাইজবা মাল্লম্মী ।

'ঐগী য়ুমদা হেনজাং মহাউ ভংলবনিনা,' মহাক্না হায়খি, 'নখোয় য়ুমসিদা লমলানবা হায়বদু অমুক ওইদ্রবনি । ঐগী য়ুমসে নখোযগী তুংগী য়ুমনি হায়না লৌরগদবনি ।'

'নহাক্না নুংশিবিদুনা মদু হায়বিরিবনি,' ইমানা খুমখি । 'অদুবু ঐগী ইমা অমসুং ইনাউনুপাগী মচানুপীনচিংবা ঐঙোন্দা তাংজদুনা হিংবা মখোয় অদু য়াওদবদা ঐনা চারিবা পৃম্বসি চীনসিদা ইখা খারে ।'

'ব্রাকরনু মখোয়সু নখোয়গা পৃল্লরগনি' জাবেদ খাননা হায়খি । 'ইরাং থোকত্রিঙৈগী মমাং মতম কুইরবদগী ঐনা নচানুপীবু উত্থবনি. মতমদুদগী ঐনা মাবু পামত্রবনি । মীফত্তা অমনা মাবু পুরগা চেনত্রগে হায়বগী ব্রাখল লৈবনি, ঐনা মতাং চানা থীংলমদ্রবদি মহাক্কী অনীংবদু শোয়দনা পাঙথোক্লম্লগনি । ঐনা নখোয়বু মফমসিদা ব্রাখল ফত্তবা অমত্তা খন্দনা পুরকখিবনি । ঐহাক্না নহাক্কী অয়াবা হেক ফংবদা নচানুপী খুরসিদকা লুহোংগে, অদুগা মহাকপু ঐগী নুপী অমগী শরুক থুংবীগনি ।'

'অদুবু নঙনা মদু করম হায়না তৌগদৌরিবনো ?' ইমানা হংখি । 'নঙগীদি হান্ননা নুপীসু লৈরবনি ।'

ফরেনে, ঐনা নুপী অমদগী হেন্না থিবদা কনানা থিংগদৌরিবনো ? ঐখোয়গী আইন্না মসিসু য়াইনা ।'

'মদুসু ওইবা য়াই,' ইমানা মখা তারকই, 'অদুবু মুসলিম অমা ওইরিবা নহাক্না খৃষ্টান লৈশাবী অমবু করম্না লুহোংদুনা লৌগদৌরিবনো ?'

'ঐনা লুহোংলোইদবগী মরম সুকলৈ লৈতে,' জাবেদনা খুমখি । 'পাঠান ঐখোয়দি ঐখোয়না পাম্বা জাতি নৎত্রগা শাগৈ অমদগী নুপী লুহোংবা য়াই । অদুগা ... ,'

মাগী নুপীনা হৈনদবদু উরবদা 'ইহে ! ঐনা তৌরিবসি ঐগী নুপীনা য়েৎকে হায়রবসু য়েৎসনু। ঐগী ইপানসু মমিৎ লাওনা ফজরবী জাৎ হন্থবী লৌরদুনা সাইফউল্লাহ গোকলিবনি, মহাক্কু পুকচৎপা লাইচৎতা য়াউগ্রসনু । অদুগা কোথিল্লালি হায়বী, নহাক্লা মফমসিদা উরিবসি মহাকসু অতোনবা জাৎকী হিন্দুনি, মহাক্লা ঐগী ইখুড়াদুবু শুমদুনা লৈরিবসিনি। মরমশিংসিনা ঐনা খৃষ্টান নুপী অমা লুহোংদুনা লৌবদা করিবু কায়বগেনে ?'

ইমাগীসু চীন্দা পাউদানদুনা খুন্না য়াবা মরৈ কয়ামরুম লৈজরিবনি অদুবু চীন্দা পাউদানবগী তাঞ্জা চাবা হায়বদু ওইদবনিনা তূমিন লৈশিনবনা অফবা ওইরনি হাযদুনা মখা য়েৎনদ্রে।

'ঐনা থাজে মদুদি, নহাক্কী ব্রাফমসিগী ওইবা খুদক্কী পাউখুম ফঙ্গনি খল্লম্মোই,' মহাক্লা হায়খি । 'ঐহাক ইপুরোইবা কায়নবদা ঙায়রি, অদুগা ঐবু পাউতাক পীদুনা লমজীংবিনবসু কনা অমত্তা লৈতে। ঐখোয় ব্রাফমসিগী মতাংদা অতোপ্পা তাঞ্জা অমদা অমুক ঙাঙনরসি ।'

'ঐহাক করিসু হাথু হাথুদেদা,' জাবেদ খান্না হায়খি । 'অসিগুম্বা অরুবা থবক অমগী মরমদা নোংমদা হেক্তা লেপথোক্লবসু য়াবা নত্তে। চয়োল অমগী মতম লৌদুনা খল্লু। অদুবু সিমদি কাউগনু, ব্রাফমসি ঐনা খুদক্তা নীংলকপা অপাম্বদগী হৌদোরকপদি নত্তে। থাবুম কয়া মরুমসি ঐহাক নচা নুপীগী ব্রাখলতা খন্দুনা লাক্লবনি । অসিগুম্বা তাঞ্জাসিবু মাঙহনগ্রবদি ঐসু জাবেদ নৎত্রেদনা। ব্রাখল ঈংনা তপ্পা খল্লু, হাথু হাথুবা করিসু লৈতেদা।'

অদুদগীদি মহাক শুমাঙদা অমুক হন্না থোকখ্রে ।

অযুক্কুদা ঐখোয়দা থোকখিবা থৌদোকশিংদুনে, জাবেদ খানগা লুহোংনবগী ব্রাখলদুনে, অসিনা ঐবু নুংথিল চূপ্পা ব্রাখল খনফম ওইহল্লে। ঐখোয়গীদমক্তা বেরেন্দাদা ফমুং অমা থাবিরি, মদুগী মথক্তা ঐনা লোংনা ইীপ্পি, অদুগা মথক্তা শিলিংদা অপীকপা চুম অনীখক্লা তীল-কাঙ থিবা কোয়না চৎপদু য়েংদুনা লৈরি। ইমাসু কোথিব্রালিগা ব্রারী-ব্রাতাই শানরি । মহাক্কী উর্দু ফজনা খঙবদুগা, লমচৎ ফজবদুগা অমসুং লমচৎ-শাজৎ ফজবগী ব্রাংলবা মগুনদুনা কোথিব্রালীদু পৃমঙাউ ঙাওহল্লি । মহাক্তো ইমাগা ব্রারী ব্রাতাই শানবদা অঙকপা ফংনা নুঙাইজখ্রে, অদুনা ঐখোয়দা অসুক্কী মতীক মীনুংশি উৎপি। মহাক জাবেদকী য়ুমদা মতম খরদংগী ওইনা লাকখিবনি, অদুবু অমুক হন্নীংদ্রে।

'নহাক্লা মারিয়মসিবু ঐগী য়ুমদা পুরক্লুনা নুমিৎ খরনিদি ঐগা লৈমিন্নহনগদবনি ।' মহাক্লা মাগী মমৌনুপীদা হায়রম্মী ।

'অদুগা মাগী মচানুপীনা কমদৌবা ?' খান-বেগম্না খুম্মী । 'মহাক মথন্ত মফমসিদা হন্দোক্লমগদ্রা ?'

'হন্দোকলম্মোইয়ে, মহাকসু মমাগা লোয়ননা লাক্কদবনি। অদুগা কাবিল, পৃম্নমকসিনা নঙবু খোয়শাউনহনগনু । জাবেদগী মকোকসি হৌজিক হৌজিক খরদং মাথা শাদুনা

চমম্নবগী ৰাৰ্তান, অদুবু পূম্নমক য়াম্না থুনা ফবক্লগনিদা। লাইবক থীববী মখোয়শিংসিগী ওইনদি মখোযদা কবিসু দোষ পীনিংঙাই লৈতে। মাবিয়ম নঙ লাক্কনিদনা, লাক্লোইদবনে নঙবু ।'

'যাবু যাবিববদি ঐখোয হবাওনা লাক্কনিদা।' ইমানা হাযবম্মী।

ঐখোয়ইবেনবোক অমসুং অইতে অতোপ্লশিংগী মবমদা ৰাদুনা লৈবি, মতমদুদা মমাঙথোংদা কন্না খৎন লাউনবগী মখোল ঐখোয়না তাবকখি। ঐখোযনা ঐখোযগী মকপ ওইবিবা অমসুং ঙাকপী শের্নাববা লালা বামজিমলগী মখোলদু হেক্তা খঙঙি। মানা ঐখোযগী লৈফম থিবকালবনি, অদুগা ঐখোযগা উন্নগে হাযদুনা শিখাঙ খাঙনা হাযবিবনি।

'খান সাহেব!' মহাক্লা জাবেদ খান্দা হাযবদু ঐখোয়না তাবম্মী। 'নহাক্লা ঐহাক ইশা লৈত্রিঙৈদা ঐগী ইমুংদা চঙদুনা ঐগী অতিথিশিংবু ঐগী অযাবসু যাওদনা পুদুনা চৎলমলিবসি যাম্না লানবনি। ঐহাক মতমদুদা মফমদুদা লৈবম্রবদি নহাক্লা ঐবু হান্না হাৎলবা মতুংদতা থবকতু পাঙথোকপা ঙম্রমগদনানি।'

'মবম অদুমক্লনে, ঐহাক্লা নহাক নশা লৈত্রিঙৈদা লক্লেম্রবদে।' জাবেদ খান্না খুম্নকই। 'ঐহাক নহাকপু হাৎকে হাযবগী ৰাখল সুকৈলে লৈখিদে।'

'ঐহাকসুনে ঐনা মখোযবু ঙাক শেনবা ঙমদ্রগাদ মথুব অমা হাযবদু নৎত্রেদনা। যাম্না ফবে হৌম্রবদি হৌম্রেদনা, থোকপ্রবদি থোকম্রেদনা। ঐনা নঙোন্দা মখোয়বু ঐগী য়ুমদা হলহল্লকই হায়না ঢকল অবি, শীংবসু ঙমদ্রে। অদুমকপু ঐবু মখোয়গী কাব কবি দবকাব লৈবগে খঙনবা উঃবা ফাওবদি যাহল্লু। ঐহাক মখোযদা কায়নবগী বাফমদং ওইববসু হাযবমগে।'

ইমানা থোঙফাঙ চত্তুনা লালদা ৰা হাযবম্মী, ঐখোযবু উন্নবগীদমক্তা খুদোংথীবা কযা হেংনববসু খেংনবগে হাযনা হোৎনবগীদমক্তা থাগৎলম্মী।

'বিষ্ণুমক্লা হার্যাখিবদু চুম্না থোক্লবে,' লালানা মায়থীবদু যাজবদুনা হাযবম্মী। 'ঐখোযগী হৈ শিংবা অমতনা মসিবু থোকহন্দবা ওম্রবোই। অদুমকপু ৰাকবনু, মবমদি অফবা মতম লাক্লগনি। ঐহাক্লা নখোযগী সনা লুপা, মণি মুক্তা হাপ্পা উপুদু পুবিবক্লবনি।'

মহাক্লা সনা লুপা, মণি মুক্তা হাপ্পা উপুদু লালাগী মখুত্তগী লৌবম্মী। অদুবু কবি কবি যাওবিবগে হাযবদু যেংগে হাযবমদে মবমদি কবিগুম্বা অমত্তা ৰাৎলোই হায়বা খঙলম্মী।

'নহাক্লা পীখিবা সনাদু ঐনা যোনথোকম্রে,' লালানা হায়, 'অদুবু মদুগী অশিৎপা মমল লুপা: ৬০ দু ঐনা পুবকলবনি। ঐহাক্লা বডি বি অমসুং নম্নিবুসু নুমিদাংৰাইবমসিদা ননাক্তা পুবক্কনি। অতোপ্লাশিংদুনা মতম খবদংগা কুইথনা ঐগা লৈমিন্নবগে।'

'লালা!' ইমানা হার্যখি, 'কবম্না ঐখোযনা নহাক্কী থৌজালশিংসি শিংবা ঙমগদগেনে!'

'ঐগীবুদি মতম চাবকান্দা লমন শিংজবক্কনি', লালানা হায, 'অদুবু নখোযগী হূইশিং

অদুনা কমদৌবা ?'

'মখোযশিংদু যোক্কেবা, লালা ! নৎত্রগা মখোয়দু নহাক্না পান্না তৌগ্রো। ঐখোয় ইশাখর্ক্তসিগী ফাওবদা যেংজবদা য়াববা মতমনি।'

'অশেংবনি,' মানা হায়খি। 'ঐ মখোযশিংদু বৈবেলিদা পুবগে অদুগা নখোয়গীদমক্তা য়োকলগে।'

মহাক্না ইমাদা মকোক নোল্লগা খুকন্নম্মী অদুগা ঐখোযবু থাদোক্তুনা চৎখি। মসিনা মাবু উবা ফংবা অবোযবা ওইখি।

ঐখোযনা কোয়া তাবকই, লালাদু মাগী ইমুং মনুং অমদি ঐখোযগী লিববা থবক ইনখাংশূবী ধনীগা লোযননা বৈবেলিদা চৎখি। হূইশিংদুনা কবম তৌগ্রবগে হাযবর্দুদি ঐখোয খঙখিদ্রে। নুমিদাংবাইবম অদুমক্তদা জাবেদ খান্না লালাগী মযুমদা চৎলুবগা ইবেনবোক অমসুং অনিতপু পুবক্কেবদা মখোযদু ঐখোযবু উবদা যাম্না হবাউজবম্মী। অতিথি সেবাগী চৎনবী মতুংইন্না মখোযগী মমাঙদা চান থক্রবা অচাপোৎ কযা খুদক্তা পুথোক্তুনা পীবম্মী।

ঐখোয নীপান শুজবম্বদু হৌর্জক্তি মবিখক্তা ঙাযহৌবে। পীল্লু অমসুং মাগী মমা অমদি চম্পা, লালাগী মযুমদা লৈহৌবে, অদুগা মখোয কাব কমদৌগ্রবগে হাযবসু মতম খবাগী মতুংদা খঙলকই। জাবেদ খান্না মাগী মযুমদা চঠী তবামবি শুববা ফিবিঙ্গী নুপামচা অমবুদি থম্না পামদে। পীল্লুনা লৈহৌবিবদু মাগীদমক্তদি মবাইবক ফববনি নৎলমদ্রবদি জাবেদকী যুম মনাক্তা লৈবিবা লৈকায়দুগী মীওৎপাশিং অদুগী মবক্তগী অমনা শোযদনা হাৎপিগ্রগদবনি।

১০

# পীল্লুগী মরাইবক

থৌদোক্কী মথং মনাও কাযদনবা ঐহাক লালাগী ময়ুমদা লৈহৌবিবা ঐখোযগী ইমুংগী মীওই অহমগী মতাংদা খবদং ইদবা য়াদ্রে ।

মহাক অমসুং জাবেদ খান্না ইবেনবোক অমসুং ইনাও অনিতকা যুমদু থাদোক্তুনা চংখিবা ইকুই কুইদনা মঙ্গলখান হায়বা অমনা লুচিংবা পাঠান কাঙলুপ অমনসু অমুক হন্না যুমদুদা চঙলকখি । মহাক্না ইমুং মনুংদা নমদুনা চংলকপদা লালাগী ইমুংগী নুপী মখৈদি হান্নগুম্না যুমথক্তা পোংথাবম্মী অদুগা পীল্লুদি মাগী মমাগা অমসুং চম্পা হাযবী মখোযগী মীনাইযনুপীদুগা মখোযগী কা মনুংদা থোঙ থিংজিন্দুনা লৈবম্মী ।

'ফিরিঙ্গী নহাদু কদাযদা লৈ ?' মঙ্গল খান্না লাউবদুনা হংলম্মী । 'মাবু পুথোবকউ অদুগা মাগী কাঙলুপকী এতৈ মীওইশিংদা পীখিবা দণ্ডি অদুগুম্না মঙোন্দসু পীগে ।'

নানথোক্তুনা চেনবগী উপায উদ্রদুনা, পীল্লুগী মমাদু মপান্দা থোবকলম্মী অমসুং মঙ্গলখানগী মখোঙদা তুবদুনা মঙোন্দা মচাগী মপুন্সি কর্নাবিনবা নিজবম্মী ।

'নঙগী নচানুপাবনে ?' মহাক্কী কুচু অমুবা মশক্তু মকোক্তগী মখোঙ ফাউবা থাজদনা যেংলগা মহাক্না হাযবম্মী । 'মহাক কবন্না মীওইনো হাযবদু ঐখোয় যেংগে ।'

পীল্লুদু হৌজিক অঙকপা ফীজোল শেংলদুনা, হায়বদি খোক্লাউ অচোনবা অমসুং ফুরিৎ অচোনবা লিংলদুনা কাযস্থ অঙাং অমগী খোবি খোংলগা যেকপা নোক্লীংবা লাই মাল্লদুনা, খোঙ মোজাসু উপ্তুনা, খোংউপসু তোংদনা তুপীসু যাউদনা মাগী মাযথোং অমদি ভৌনা ফজববা কুচু অদুতংদি লোংশিনবা ঙমদনা মপান্দা থোবকলম্মী ।

'নুপাসিদি ঐগী লেংঙুম ফাউবা যৌনা ব্রাংদ্রিনা', মহাক্কী মনাক্তুদা লেপ্লদুনা মঙ্গল খান্না হায়বম্মী । 'নঙ চহী কযা শুবে ?' মহাক্না খোঞ্জেল যাক্না হংলম্মী । পীল্লুদু কিবনা মশাদু থকথক নীকলম্মী অমসুং পাউখুম পীবা ঙমদ্রদুনা মহাক মখাদা য়েংদুনা লৈবম্মী ।

মমানা মখুং লোয়বদুনা খুমজবম্মী, 'নহাক্কী ননাইসি চহী তবামবিদগী হেনজদ্রি খান সাহেব ! ধর্মগী মিংদা মাগী মপুন্সিসিদং কর্নাবিনবা নঙোন্দা নিজবি । ঐঙোন্দদি নহাক্না তৌনিংবা থবক তৌবিযু অদুবু নিপামচাসিতংদি কনবিযু ।' অসুম্না পীল্লুগী মমাদু মপি চদৃম চদৃম শিঙ্খবদুনা মাগী মখোঙদা অমুক্কা হন্না তুজবম্মী ।

পাঠানদু হনজীন হনজীন মাগী থৌজাল নিজবকপদুদদি থম্মোযদু পেংথবকলে ।

'হৌগৎলু নুপী !' মহাক্না হায । 'নুপা মচাসি নৌবি অমসুং কবিসু খৃদোংথিনীংঙাই

ওইবা ফ ত্তবা তৌবোই হাযবসি ঐহাক উবে। নখোয় অনীমক ঐগা লোয়ননা লাক্কদ্রা ? নীংশিংউ, নখোয়না ঐগা লোযননা চংহৌদ্রবদি ঐগুম্না তৌদ্দবা মীনুংশি খঙদবা মী কয়া অমা লৈবিবনি।'

লালাগী যুমসি তশেংনমক লোংফম অমা ওইনা লৈবদা অফবা মফম অমা ওইবকত্রে, অদুনা পীল্লুগী মমানা মঙ্গল খানগা লোযননা চংপদা য়াবে। মবম অদুনা মখোয় মমা মচাদু চম্পাগা লোযননা পাঠান গুাক্তনা নম্না লৈবা লৈকাই অমদা চংখ্রে, মফমদুদা মঙ্গল খানগী ময়ুমদা মখোযবু তবাম তবাম্না ওর্কাপখি।

মঙ্গল খানসি থম্মোয যাম্না শেংবা নুপানি। মীবোংশিংদুবু মাগী মযুমদা পুবকপদগীদি মহাক্না মখোয়দা মীনুংশি পৃম্না উৎপিবম্মী। মহাক্না পীল্লুবু গুলাম হুসেইন হায়না অনৌবা মিং অমা থোনবিবে, অদুগা মাগী মমাদুনা গুলাম হুসেইনগী মমা হায়না অদুম খঙনবক্লে। চম্পাদি চম্পা ওইনা অদুমক লৈজবে। মহাক্তি বাজপুত লৈশাবী ওইবকপনিনা কবিসু বানিংঙাই লৈতে।

পীল্লু অমসুং মহাক্কী মমাদু মঙ্গল খান্না গুাকশেনবীদুনা লৈবক্লে। মখোযগী তুংগী কবি কবি ওইখিবা হাযবদু ঐখোযনা লালা বার্মজিমলগী ময়ুম থাদেক্লন্নবা মতুং থা কযাগী মতুংদা খঙলকপা নত্তনা মমাঙর্দদি খঙখিদে।

## ১১

# অকিবা খরগসু

ঐখোযগী যাইফজনবগীদমক্তা ঐখোযসি য়ুরোপ মচানি হাযবসি কাউথোকচবা তাখি, বৃটিশশিংনা শক্তি অমুক্তা হন্না পায়বকখিগনি খন্দবা তাখি। খৃষ্টানগী লাইসু ঐখোযগী লাইনি হায়বফাওবা কাউহনবা তঙাইফদব' ওইবকখি, অদুগা' ঐখোয মুসলমানশিংনি হাযনা থাজনা লৈবা তাখি। কোথিরালীনা ঐখোযবু কলমা' তম্বীগে তোযনা হায, অদুবু ইমা'না' মদুদি হান্না খঙলে হায়না খার্মখি, অচুম্বমকসু ওইবিবনি। মহাক্না মযাম অইতেগা লোযননা লাইখুকম্বা চৎসি হাযবকপা মতমদদি 'ঐখোযন' কবম্না খুকমগদৌবিবনে' ' ঐখোযগী ইফি ইরোলশিংসি মোৎলে অদুগা অতোপ্পা অমত্তসু লৈজদে' হাযনা খৈদোক্লনা খুমই।

ঐখোযনা শেং চা'বিবা ফিরোল হাযববু শূপ্পদগী লালা বা'মজিমলগী মযুমদগী লৌবকপা খবদুদনি অদুগা ঐখোযনা জা'বেদকী মযুমদা লৈবকপা নু'মৎ হুমনি শুবকপদুদা মহাক্লসু অহা'নবা ওইনা খঙলকপা মাল্লি।

'মাবিযম', মহাক্ল' হায'খি। 'ঐগী যুমদা অ'সি শুম্বা ফিরোলশিং শেঙ্গুনা লৈবা যারোই। নখোয় শাইজমা' শেংলু।'

'ঐহাক্কী কবম্বা পা'ম্নে লৈজদুনা' পাইজমা' তুগদৌ'বিবনো ?' ইমানা হংখি।

নুমিতুমতুদা জা'বেদনা কৈথেলদা' চৎলুবগা অমুবদা' অবংবা' কানা ফজববা ফি থবা লৈকদুনা পুবক্লগা' ইমাদা পীবম্মী'। ইমানা ফিশিংদু যাৎলগা ঐখোযগী পাইজমা তুবীবম্মী। য়ুবিৎ অচোনবাঁ কুতাগা' কোক কূপ্পবা ফি মচা' (দুপট্টা) সু শেম্নীবম্মী' অদুগা অনিতকা ঐগনা' তুবা তাইবগী থবক তৌবম্মী, খা'নগী বেগমদু ইমানা ফজনা ফি যাৎপা হৈবদুদা অমসুং অনিতকা ঐগনা যেত্নুম্না তুবা' তাইবদু উবদা পূমঙক ঙকলম্মী।

ঐখোযনা অনৌবা' ফিরোলশিং হোংদোক্লিইঙদা ইমানা ঐখোয পূম্নমকপু ঈকজ মাইথজনবগী খুদোংচাবা পীবিনবা হাযজবম্মী। ঐনা খনবদা ঐখোয়না ঈকজবক্তবা থা অমবোম শুবম্রগনি, মবম্মদি লালাগী যুমগী অনকপদা ঈশিং ফংদে, মাগী নুপীশিংবুদি অযুক খূদিংগী তুবেলদা ঈকজবমগনি, অদুবু ঐখোযগীদমক্তদি মপান্দা চৎথোকপা হাযব'সি য়াম্না খুদোংথীনিংঙাই ওইখি।

জাবেদ খানগী শুমাঙ মযাযমক্তদা শুহা অমা লৈবি, অদুনা ঐখোয অইংবা ঈশিংনা ঈকজবা শোযদনা ফগানি খাল্ল। ইমানা যুমদুগী শম ককপগী থবক তৌবি জেবান কৌবী নুপী অমা ঈশিং শোক্লবা অমসুং ঐখোযবু ঈকজবদা ইতেং পাংবীনবা হাযবম্মী,

অদুগা মহাক্কী থবক্কী মমল ওইনা পৈশা মবি, মী অমগী পৈশা অমমমগী চাংদা পীগনি হায়বম্মী, মদুদা জেবানদু ইথা থাজদনা কান্নবা খবা ফংজগদবদুদা হবাওজবম্মী। মহাক্না শুমাঙদা কাংথোল খবনা কা মচা অমদৌনা ইকোয় কোযশিল্লম্মী অদুগা মদুদা পর্দাদৌনা মোমপাকফিদকশিংনা কুপশিল্লম্মী কেথিরালিসু ঐখোয় ফিবোল হোংদেক্নগা ইকজগদৌবি হায়বদু তাবম্মী, অদুগা মসিমক থৌদোক অমা ওইবনিনা মহাক যুমদুদা ঐখোযগী ইকজবগী অঙকপা মতৌদুদা মতেং পাংনবা থুনা যাঙনা চেল্লকলম্মী।

নুমিত্তো জুলাইগী তারিখ অনীনি, অদুগা ঐখোযগী পুন্সিগী ওইনদি লূ-নানবগী রাফমদা যেংলুবগা কাউবা যাববোইদবা নুমিৎ অমসু ওইখি।

কোথিরালিনা মখুৎমক্না ঐখোযগী ইকজবদা ঈশিং হৈবিগে হায়বম্মী। মসিদা ইমানা কন্না যাবমদে। মহাকনা তাকলম্মী, মখোযগী মবক্তদি চৎনবী অমা ওইনা ফিথোংদনা লৈবা মতমদা মী অতৈ উইহন্নদে, নুপী মশেনফাউবা উইহন্নদে, অদুগা কোথিরালিদা অমুক রাহল্লুবগীসু কান্নদে।

কোথিরালিদু ঙক্রম্মী। 'অদুবু নখোয কবম তৌনা অশেংবা ইকজবা পাঙথোক্কনি অমসুং শেংদোক্কনি,' মহাক্না যেংলম্মী 'যম্মদ্রবদা ঈশিং খূজাই অহমদগী তাদনা নথক্তা কনানা হৈথবীগনি ''

ইমাসু পাউখুম শেমশাদুনা লৈবমলে। মহাক্না হায মদুদি ঐখোয লোযনমক 'কলমা' খঙঙি অদুনা ইকজবা লোইশিল্লকপগী অবোইবা ঈশিং খূজাই অহমদু মতমদুদা সুককাউ কাউনবোই। অসুম্না চঙক্রবা মযামদু কোকহল্লগা শুহাগী অরাবা ঈশিংনা ইকজবগী নুঙাইবদু ফংলম্মী, অদুগী মতুংদা ঐখোযদা চপ চাজববা অনৌবা ফিবোলশিংদু শেৎচিনজবম্মী।

মসিগী তুংদদি ঐখোযনা ঐখোযগী শম পুল্লম্রশিংদু কংহন্নবা শম্পুল থোক্রবম্মী, অদুগা খুদক্তুমক্তদা মফমদুদা লৈবম্না নুপী পুম্নমক মখোল থোক্না থাগৎপা ফোংদোক্রবম্মী। অসিগুম্বা ফজববা, শাংলবা শর্মশিংসে। ঐগী অখোইবা শর্মশিংদা য়েংলগদি ঐগী শর্মশিংদি যাম্না শাংবদুদি নত্তে, অদুমকপু ইথক ঈপোম নাইবগুম্নদি খোইবা শর্মনি, মদুগী ফজববা খুৎখোই 'ঘুংগবরালা' দুদসু পুন্নাং হেক লাংনবম্মী। ইমাগা ইবেনবোক্কদি তশেংবমক মশম ফজবী ঙাক্কনি। ইবেনবোক্কীদি খোঙগী খুনিং য়ৌনা শাংই, ইমাগীনা খুকউগী মখা খবা হেন্থনা শাংই। অনিতকী মশমদি ঐগীগুম্না খ্বাং ফাওবদমক শাংই, অদুবু যাম্না যাম্মী অদুনা বেনি লোল্লকপা মতমদদি অনোয়বা নুপী অমগী পাম্লোম্মুক চাউই। ঐখোয়না ঐখোযগী শর্মশিং কংহল্লিঙৈদা নুপীশিংদুদি ময়া উর্মশিনবা কাউবর্মখে য়েংদুনা লৈনৈ। ঐখোয়না মখোযদা তার্কপিবম্মী, ইমাগী মপামগী ইমুংদুদি শম শাংবগীদমক অমসুং শম য়াম্বগীদমক্তা মমিং চৎলিবনি।

ঐখোয়সু অসুক য়াম্বা শর্মশিংসে থাউ তৈনবা হোৎনবদা অরাবা অদুম মওই, অদুগা খান-বেগম্না ঐখোয়দা কবম্বা থাউ শীজিন্নবগে হংলম্মী। ঐখোযদি মুবী থাউ

শীজিন্নৈ হাযনা ইমানা খুম্মী, অদুনা অসুক যাম্না যুবী থাউদি কদায়দগী ফংগদগে খঙনবমদে। অদুদগীদি খান বেগমনা পৈশা অমা পীবদুনা জেবান্দা কৈথেলদগী থাউ অহিংবা লৈকনবা হাযবম্মী। মহাক্না কনানো অমদা ফজববা শামু ময়ানা শাবা শমজেং মচা অমা লৌকনবা থাখি। ইবেনবোক্না হৌগৎলদুনা ইমাগী মশমদু থাউ তৈবিবি, শমজেং-হাৎপিবি, ইমানসু ঐগী অমসুং অনিতকী শম শেম শাবি, ইবেনবোক্কী শমসু শেম শাবি।

মথংগী অযুক্তদি ঐখোয়গী খাবম্বদুসু খবা কোকলে অমসুং হকচাংসু তোকখৎলে। ঐখোয় লোইনমক ফি-মখোল অনীশুবা অমা তুবগী থবক্তা চিল্লম্মী, ঐখোযনা মদু অযাম্বা পাঠান নুপীশিংনা চযোল অমগী মনুংদা হেক হেক ঈকজবা নুমিৎ মথংগী ইবাইগী ঈকজবা লোইবগা শেংননববনি।

পং তবা তাবা মতমদা জাবেদ খান্না সর্ফবাজ খান কৌবা মহাক্কী নুপীগী মতে থোক্লবা নুপা অমা কোযবকপদু ওকলম্মী। নুপাসি পুলিসকী থবক্তা কন্সটেবল ওইবনি অদুগা লালহৌ থোবকখিবা মতমদুদা থবক্কী যুমদা পোখদুনা লৈবরনি। মতমদুগী চৎনবী অমা ওইনা মহাক্কী মশাদা খৎলায ওইনা থাঙশাং, পিস্টোল, ছুবি অমসুং ডবল বেবেল নোংমৈ অমা যাওবি। মহাক্না জাবেদ খানগা থোঙ মযাদা হেক থেংনবদুদা মহাক হবাওবনা মশাদু মফম মবাং খঙদনা হবাওবা মাল্লম্মী।

'নঙবু যুমসিদা ফিবিঙ্গী খবা পুবক্লগা থমব্রনে জাবেদ?' মহাক্না হংখিবনি। 'নঙবু মখোযদু ঐঙোন্দা উৎনীংদ্রনে?'

'নঙসু মখোযবু উন্নবা যাগনি' জাবেদনা খুম্মী, 'অদুগা ঐহাক্না ফজববু পামজবদুগীসু থাগৎলম্বগী খুদোংচাবদুসু ফংগনিদনা।'

মখুত্তো পিস্টোলদা থম্লদুনা, মকোই মবাং চেন্নবা মমাযদুদা আঁকবা পোকহল্লদুনা সর্ফবাজ খান্দু বেবেন্দাদা চঙলকলম্মী। খান-বেগমদুনা ফল্লম্বদগী লেপখৎলদুনা মঙোন্দা সলাম তৌই, ঐখোযসু মানা তৌবগুম সলাম তৌই। মহাক চবপাই অমগী মথক্তা ফমথবম্মী, নোংমৈগী মখোক গুন্দাদু লৈবাক্তা তাহল্লগা মখুৎ নাম্মনা নোংমৈ মশাদু পাথবদুনা লৈবা, পাঠান অযাম্বনা পামজবা মওং মতৌদু উৎলম্মী।

'মখোয ফিবিঙ্গীশিং অসির্নানিনে লৈকাইসিদা অসুক যাম্না মথুম মবাং হৌহল্লিবসে।' মহাক্না মবুক্লংগী বাদু মখোল থোক্না হাযখি।

জাবেদ খান্দু ইমুং মনুংদা চঙখি, অদুগা ইমানা ঐখোযগী মহুৎ শিল্লদুনা ৱা হাযখি।

'ঐখোযনবু কাঁব মথুম মবাও হৌহল্লবগেনে?' মহাক্না হাযখিবনি। 'ঐখোযদি লাযবগ্রবনি, পাম্বৈসু লৈজদ্রবা মীশিংনি।'

'অদুম ওইনমক মীযামসিনা ঙাওনবিবদি নঙদি ইমুংসিদা নচানুপীগী নুপা থিবা লাক্লিবনি হায, মদুদা জাবেদ খান্নসু যাদুনা মাবু লুহোংগদৌবিমাম্লেনে। কবিগীনো

নখোযনা ফত্রবী নুপী অসিদা ওৎলবির্বাসিবো ?' মহাক্কা খান-বেগমদা মখুৎ থিন্দুনা তাক্লগা হায়খিবনি।

ইমাদোমচেকমযাদাযৈদুনাঙাওলকপদুদাযাম্নদিশাউনীংলবনি, অদুবুমাগীঅশাউবশিংদু নমথবগা তপ্পা ইংনা মঙোন্দা পাউখুম পীখি।

'কবিনো নঙনা হাযবির্বাসিবো তাদা ? নঙসু তশেংনা খঙলির্বনি মদুদি ঐখোয়সু যুমসিদা নমদুনা পুশিনবিবকখিবা নৎলমদ্রগদি সুকচঙসু চঙলকলপ্রোই। ঐখোযনা থৌজাল কযা ফংজদুনা নুংঙাইনা লৈজবন্না যুমদুদগী জাবেদ খান্না মশাগী অপান্না থুংননবা ঐখোযবু মফমসিদা শক্তি শীজিন্নদুনা নমদুনা পুবিবকখির্বনি। ঐখোয মহাক্কী মীয়োক মীচানগীদমক্তি থাগৎফম থোকই অদুবু ঐগী ইচানুপীগা মহাক্কা নৎত্রগসু অতৈ অতোপ্পা কনানোম্মগা লুহোংবগী ব্রাফর্মসিদি ঐনা খন্নবা ঙমলোইদবা ব্রাফম অর্মনি; অদুগা ঐখোয়বু নহাক্কী ননাওনিপাসিনা মাগী অনীংবদু ফংননবা শক্তি হেন্না শীজিন্নবক্তবগীদমক্তা মহাকপু থাগৎলিবনি।'

'অদুম ওইনমক লৈকাইসিদা ঙাঙনবিবা ব্রাফমদি মসির্মক্রি,' সর্ফবাজ খান্না হায়খি, 'মদুদি জাবেদনা নচানুপীগা লুহোংবা পাম্মী, অদুনা ব্রাবীশিংসিনা খান বেগমবুদি ব্রাখল যাম্না নুঙাইহন্দ্রবনি।'

'মীযাম্না কবি কবি হাযর্নবিবদুগী দাযী ঐখোযনা কবম্না ওইগর্দৌবিবনো ?' ইমান পাউখুম ওইনা খুম্মী। 'ঐখোয খান বেগম্বু অব্রাবদগী কন্নবা ঙম্বমখি হোৎনর্গনি।'

জাবেদতু ব্রাবী শান্নবিবশিং অদু অযাম্বা তাবম্বদগী, থৌজিক্তি শাউনীংনা শুক্তেক্লদুনা মনুংদা চঙশিল্লকলে।

'তাদা, ফত্রবা নুপীশিংসিদা হংলির্বশিংসি নঙগা কবি অপাম্না লৈবগীনো অদুগা মখোয়বু যুমদা হূবান্দুনা চঙলকপদৌনা লোযর্নবির্বাসিনা কবিগীনো ? ঐনা হাযবির্বাসিনি, মখোযগী মবাল পীনিংঙাই অমত্রা লৈতে। ঐনা মখোযবু ঐগী যুমসিদা পুবকখিবনি, অদুনা মখোয়না ওইবিবা পূম্নমক্কী দাযিত্ব ঐনা পুগদবনি।'

'কবিগীনো নঙনা নঙগী ফত্রবী নুপীসিদা অব্রাবা পীবিবসিবো ? সর্ফবাজ খান্না হংখিবনি। 'নঙগী অপঙবা থৌদৌদুনা ঐখোযগী ইমুংগী অফবা মিংচৎ পুম্না মাঙহল্লবনি।'

'কনানা নঙবু মফমসিদা থাবকলিবনো হাযর্বাসি ঐখঙি,' জাবেদনা থবাক্তা মপাম্নোম অনীদু পুল্লদুনা হায়বম্মী।

'চুম্মি, অবদুল বোফনা ঐহাকপু নুপীশিংদু তুবেল মপান্দা পুথোক্লগা মঙক ককথৎনবা মফমসিদা থাবকপনি, অদুম তৌবর্বদি নঙগী নুপীগী থম্মোযদা চাক্লিবা মৈসি মুৎখিবা য়ানবা।'

'কনাগুম্না অমত্তনা ঐগী যুমমক্তদা ঐহাক্কা কবি তৌগদগে হাযবদু তাকপগী মথৌ লৈতে,' জাবেদনা সর্ফবাজ খানগী মমাঙমক্তদা চপ লেপলদুনা শাউনা হায়বম্মী। 'অবদুল বোফনা অশিংবা মী ওইববদি, অতোপ্পা ইমুংশিংগী থৌওং থৌবমশিংদা যেংশিনবগী

মহুত্তা মশাগী য়ুমগী অমসুং ইমুং-মনুংগী মবমদা য়েংশিল্লমগদবনি। ঐহাক মহাক্কা খুৎ থিংজিল্লকপা অমত্তা য়াবোই। অদুগা কাবিল মাসু কৈবোই লৈকাইদা ৱাবী যাম্না শাবগীদমক অপঙবা অমা হায়বদু ওইববনি। ঐহাক্কা মহাক্কী তৌনিংবতা তৌবগী মওংসি যাবা ঙম্রবোই।'

শাউনববা পাঠান অনীদু খুৎ থোক্লবম্না নৎত্রগা মদুদগী হেন্না শাথীবা ফীবমদা তাবম্রগদবনি, অদুবু ইমানা মবক অমুক্তসু থৎখি।

'ঐখোয়গী ঙর্কশিং ককথৎপগী ৱাফম ওইববদি' মহাক্কা হায়খি, 'নখোয়না অশুম্বা হায়বদুনে, খান সাহেব, ঐখোয়না থিংবসু ঙমলোই। নখোয়গী নখুত্তা শিবসি অল্লাহনা পাম্রবা ওইবর্গাদি, মদুমক ওইনসু কৈদৌবগে। অদুমকপু থৌজাল অমতংদি পীনবিয়ু মদুদি ঐনা নখোয়দা হায়র্জাব, ঐখোয় খুদিংমকপু হাগ্তোকপীয়ু, অখাকপদি থম্বীগনু। নখোয়না অমা নৎত্রগা অনীখক্তং হাৎপদুর্মদি ঐহাক যাবা ঙমলোই।'

সর্ফবাজ খান্দু ইমাগী মখৌনা অমসুং অল্লাহগী মিংদা হায়বকপা ৱাফম, অনীসিনা থম্মোয়দ্ থোৎথবক্লে। মহাকসু অতৈনা তৌবগুম ইমাদা নুংশিবা পোকলক্লে।

'নঙগী অল্লাহদা থাজবসু অদুগা নহাক্কী নখৌনাসু ওম্বোক্লা ৱাংথ্রে', মহাক্কা হায়খি। 'ফবে, ঐহাক থবকসিদা সুকয়াউ যাওববোই। অপঙগুম্না ঐবু শীজিন্নবা অদুগা নুপী অমগী ঈংবা তপ্পা ৱাইহেনা অশাউবা পুম্বসু মাঙখিবা।'

'মসি পুম্নমকসি অল্লাহগী অপাম্বনি,' জাবেদ খান্না হায়খি। 'নহাকসু মতুংদদি অম্নক হন্না পঙথবরোইদা। কবিগীনো নহাক্কা শাগৈ নাতৈগীদমক্তা নশাগী থম্মোয়দা হূ চেলহনগদৌবিবদুবো।' মসি পুম্নমকসি মখোয়না তৌর্বন হায়বসি ঐদি হান্নদগী খঙলর্বনিনে।'

১২

# অতোপ্পা ৱাফম অমুক

সর্ফবাজ খান্না লাকলম্বা নুমিৎ অদুগী মতুং নুমিৎ নীনি নৎত্রগা হুমনিগী ৱাফম্নি, ঐখোয়না নুমিদাংগী চবা চাবিঙৈদা জাবেদ খানদু কা মনুংদা চঙলকলম্মী, অদুগা উপাক্কী ফম্পাক অনেখ্বদুগী মথক্তা নুঙাইনা ফম্লম্মী।

'মাবিযম, ঐগী থম্মোয়না পামজবা ৱাফম অমগী মতাংদা নঙ ঐহাক্কা ৱাবী শান্নগনি হায়না ৱাশকখিবনিকো,' মহাক্না ইমাদা ওনশিল্লদুনা হায়খি। 'হৌজিক্তি মদুগী মবমদা খনবা যাবা মতমসু ফংঙ্গ্রবাননা, চপ চাবা পাউখুম অমাদ পীবা যাবে হায়না খল্লি।'

'কবম্বা ৱাফমনোনে নঙনা হায়বিবসিবো ?' ইমানা খঙদবা শাশিন্নদুনা হংলম্মী।

'ঐনা হায়বদি ঐনা মমাঙদা হায়খিবা নচানুপীগা লুহোংবগী ৱাফমদুনিনে।'

'ঐহাক বাফমদুগী মবমদা অফ ফত্ত খঞ্জনবগী মতমবু ফংদ্রিনে,' ইমানা হায়খিবনি। 'নৎত্রগসু মদুগী মতাংদা খনবা যাবা খনবব্রু ঙমদ্রিনে। ঙবাং নহানতনি নঙগী নবাইদুনা মফমসিদা লাক্লগা ঐখোয়দা কবিমত্তা খঙহল্লম্বসু তৌদনা ঐখোয়বু হাৎকনি হায়বম্বদু। ঐখোয়সি নঙনা ঙাকপা শেনবাদুনা লৈজবগসু মীনা হাৎখিবা যাবগী অকিবা লৈবগদি লুহোংবগী মতাংদা অমুক খ্যাকবগী কবি কান্নবা লৈগদগনে ? ঐহাক্কী থৱায় মাঙখিগদৌবা লৈববদি ঐগী ইচানুপীগী থবায়সু মাংঙজগ্রসনু। ঐহাক্কা মহাক্কদি শেংন খাইনবা যাবা নত্তে। সর্ফবাজগুম্বা অতোপ্পা কয়ামসু হৌজিকমকসু লাকপা যাবি।'

'ইকোকসি , নঙনা অদুম্না হায়বকপদা ঐবু তেক্তা শাউহল্লি।' জাবেদ খাগা লাউবকলম্মী। 'ঐনা নঙোন্দা হায়বিবাসনি মদুদি মানবু নখোয় অনীগী মবক্তা অমবু হাৎকে হায়না মখুৎ হেক থাংগৎলকপদা মাগী মথৱায় হান্না মাঙলগদবনি। নখোয়না জাবেদকী যুমদা লৈবিঙৈদা মী অমত্তনা নখোয়দা খুদোম্বী শীঙবা ফাউবা ঙমলোই। ঐনা ঐগী ফিবঙ্গীশিংগী মকোক্তগী শম্না অমা ফাওবা শোকহন্দ্রিঙৈদা মখোয় মঙা তকক্কী মকোক্না হান্না কেলহনগদবনি।' অদুদগী মহাক্না ঐঙোন্দা অসুক্কী মতিক অপাম্বা অমসুং তমথীবা যাওনা যেংলকখি, অদুমক্না ঐহাক কিবনা নীক্রদুনা ইমাগী মনঙ্গন্দা মাযসি লোৎতুনা খাওখি।

মহাক্তো ফজনা শাউখ্রে, অদুনা মাবু ঈংথহন্নবা ইমানা হায়বম্মী, 'নঙনা ঐখোয়বু ঙাকপি শেনবীবা ঙমগনি হায়বা ইসানা থাজে। অদুবু কবিগীনো নঙনা ৱাফমসিবু অমুক হৌদোবক্রিবসিবো ?'

'মবমদি ৱাফমসি ঐগী ৱাখলদা মতম পূম্নমক্তা খন্দুনতা লৈ। অদুনা কবিগী মসিবু

থেঙথহনগদৌবিবনো ?'

'নঙনা ঐখোযগী ফিভমসি খঙলবা অমসুং ঐখোয়গী শাগেগী ৱাবী-ৱাখোঙ খঙলবদি .. ' ইমানা হায়বম্মী, 'ঐনা মহাকপু হেক্তা পীথোকপা ঙমদে হায়বসি নঙনা খঙবা ঙমগনি ।'

'মদুনা কবিনো ?' জাবেদনা হংখি ।

'ঐগী ইবুং ইপ্পাশিং হিংলি । ঐনা ঐগী ইচানুপীসিবু অঙাং অসুক ওইবিঙৈদা নঙোন্দা কবিগী লুহোংদুনা পীথোকখ্রিবনো হাযবা মখোযনা খঙলবদি কবি পাউখুম পীগনি ? অদুগা ৱাফম অমনা অমুক ঐগী ইপুবোইবগী মনাউনুপাদু হৌজিকসু হিংলি । ঐনা কবিগুম্বা ৱাবেপ অমা তাদ্রিঙৈদা মখোযগা তান্নফম থোকই ।'

'মদুবুদি ওইবা য়াইনে,' জাবেদনা হাযখিবনি । 'অদুবু মখোযনা হংলক্কদবা লৈত্রে মবমদি তশেংনমক্কীদি মখোযসু অতৈ অতোপ্পা ফিবিঙ্গীশিং অদুগা লোয়ননা লোইনমক হাৎপিবম্লগনি ।'

'ঐদি অদুম্না খন্দে । অদুবু ঐখোযনা অবেপ্পা ৱাফম অমা থম্লদ্রিঙৈদা মখোয় শিগ্রে হায়বদু তশেংনা খঙদোকপা হাযবসিনা হেন্না অশিংবগী ৱাখল ওইবোইদ্রনে ?'

'ঐহাকসে ঙাইহুমদবা মীওইনি, মাবিযম, পুন্সিসিসু ঐগী অপাম্বশিং থুংবা মতমদু ফাওবা অদুম ঙাইবিযু হাযবা যাগদবসু নত্তে । ঐহাক ইশানা ইশাবু খামজাবিবসিসু নহাক্কী অনীংবশিং অমদি নহাকপু ইকাইখুম্নবগী মবম্নি । অদুম ওইনমক নচানুপীবু ঐগী নুপী ওইবগী অপাম্বসিদ নুমিৎ খুদিংগী চাং হেনগৎলক্লি, অদুনা ঐনা মহাকপু ঐহাক্কী ওইনা ফংবা ঙম্নবা খুদাংথীবা পুম্বা মায়োক্লবগে হাযনা শেম শাবর্বনি ।'

'ইংবেজ সবকাবসিনা শক্তি অমুক হয়া পাযবকলে হাযনা খল্লো, মদু ওইববদি ঐখোয় মতমদুদনা কবি তৌগনি ?' নঙগী পুন্সিদু মমল য়াওবকলবোই, অদুগা নঙনা শিগ্রবদি ইচানুপীসিদি চহী তবাহুমদোইতা ঙাযবিঙৈদা লুপ্রাবী ওইহৌবগনি । কনানা লৈবাকসিগী মপু ওইগদগে হাযবসিগী তং-তাবা ৱাফম অমা খঙবা ঙম্মদ্রবা ফাওবাদ নহাক থা খব ফাওবা ঙাইবা ঙম্ব্রবোইদ্রনে ?'

'অশেংবনি,ইংলিসশিংনাশহাজাহানপুবঅমুকহয়ালৌশিল্লবদিমখোয়নালালহৌবশিংবু ঙাকপীবোই । মহাক্না ঐহাকপু অনকপা উপাল অমদা হেক্তা থৌবী যান্দুনা হাৎখিনি । অদুগা নঙনসু মখোয় অমুক হল্লকখিগনি হায়না থাজবি, অদু নৎত্রগদি নঙনা মসিগী ওইথোকপা য়াবগী মবমদা হায়বমলোই । অদুমকপু মখোয কযাবু লেমহৌবিবগেনে ? শূপ্পগী লীশিং খবদমক দিল্লীগী চেকপল মমাঙদুদা মখোয় মশা হিংজনবা হোৎনজবিবনি, অদুগা মখোয়শিংদু থুনমক লোইশিনখ্রগদবনি, লাইনসু চানবিসনু ।'

'অদু ওইববদি দিল্লীনা ঐখোয়গী তুংগী পুন্সি লেপ্পা ওইহল্লসি,' ইমানা হায়খি, ঈবাক্লবা মীনা ইকা অম ফাওবা লাম্বগুম্না । 'দিল্লীবু পাযদুনা খাঙলিবা বৃটিশ লান্মীশিং অসিনবু তুম্না শিগ্রবদি মতমদুদা অসিগুম্বা ৱাফমসিগী ৱাবী শাবা য়াবা মতম হাযবদু

ওইবসি। মবকসিদদি ঐখোয়দি নঙগী নপাল তাংজবা, নঙগী শক্তিগী মকমদা লৈজবা হায়বদু নংত্রনে? নহাক্কীদি শৃম্লগী লালগী পোলোইদু ঙাইগদবতা ঙাইবে।'

'নঙনা মতম শাংনা য়ৈথোক্লবা হোৎনবিনে মাবিযম, অদুগা ঐহাক্না মহাকপু নঙগী অপাম্বগী মায়োক্তা অমসুং মীওই অতৈ কনাগী কল্লক চাউনা ঐঙোন্দা য়েংলিবা মমিং অনিসিগী মপুসিসু য়াওনা পৃম্নমক্কী অপাম্বগী মায়োক্তা লুহোংদুনা লৌবা ঙম্বগী শক্তি লৈ হায়বসিমসু কাউবমালেনে ?' মসি হায়বদুনা মাগী নুপীদা শাউনীংনা য়েংলম্মী।

'ঐনবু নঙগী শক্তি লৈতে হায়ত্রববনে ?' ইমানা হংখি। 'নঙনা মাবু শক্তি শীজিন্নদুনা নম হাদুনা লৌবদা ঐখোয়না মদু থিংনবগী শক্তি অমত্তা লৈতে। অদুমকপু নহাক্না মপা লৈজদ্রবী অঙাংসিবু নঙগী অপাম্বশিং থুংনবা নমজা নমথেক্লববদি নহাক নুপা মান্দবা হায়বদুমদি ওইবনি। মদুম তৌবদুনা নহাক্কী তোংজবা কবিবু লৈগদগেনে ? অমবোমদা বৃটিশশিংসি দিল্লীদগী তানথোকখিবা ফাওবদং নঙনা ঙাইবা ঙম্লবদি ঐনা য়েৎলিবশিং অসিগীসু কান্নবা লৈববোইদবনি। অদুগা মতমদুদদি, ঐগী ইচানুপীসু লুহোংবা যাবগী চহী মতাংসু যৌবক্লগনি।

'ঐহাক্না নুপা হায়বদু ওইবম্বগী নহাক্কী নবাইবক ফবনি। কনাগুম্বা অমত্তনা মহাকপু জাবেদতগী লৌখিবা যাবোই, মহাকসু শোয়দনমক্কী জাবেদকী নুপী হাযবদু ওইগনি, অদুগা ঐনা মহাকপুসু অউনপোৎ চাউনা পীগনি। মাবিযম নঙসু ঐগী পাউতাক লৌবা তাববদি নহাকসু পুন্সিদু ইংনা তপ্না পান্নবা নপুবোইবা অমা থিদুনা লৈবা তাবনি, নহাকসু নহা অদুম ওইবিবনি।

'হৌজিকপু ঐনা কবিগী যুম পানগদৌবিবা ?'

'নশাগী নযুম অমা ফংনবা অদুগা চাবা থকপা ব্রাৎতনবা নহাক নযুম পানগদবনি।'

'কবিগী ঐনা যুম পানগদৌবিবা ?' ইমানা অমুক্কসু হংলকই।

'ঐগী নুপীমচাশিং অসিনা কবি ওইহৌগদৌবিবা ?'

'কবিনোনে, নচা নুপীদি ঐগী ওইবগদবনি,' জাবেদনা মথক্লাই নুঙাইনা হায়বম্মী। 'অদুগা নঙগী নমৌনুপীসু কদাযদনো অমা অদুম লৈজখিনি। নঙনা খঙলিবদুনি মহাকসু মশক থীবদি নত্তেদনা।'

নুমিদাংব্রাইবম অদুমা ঐখোয় ব্রা ইঙাঙ ঙাঙনদনা লেনপ্লে। জাবেদখানসু হীদাক হাউনা থক্লদুনা মহাক্না মীওই খুদিংমক্কী ব্রাখল নুঙাইহনখিদবশিংদু সুকখন হেক খন্দনা নুঙাইনা লেল্লি। কনামতা ব্রা-লাল ঙাঙনদে। খান বেগমদুসু মমাযদু পৈথোক্লদুনা ঐঙোন্দা য়েংলকপা খুদিংগী নুংশাম্বব ফৃইনা ফৃইনা হোল্লদুনা কোয়চৎ চৎলি। ইমাসু মহাক্না ঐঙোন্দা য়েংলকপা খুদিংগী নুংশা মপী হেক হেক তোল্লি, অদুগা অনিতকা ঐগনা তৌফম খঙদ্রদুনা অমগা অমগা য়েংনদুনা লৈবি।

ঐখোযনা ঐখোযগী লৈফম ওইবিবা যুমগী শকতুদা চৎকে হায়দুনা হেক হৌগৎলকপদা

খান বেগম্মা ইমাগী মখুৎ ফাবম্মী অদুগা স্বব ফুনগৎলবা খোঞ্জেলদা লোয়া হায়বম্মী, 'মাবিযম, নঙসি ঐগী ইমান। হান্নদগী অৱাবা খাঙলক্লবা ঐবু মহাক্না অমুক হেন্না ৱাহনবদা মতেং পাংবিনু। নচানুপীসি মঙোন্দা পীবোই হায়দুনা ঐঙোন্দা ৱাশকপিযু।'

ইমানা খুমখি, 'বিবি, থোক্লিবা খুদিংমক নঙসু উবিবা তাবিবা মক্তনি। ঐহাকসে তশেংবদি অহিংবগী মখুত্তা তাববা অশিবনিনে। নহাক কবিসু লৈতবা মবমসিগীদমক্তা নশাবু ৱাহনজবে। ঐহাক্না চৎলিবা লম্বীসিদা চৎলিবমখৈ মহাক্না ঐগী অয়াবা কৈদৌঙৈদসু ফংলোই। অদুবু মাবু ঐগী অযাবা ঙাইগদ্রনে?'

'অল্লাহনা নঙবু থৌজানবিসনুকো!' খান-বেগম্মা হায়খি। 'নঙগী নচানুপীদি যুমসিদা অতোনবী ওইবদগী হেন্না ফবা মবাইবক ফংগদবনি। ঐহাকসু নহাক্কী অনীংবশিংদু থুংনবা লাই নীংগেকো।'

অহিংদুমা ঐহাক তুম্বা ইযা য়াদ্রে। পুর্নিমাগী থাবলদু যোৎকী মচৈনা খাবা অৱাংবা থোংনাউদগী ফাওজিল্লক্লুনা ফমুংগী কাংথোল মখোঙদা ঙাল্লি। ঐহাক ঙাইহাক্রদি উইকবে, অদুবু লাক্ল লাক্ল খোংবা উচেক থৱায়লাকপীগী মখোলদুনা ঐবু তুমহন্দ্রে। ঐনা মিৎ অমুক্তং পাওথোক্লুনা য়েংলুবদদি জাবেদ খান্দু থোঙজীন্দা থাবল মঙালদা মমাযদু ইবং লংনা লেপ্পুনা লৈবম্মী। মহাক মফমদুদা চাইহাক কুইনা লেপলম্মী, অদুগা ঐঙোন্দা শংত্রীক য়েংদুনা লৈবম্মী অদুগা ঐসু কিবনা লেঙ ওৎপা নৎএগা কৌবা ফাওবা ঙমখিদে। অদুদগীদি মহাক মমায লৈথোক্লুনা তুমিন্না চৎত্রে, অদুগা ঐহাক্না কিবনা নীক্লদুনা ইমাদা কোনশিল্লে অমসুং অহিংচুপ্পদুমা মঙোন্দা কোন্দুনা লেল্লে।

## ১৩

# কুঁম্মেদা

খান বেগম্মা মাগী নুপাগী মচম্নুপীগী ময়ুমদা চৎলুবদুদা মচম্নুপীদুদা মহাকসু য়াম্না থুনা অমুক্তা লাক্কে হায়দুনা ৱাশক্লম্মী, অদুনা শগোলশেল নুমিৎ অমদা মীনাই অমনা মাগী পাউ অমা পুবক্লদুনা হায়বম্মী, 'নখোয়গী নচম্নুপীনা খুবমজবকই অদুগা ৱাশকলম্বা ঙাক্লুবা কবম্বা মতমদা লাকপীদৌবিবনো হংজবকই।'

'ইচম্নুপীদুদসু ঐনসু লুনা নীংজবিবনি তম্বীয়ু,' খান-বেগম্মা হায়খিবনি, 'অদুগা হৌজিকমক্তি ঐহাক লাকপা ঙম্রবোই হায়না মঙোন্দা তম্বীয়ু। ঐখোয়গী য়ুমদা ঐগী নুপানা পুবকপা ফিবিঙ্গী খবা ঐখোয়গা পূন্না লৈমিন্নবি।'

মদুগী তুংদা অতোপ্পা পাউপুবা অমা থুংলবগা খান-বেগমদা মহাক্কী অতিথিশিং অদুসু পুবগা লাক্লবসু য়াগনি অদুগা মাগী মবীমতাশিংনসু মখোয়বু উনীংবনা য়াম্না থৌবাংলি হায়বম্মী। অদুনা ঐখোয়গী য়ুম্নুবেম্বীনা ঐখোয়বু মাগী মচম্নুপী কামবানগী ময়ুমদা মথংগী অয়ুক্তা মাগা চৎলুসি হায়বম্মী।

খানবেগম, ইমা, অনিত অমসুং ঐহাক ঐখোয় মবীনা মিয়ানা অমা তোংলদুনা চৎলম্মী।

মিয়ানা হায়বর্সিদি থায়নগী মীনা পুবা দোলাই অমগুম্বনি, খজিক্তংবু পীকই হায়বগী ৱাদনি, অদুগা নুপীশিংগী চৎথোক চৎশিন্দা তোংননবগীদমক্তসু শাবনি। লৈবাক্তা থম্নবা অতেনবা অকনবা মখোঙশিং পাল্লি, ফম্পাক্তুনা থৌবীনা ওইনা লোনবনি, মথক্তুনা অঙাংবা য়ুখলনা নাকলশিংদা জোন জোন য়াম্বে। দোলাই পুবশিংনা নাকল অনীদা ৱাগী মচৈ অনী ফাজিল্লগা মদুনা মিয়ানা অদুবু লৈবাক্তগী থাঙ্গৎলগা পুদুনা চৎলি।

হুমাংনা পূমলূপ লূপ্লবা দোলাইপুবা মবিনা পুরদুনা ঐখোয়না কামরানগী ময়ুমদা থুংলুবে, অদুগা মফমদুদা ঐখোয়বু তবাম্না ওকপিখি। কামবান্দু অহানবদদি ঐখোয়বু য়াম্না ফত্তনা খল্লম্বনি, অদুবু সর্ফবাজ খান্দগী পাউ লৌববা মতুংদদি মাগী ৱাখল, মিৎয়েংদু হোংগ্রে। মহাক্তু ঐখোয়গা উননীংবনা থৌবাংলম্মী অদুগা ঐখোয়বুসু মাগীদা লৈননবা হায়বম্মী, অদুগা লাক্তদৌবিবা চয়োল কয়াদুদা ঐখোয়সি মহাক্কী মীয়ামদা উৎননবা পোৎশিং হায়বদু ওইগদৌবি ঐখোয়বু য়েংনীংবা খুদিংমক্লা য়েংজবা য়ানবা।

সর্ফরাজ খানদু জাবেদকী য়ুমদা ঐখোয়গী কোকশিং ককথৎলগে খন্দুনা লাকখিবনি, অদুবু ইমাগী শুঙ্কাংয়াইনা মাবু পূমশুম শুঙ্কাংপা ঙমখি। ময়ুমদা হুনগ্রগা মহাক্লা হায়খি, 'কনানবু কবিসু কায়জদ্রবশিংদুদা মখুৎ থাঙ্গৎপা ঙমগদগেনে। নুপীমচাদুনা কিজববী শজি অমোমগুম্বনি অদুগা মমাদুনা মখোল নুংশিগ্রবা খোইনীংগুম্বনি।' অসুম্না

কামরানগী য়ুমদা ঐখোয়বু য়েংবা লাকখিবশিংগী মনুংদা সর্করাজ খানগী নুপী হুসমৎসু য়াউরকখি। মহাকসু ইমাগী শুক্কৎয়াইনা অদুম শুক্কৎখি। 'হে ইচলনুপী !' মহাক্না খান-বেগমদা হায়খি। 'ঐগী নুপানা মখোয়গী মরমদা খনবশিং অদু তশেংনা চুম্নবনি। মারিয়মগী মচীন মখাসিদি হুয়িংখোইগুম্বা খোইহী চেল্লিহে।'

কামরান মশামকসু মহাক্কী থোংলবা মীনুংশি চাউবগী মতৌদু ঐখোয়গী অশি-অনাগী অমসুং অন্নাবা কয়া থেংনবগী ৱারী তারবদা উৎখোরকলে। মাগী লাওরবা, ফজরবা অমুবা মমিংশিংদু ইমাগী ৱারী তারবদা পিনা শীক থনগৎলকখি, অদুগা অমুক্কা ইমাগী মরেংবান্দা মকোক্তু ঙাথরদুনা হীক্লা হীক্লা মখোল থোক্লা কপখি।

মহাক্তো চহী কুম্লামঙারোম শুবকলে, অদুগা নোয়খৎপা হৌরক্লবনি অদুবু মহাক্কী শাওং শাদাদি ফজরি অমসুং কুচুসু নীংথিজরি। ঐখোয়দা ৱারী তশ্মি মদুদি মহাক্না লুহোংনবগী ফীজোল শেৎ-চারক্লবা মতমদুদা মনাক্তা চৎলম্বা মপানা মাগী ফজবদুদা হায়বম্মী। 'ঐখোয়গী ইমুং মনুংসি থাদোক্লুনা চৎলোইদবা কনানো অমদা অসুক য়াম্না ফজবসিবু খাক্লুনা থমহৌবা য়ারোইদ্রনে।'

কামরানগী নুপাদু অহল খরা ওইববা, ভোপালদা শগোল লাম্মী ওইরম্বা নুপা অমনি। মখোয়গী অহানবা উন্নবদা মহাক্না নুপাদুবু পামজদবা হায়বদু থোকলম্মী। মহাক্না নুপাদুনা তৌথোবকপা খূদিংমক পামজরমদে, অদুনা মশা ফাওবা শোকপা য়ারমদে মদুগী মরমদগী মাগী মমা অমসুং অতৈশিংনা মহাকসি লাই ফত্তবগা নুংশিনরে হায়না থাজনরম্মী। মসিমক মঙোন্দদি পামজবী হায়বদু ওইরদুনা মখোয়গী থাজরিবদুদা তেংবাংলম্মী। মাগী মপুরোইবদুনসু য়াম্না পামজরক্লদুনা শগোল লাম্মীগী লৈফমদুদা হনগ্রে, অদুমকপু মাগী চান থক্লবা পৈশাদি পীরকখি। কাইনথংদদি মরুপ মপাংগী মতেংদগী মখোয়গী মরক্তা য়ানবা অমা পুরকখি অদুগা মখোয়না বদরান হায়না কৌজবী মচানুপী অমা ফংজখি।

বদরানগী ফজবদি মমাগীদগী তোঙাল্লি। ঐখোয়না মাবু উখিবসি মশাগী চহি তরাতরুক নংত্রগা তরাতরেৎ শুরকপা অদুৱাইদনি, মহাকসি মমাদগী খরা মুনরং তৌই অদুগা মাগী মমিংশিংসু লাউজরবসু পিরাং চেন্ন থোং নৌবদু নত্তবনা কামরানগী মতৌগুম্না চীং লেম্বা নত্রে। অদুমকপু পোকপদগী য়াওরকপা ওয়থংবা খজাইদা থুংবা ঙাঙলৈনবা চা-দুনা মাগী মশক্তু য়েংবদা নুঙাইবা মওং অমদি ওইহল্লি। মহাক্তি মমাগুম্না নুঙাইদুনতা লৈবা নংত্রগা য়াম্না খঙনীঙগনবী মতৌদু লৈজদে, অদুনা ঐখোয়নসু মহাকপু কয়া তোয়না উবা ফংদে।

কামরানদু ঐখোয়গী য়েত্তুম শীজিন্নবদা হৈ-শিংবগী মরমদা তারমালে। মহাক মাগী মনাউনুপীগী পীক্লিবা মচা নুপাগীদমক্তা খূদোলপোৎ অমদি পীরগে হায়না লেপগ্রে অদুনা ঐখোয়দা খোংগ্রাউ ফুরিৎ অমসুং তুপী পূম্না য়াওবা কুর্তা তোপী অমা তুবিনবা হায়রম্মী। ইমানসু তূবিগে হায়না য়ারে।

মহাক্লা মন্ত্রা মচুগী ফিনা তূবা ফুবিৎতুগী ঙকশমদুনা মোগলাই ঙক হায়বদি ওয়থংবা লেংজুমগী নাকললোমদা হাংদোকফম অমা খাযদেক্লগা কুদাম পানবা অমা তূবিবে। মদুসু অমুক খুদাং মতোন্দা অমসুং ঙকশম অকোইবদা লংগুম্না কুপ্লবা সনাগী মবীনা লেনশিনবিদুনা লোইশিনবিবে। মহাক্লা অমুক্কসু থা মচেৎ শানা সনানা ময়েক থোক্লা লোনশিল্লবা মবী অমনা ঙকশমগী অকোযবদা হাপ্পিবে। অদুগা লেংজুমদসু ফজনা লোন-খোৎলবা মপাক অমমমসু হাপ্পিবে। খোংগ্রাউদুনা শংত্রীক শংবা ফিনা তূবনি, মদুসু সনাগী মবীনা মপানদু লোন-খোৎপিবে। ভুশীদুনা ফুবিৎফিদুমক্লা তূবনি, মদুগী মমাংথংবা শকত্তা সনাগী মবীদা যাম্বুবা মতুম মতুম কয়ামকম য়াউই, মদুনা লাইবক্তা শোক্লবা য়াম্বুবি। অতূবা ফি অহুমথক্কুদা কামবান্দু লুপা নিফুগী ময়াদা চঙভি। অঙাং অমগী ওইনদি শেল চঙমল্লবনি।

ইমাদু মাগী থবক্কুদা পেনজে অদুগা ফিবোলশিংদুবু অউবশিংনা নুঙাইজে অদুনা কামবাননা ইমাদা মচু হীগোক শঙলবা লীক্রিগী খূজী মপুনশিং খূদোল তৌই। কামবানগী যুমদুদা ঐখোযসে মখোযগী চান্নবী হাযবদু শুইবা ঙমলে, অদুগা য়ুমগী মীশিংনসু অমগা অমগা ঐখোযদা নুংশিবগী ব্রা চিবোন চিবোন ঙাঙনবক্লে। মদুগী মমাংদদি মখোয়না থাজবম্বসি, ঐখোয়দি ফিবিঙ্গী নুপীনিনা খোঙনাউ খোঙনাউগী মপান্দা ঙর্কসি থিন্দোক্কুনা নুপা নহানা উননবা লৈগনবা, নুপা যা ওদ্রবদি লৈবা ঙমদবা য়ুবোপিয়ান নুপীশিংনি হাযনা খল্লুববজাৎনি, অদুবু মখোয়দু ঐখোয না থবক কন্না শূবদা নুঙাইজবা, ঐখোযনা যেত্তুম লং শীজিন্নবদা হৈথোই শিংথোইবা অমদি নুপাশিংগা লৈমিন্নবা পাম্বগী মহুত্তা মখোযগা লোযনদনবদুম হোৎনবদুদা অঙকপা অমা ওইনদুম থোক্লম্মী।

নোংমদি কামবান্না ইমাদা হাযখি, 'নখোযসু ঐখোযগুম্বনিদনা। ঐ ইশাগী জাৎগী নুপী ডজন মখায় অমগা নঙগা ওন্নবসি হাযববসু ঐদি যাবোই। কনানবু নখোযগা লোয়নবদা পাপ্লোইদবা যাউগদগেদা।'

বাজনীতি হায়বদু নুপীশিংগী লৈফম জেনানাগী ফক্লাং মবিদুগী মনুংদদি কয়া চঙদে। লান, হাৎন-শুনবগী থবকশিংদি নুপাগী মশিন্নি হায়না লৌনে। লৈবাক্কী মফম পুম্নমক্তা থোক্লিবা ইবাংশিংগী নৎত্রগসু ঐখোযগী খূদোংথীবশিংগী মবমদসু পন্নবা কয়া যাওদে। শুপ্নতংগী অমুকখক্তংদি ঐখোয়না নুঙাইনা লৈজবকপদু, উমদা কৌবী, হৌবদগী ঐখোয়বু কল্লক খম্বন্দুনতা লাক্লবী নুপী অমনা মবম ওইদুনা অয়েৎপা পীখি।

কামবানগা মহাক্কা কবি মবী থোক্লবগে হায়বদু ঐদি খঙদে, অদুবু মখোয় অমগা অমগা ইচে-ইনাউ কৌনৈ অদুগা বদবাননসু মাবু ইন্দোমচা কৌই। মহাক্কু ভুকৎচমীংঙাই ওইবী, নহা ওইবিবী নুপীনি, মখোল-মবা কল্লি, মীরৈবাক্কী জাতি পুম্নমক্কী মফমদা যেক্লবদৌনা খল্লি। মহাক্কু ঐখোয়না ইমুংদুদা শক তাক্লদুনা লৈরকপদুমক য়াম্না য়ানিংদে, ঐখোয়দা শাউনা য়েংদুনতা লৈ, অদুগা ঐখোয়গী ফত্তনবা ওাঙবা য়াবগী তাঞ্জা ফংলবদি অমত্তা থাদোক্তে।

উমদাদু বৃটিশ সিপাইশিংগী মবমদা ত'বা য়াম্না পার্মজে, মহাক্লা থাজজবদি মখোয়শিং অদু দিল্লীদগী তাম্লোকপ্লগনি হায়বসিনি। মবক মবক্তনা মযামগী ওইবা ব্রাফম তোঙান্না থমপ্লগা মীওই অমা অনীখক্তদা পূক্লীং চংশিনবসু য়াওবকই।

অমুকখক্তি, ইমানে অনিতনে অমসুং ঐনে ঐখোয় তূমিন্না ফম্মিন্নদুনা বদবানগী শাইজমা তূবিঙে, বদবান মশামক্লা বেবেন্দাগী অবোইবদা ফমদুনা মাগী নহা ওইবিবা, লমচৎ ফজবা মপুবোইবা হফিজউল্লা খানণা ভাব মেন তাদবা ব্রাবী শানবি। অদুমকপু নুপা মহাক্লুদি উমদাবু ফজনা খঙবনিনা মমিত্তুদি মঙোন্দা থম্না তোর্কাত্র।

মহাক্লা শাবম্না ব্রাবীদু হোংদোক্লুনা ফিবিঙ্গী নুপীশিংগী মবমদা তুক্লচনীংঙাই ওইববোমদা ওম্লোকপা হৌবকখি, যুবোপিয়াননুপীশিংনা নুপাশিংগা তোংনম-তিন্ননীংবগী, ঈখৈলংবগী মপ্লবা ব্রাবীদু নৌনা পুখৎলর্কখি।

'মখোয ওক্তবীশিংসে!' মহাক্লা হায়খি। 'মখোয়সে নুপাশিং য়াওদ্রবাদ ইংৎ সুকঙম শুমদবনিনে।'

'মদু নৎলমদ্রবসু য়াইদ' ইন্দোমচা' হফিজউল্লা খান্না বেবেন্দাগী আ মতোল অদুদগী হায়বকখি, 'মখোযনা অদুম্না তৌবদুগীসু অচুম্না মবম লৈবম্না যাই। মখোযদি নুপাগা তোংনমনবদগী নুপা খৌবাংবগী থবর্কসি নহাক্লা খৌবাংবদুদগীদি হম্লবমগনি। অদুগা মখোয়গী নুপাশিং পূম্নমকসু নঙগী নুপাদৌনা কানি চাবা শাক্তা নত্তে, ওকতৌনা উফুলদা ওন্দুনা কাবিমত্তা তৌদনা লৈথোকপা তৌদে।'

'মদুবুদি ওইগে ওইজসনু' মহাক্লা অফবা শাবদুনা হায়বম্মী, 'অদুবু মদুগ' ফিবিঙ্গী নুপীশিংগা কবি মবী লৈনবগে? মখোযদি মশক খঙনদবা নুপাশিংগা লোকমিন্নদুনা, ফাগি তৌনবদুনা লেনবা পাম্মী, অদুগা মখোয ঈশে শকই, কবিগুম্বদসু মফ তংখায়দমক থোংলদুনা খঙনদম্বা নুপাশিংদুগী মপান্নোমদুনা মখোয়গী মম্বাংদা কোল্লদুনা জগোয শাই। অদুদগী অমুকসু মখোয অমম্বা কাচিন্দা চঙলদুনা মখোযনা মখোয়গী নুপাসু নত্তবশিং ফাওবদ' অমুক চুপ্লনি, মখোযবুসু চূপ্তনগনি।'

ফিবিঙ্গী নুপীশিংগী লমচৎ শাজংকী মবমদ' শৈবেং থীবদৌনা মবী মবী থিদবকপদুদা বদবান্দুদি মমিৎ অরংবদুসু ঙকপনা খম থেংলদুনা লাওথোবকলে।

'ঐদি মদু পূম্নমক অমতবু খঙদেনে,' হফিজউল্লা খাননা হায়বম্মী। 'নঙদি কদায়দগী অদুক লুবা জ্ঞানদুদি ফংলুবিবা ইন্দোমচা?'

'কদাযদগী ফংলকপগে হাযবদু দবকার লৈত্তে', মহাক্লা খাঙবা ঙমদবদৌনা হায়বম্মী। 'ঐনা হায়বিবশিং অসিদি চুম্লর্বনি, অদুননি ফিবিঙ্গী নুপীশিং অসি ব্রাথোক ওইবক্তদৌবির্বান হায়বির্বসি।'

'হৌর্জিক্তি নহাক য়াম্না হেনমল্লে ইন্দোমচা,' হফিজউল্লানা হায়খি। 'লাই শোল্লিবসিনি, নঙসে ব্রা ঙাঙবদা য়াম্না চেকশিন্দে। কবম্না মবালশিংনো নহাক্লা ঐখোযগী আতথিশিং অসিদা পীগদৌবিবসে?'

'ফবেনে, মখোয়না জাবেদকী যুমদা চঙবা মতমদা লৈকাইদুগী নুপাশিংদুগী মবক্তা চবাংনবা পোক্লক্ত্রিবনি ।'

'মদুসু ওইবগ্না য়াই', হফিজউল্লানা কবেম্লবদুনা হায়খি। 'নঙগী ফজ্রবা নপুবোইবদুসু খজিক্তং চবাংনবা পোকলমগনি হায়না ঐসু খল্লি। ফবে, মদুদগীদি কবি কমদৌগ্রবা ?'

'নঙসে য়াম্না নোক্লীংবা অঙাং অমনিংহে, হফিজ !' মহাক্না ঐখোয়গী ইমাওদা মমিত্তু খৎলদুনা মবৌ লৈনা হায়খিবনি । 'নঙগী অপাম্বদি কবি কবিনো, হা?'

'নঙসে ঙসিদি য়াম্না পঙবদৌনা তৌবেনা, ইন্দোমচা!' হফিজউল্লাদু খাঙবা ঙগ্রক্রদুনা হায়বম্মী । 'নঙগী বুদ্ধি তাদ্রবা নকোক্তু নোম্রদুনা ফোঙদোক্রিবদুনা কবিনো ? ঐনা অমুক্কসু নঙোন্দা হায়বিবিবসিনি, মাবিয়ম অমসুং মাগী মচানুপীগী মবমদা ঙাঙ শাকপদু চেকশিনজৌ!'

'অঙাংসিদি অঙৌবা জাৎসিগী ঙাকশেনবীবা অমা ওইবেদনা। ফবে, ঐদি মখোযবু সুকনুং নুংশিদে ।'

খৎনবদু ঙাইহাক্তং লেপ্লম্মী । ইমাসু, অনিতসু অমদি ঐহাকসু ব্রা কন্না ঙাঙনবিঙৈ মতমদুদদি তৃমিন্না লৈনবম্মী, ঐখোযদদি কামবানগী মযুমদুদা অয়াবা অমখক্কী মখাদা লৈবনিনা ঐখোযগী ইশা ঙাকথোকচনবা ওইনা ফাওব' ব্রা অমত্তা ঙাঙজবা যাদ্রে, অদুগাকনাগুম্বাঅমত্তগসুখৎননবগীঅধিকাবসুলৈতে, অদুমকপুঅমবোমদদিহফিজউল্লানা পাঙথোক্লিবা থবক্তুমকসু ঐখোয় অমুক ব্রা পাংলুনিঙাই লৈত্রবনি । উমদাদুদি ফৎতবা ব্রাখলদুদা চপ যুংগ্রবনিনা ব্রাফমদু হোংদোকপসু তৌববোই । 'ঐগী ইচানুপাদু লান চৎখিবশিংগী মবক্তা য়াওগ্রে। মহাক্তুনা হল্লকপদা ফিবিঙ্গী নুপী অমা পুবক্তনবা লাই খুকমলিবনি ।'

হফিজউল্লাদু মহাক্কী ব্রাফমদুগী শেম শাদুনা লৈবম্রে। 'নচানুপাদু মাগী লানগী খোঙচক্তুদা মথৌনা মবিংজেল ফুদোক্তুনা থবক মযাম তৌবমগনি হাযর্বাসিদি যেৎননীঙাই লৈতে অদুমকপু মখোয়না তৌকগদবদি লমহেনবা লম মপৃ খবা ব্রাবক্রবা থাখিবনি অদুনা ঐহাক্তি মহাক্না ফিবিঙ্গী নুপী অমা ফাওবা ফংলক্কনি হাযবগী থাজবা লৈতে ।'

উমদাদু ব্রা মখা তাবা নংগ্রিঙৈদা, হফিজউল্লানা লেপখৎলক্রম্মী অদুগা মঙোন্দা মযুম চৎপা মতম যৌবে, হনম্রো, ঐখোয়বু মখা তানা অমুক চৈবা খোৎপা তাবা পামদ্রে হায়বীবম্মী । অদুবু উমদার্দুদি অবোইবা ব্রাফম অমদি মহায়বম্রগে নীংগ্রমালে ।

'লাই খুবম্বগী পাঙ্গলসিসু কনগ্রবা পোৎনি,' মহাক্না হাযবম্মী । 'ঐনা খান-বেগমদা মখুত্তা উৎ পায়বগা নুপীশিং অসিদা সোবনা কামশিল্লু হায়বির্বানি, মদু তৌববদি মখোয়সি অসুম হায়না পাইখিনবা ।' উফুল খবা খুৎনা চপ্লগা ঐখোয়বোমদা লংশিল্লকলম্মী, কবি কবিনো খবসু মুকম মুকম শোল্লম্মী ।

মদুদা হফিজউল্লাহদু খাঙবা ব্রাবে । মহাক্না উমদাদা চেনশিনখিদুনা মশা শাগন পায়দুনা বেবেন্দাগী মপান্দা চিংথোকখিবম্মী । অদুদগীদি মাবু চৎগ্রো নৎত্রবদি হেন্না কনবা থবক তৌবক্লগনি হায়বিবম্মী অদুগা মাগী নুপীগী মনাক্তা হল্লক্তুনা শাউনা ফল্লম্মী ।

## ১৪

# নোংজুথাদুদা

'মসি ঐঙোম্দদি শুক্লা থোক্তে,' কামবাননা মযুমদা হল্লকপদা উমদাগা মযানুপাগা খৎনবগী মবমদা ভাবদুনা হায়খিবনি।' উমদাগীদি শাংসু শাংগ্রবা অদুগা হূসু চেনগ্রবা, অনীমক পূন্না যাওবা মঁবে পানবনি। নখোযসি ঐগী অতিথিশিং ওইবসিদা মাগী মথৌবু কবি লৈবগেনে ' খাঙবা কনবদা অমসুং ঙাকপীরেবদা, মহাক্তি নখোযদগী পাবাদুম তমজহৌগদবনি ইযানুপা।" মহাক্লা হফিজউল্লাদা হাযখিবনি। 'নঙনা মহাকপু মশা ল'ক্লুনা চিংথোকপদুদি ভৌত্রবসু যাবনি। মদুমক ওইববসু, মবাইবক থীববিশিংসিগী মীচঙ চঙলম্বদুদি নঙগী পৃকচেল চাউরবনিনি। মাবিয়ম মাগী অপঙবদুগীদমক্তা নঙনা ঙাকপীযু। মহাক্তি নহা ওইবিবশিংবু ম'গী মতৌ মওংদা মাবু নোক্রুখিনবগী তাঞ্জা পীবখক্তদনি মানা মায পাকচাবিবসি। ঐগী যুমসিদদি নখোযবু মতম পূম্নমক্তা তবাম্না ওক্লিবনিকো।"

হৌজিক্তি নোংজুথাগী অকনবী হায়বদুগী মতমসু যৌবকলে অদুনা নোংচুপলোমদা অমুবা লৌচলাশিংগী মঁপে উবক্লে। অঙৈংবা নুংশিং অমনা যৌশিল্লক্লিবা নোংগী অঙৈংবা মনমদু ঐখোযদা পুবক্লে অদুনা খুদক্লুমঙদা শুমাঙদা হৌবিবা জাতি কুপ্পগী উবী উপাল মবক্তা নোংলিকাশিংনা গ্রেপ তোপ তাবকপা তাবে।

নুমিত্তুমক্তি অক্লাং ভাবত পূম্বগী নুপীশিংগা ওইবা কুম্মৈ পাঙথোকপা নুমিৎনি, মখোযনা মচু মখল কয়াগী ফজববা ফি বোল শেৎ চাবদুনা অদুগা মশাং থীঙমদ্রবা হোবিববান্দোং কযাদা তোংনবদুনা, হবাউ নুঙাইবগী ইহুল পূম্বা পুথোক্লবি অমসুং অবা অনা পূম্বা কাউথোক্লবি। থৌবী জোবা অনীখক উদগী যাম্বগা মদুগী মতোম্দুনা ফজববা মচু কযাগী উপাক মযুং নাইবা অমা কিশি কিশিন্দুনা পলহল্লগা থম্মী। নুপী অনী অনীনা মমায মমায ওনশিন্নবদুনা অমনা অমগী থৌবীদা খোঙবীনা চপশিন্দুনা লৌশিন্দুনা ফানৈ। মখোয়না ঈংনা তপ্না হাইবা হৌই, খজীক খজীক থুনা অমসুং বাংনা হাইবকপনা মখোযশিং অদু অশংবা উপালশিং অমসুং অঙৌবা অতিযাগী মাযকৈদুদা মশেল মবাং ওইনা উবা অবংবা মচুশিংগুম্না উব ফাওবা হাইনবকই। কবিগুম্বদনা মী অনী নৎত্রগা অহম্না অপীকপা ফমুং অমা থৌবীশিং অদুগী মবক্তা পুনশিল্লে অদুগা অতোপ্পা অনী অমনা হোবিবান্দোংদু ঈশৈ শক্ল শক্লদুনা হাইহল্লি।

যুমগী হেক নাকন মক্লদা হৌবা চহী যাম্লবা খোংনাংবট পাম্বী অমদা হোবিবান্দোং অমা য়ানখৎলে, বদবান অমসুং হসমং অনীদু কোক্তগী খোং ফাওবা অঙাংবা ফীজোল

শেংলদুনা মদুগী মথক্তা কাখংলম্মী। অনিত অমসুং ঐহাক্তা মখোয়বু হাইবিরম্মী, অদুগা গুলাবিয়া হায়বী মীনাই লৈশাবীদুনা ঈশে শক্লম্মী। মখোয়না কুমথবক্কবা মতুংদদি ঐখোয়গী পাঙ্গি তাবে, অদুনা ঐহাক মদুদা হবাউ-নুঙাই য়াল্লববা নুংশিত্তা তাউবদুনা, মীকুপ অমদা ইথক্তা পাইবিবা লৈচিলশিংবু য়েংলদুনা অদুগা অতোপ্পা মীকুপ অমদনা ঐগী মখাথংবদা লৈবিবা অনিতকী মুশুক মুনা খোইববা মশমশিংদু উবদা হবাউ-নুংঙাইবনা থল্লবা তাঞ্জা অমা থেংনবম্মী। মখাদা লৈবিবা সংসাবদগী ঙাইহাক্তংদং ওইরবসু লাপথোকচবদুনা ঐহাকসু পুন্সিসিবু নুঙাইবা অমসুং অঙকপা অমা ওইনা অমুক্তা হন্না থেংনখি।

ইমাগী নীংশিংবা ঙম্বগী পুক্কৈদা মশীং যাম্রবা ফুঙ্গা রাবী কয়া কয়া লৈবম্মী অদুনা মহাক্তা করিগুম্বা মতমদা ঐখোয়গী যুম্নশিংবু অফবা লাইশিং অমসুং ফত্তবা লাইশিংগী রাবী লীবদুনা ঙকহল্লম্মী। নোংমদি বদবানদু ঈকজকবগা শুমাঙদা মাগী শাংলবা মশমদু থাদোক্লদুনা থোবকলম্মী।

'ইচানুপী নহাক নঙগী শর্মশিংদু থাদোক্লুনা থমগনু,' ইমানা হাযখি। 'মদু শম্বুল পুনশিন্দুনা থম্বনা ফবনি।'

'অদুবু ঐদি ঙসি থাউসু তৈদবি,' বদবান্না হাযখি। 'ঐহাক মসিবু কবম্না পুনশিনগনি ?'

'মদুবু নঙনা থাদোক্লগা মপান্দা নুমিদাংৱাইবমগী অঙ্গংবদা ফমদুনা লৈবদু অশিংবগী মত্তৌ নত্তে।'

'কবিগী ফংত্রিবনো হায়বিয়ুবা,' বদবাননা হাযখি। 'য়েংঙু ঐহাক নঙনা হাযবদু তৌবগে অদুগা হৌজিক্কী ওইনা শমসিপুনশিল্লগে।' অদুদগীদি মহাক্তা কবিগী নুমিদাংৱাইবমদা শম থাদোকপা ফংত্রিবনো হাযবদুগী মবমদা রাবী লীবিনবা তক্লবম্মী।

'নঙগীদুগুম্বা শাংলবা শম অমসুং অমুবা মিংশিং পানবশিং অসি জিন হায়না কৌবা নুংশিত্তা লৈবা লাই ফত্তবশিংনা যাম্না পাম্মি' ইমানা হাযখি।

মাগী মমাসু অদুগা মপুবোইবসু আনমক লৈবদুদা বদবান্দু মমায ঙাঙশিল্লম্মী অদুগা কামবানদি মশামক্কী নহা ওইবিংঙেগী মথোঙ হুক্তবশিং নীংশিংদুনা মোমোন নোক্লম্মী, মতমদুদদি মহাক্তা মীপুম খুদিংমক্তা মাদি জিন্না খোয়দাজবীনি হায়না থাজহল্লকখিবনি।

'জিনশিংসিবু মীওইবদা চঙব্রনে ?' হফিজউল্লা খান্না হংখি।

'অদুম হায়না হাযনৈ,' ইমানা হাযখি। 'ঐহাক ইশামকপুদি জিন অমফাওবা উদ্রি অদুবু মখোযনা অতোপ্পশিংদা শীখিবা লাইওংশিংদুদি ঐহাক উব্রে।'

'অদুদি চানবিদুনা নহাক্তা উখিবশিংদু লীবিয়ুবা,' কামবাননা হায়জখি।

'মতম অমদা মুশুক মুবা মশম পানবী, ফজববী নুপীমচা অমা লৈবম্মী,' ইমানা রাবী লীখি।

'ইথা হেক থাজদনা মহাক্তো কন্না নাবকখি, অদুগা হীদাক লাংথং অফবা কযা

পীজদুনা নীংথিনা লায়েংলবা ফাওবদা মহাক্তো নোংম নোংমগী ফীবম ফত্তবা সুম হেল্লিল্লকখি। মহাক্কী মশাদো রাচেংমুক পাশিনখ্রে, মশমদুখক নত্তনা মাগী ফজরম্বা পূম্নমকতো মাঙখ্রে, মশমদুদি শিবমদাই ফাউবদা ফজনা লংনা অদুম্মক লৈখি। মহাক্না তূম্বা মতম খূদিংগী মমঙদা মহাকপু লাক্লদুনতা লৈখি। নহা ওইরিবা জিন অমনা মাগী মমঙদা হেক হেক লাকই অদুগা মঙোন্দা হায়বম্মী মদুদি নোংম নুমিদাংবাইবম অমা মহাক্না মশম লুজকবগা কংহল্লিঁঙে মতমদা জিন্না নুপীমচাদুগী ফজববা শমশিং অদুবু নুংশিকবে অদুনা মহাক্না মাবু লৌবগে হায়না নীংখ্রে। মহাক্তো অনাবগী চৈনা যাম্না ফাওবে, অদুম ওইনমক অসুক কয়া নাববা মতমদু ফাওবদা মহাক্কী মশক উবা ফংদবা মীওৎপদুদি মাগী মনাক্তা লাকপা তোক্ত্রি অদুনা মাগী মশাদু কংত্রিক কংলদুনা পীকশিল্লবা ফাওবদা মাগী মমিৎশিং অদুদি সংসাবসিগী মান্দবা মঙাল অমনা ইবং লংহল্লি অদুগা মাগী হকচাংদুনা পৎথ-পুমথদুনা শিববা ফাওবদা মাগী ফজববা মশমশিং অদুদি হান্নগী মতৌগুম্না অদুম্মক ফজদুনা লৈখি।'

'কযাদা কিম্রবা রাবীনো'' যাম্না থুনা মশমদু শম্বুল অমগা অমুক কিশিল্লদুনা বদবাননা হায়খি।

রাবী রাতাইদু অদুদগীদি মখল মখলগী ভূতশিং অমদি লাই ফত্তবশিংগী মতাংদা ওহুখ্রে, অদুগা কামবাননা মুর্নাজিযা হায়বা মশক্তি উদবা, লুহোংদ্রিঁঙেদা শিম্রবা ব্রাহ্মন পাখং অমগী ভূত, খোংনাবট পাম্বী অমদা ময়ুম ওইনা লৈবা অমগী মবমদা লীবম্মী। মুনজিযাদুনাশাউবক্লবদিমানাউপালদুদগীচোংথোবক্লগাষনগাডীশিং অমসুংশগোলগাডীশিং ফাওবা মথক মখা ওনথোকই। কনাগুম্বনা নুমিদাংদা নাইতোম হৌবা খোংনাংবট পাম্বীগী মখাদা চৎলবদি চীনগী মমাঙদা খূকাম্পী কাপ্তুনা হকাম চল্লুনু হায়না কামবাননা তাকলম্মী।

'নখোয়না মসি তৌর্বাসি কাউববদি,' কামবাননা হায়খি, 'মুর্নাজিযাদুনা নখোয়গী নখনাউ মনুংদা চেনশিনখিনি অদুগা নখোযবু পুল্লপ লোইশিনগনি।'

অদুদগীদি ইমানা মানা খঙজবা ভূত মখল কযামকমগী মবমদা মথং মথং লীথবকখি — মফি শেংতবী ওইনা উবী, খূনীং খমাও ওন্ননা পানবী, ওক্তবী নুপীশিং (চুবেলশিংগী) ভূতশিং, মীওইবগী ঈ চূপ্তুনা থকপা ময়া যাম্না শাংবা ভূতশিং অমসুং শাশিংগী মশক লৌবা ভূতশিং। বামপুবগী মনাক্তা লৈবা খুঙ্গং খবদদি (ইমানা হায়বগী মতুং ইন্না) মীশিংনা শিম্রবা কনাগুম্বা মথংগী মপোক্তো কবি কবম্না মওংদা পোক্তদগে হায়বা ফাওবা খঙবা ঙম্বগী পাম্বে অমা লৈনৈ। অশিবগী উৎশিংদু পাত্র অমদা হাপ্পগা মখুম চেৎনা খুমদুনা, নুমিদাংদা মপান্দা হুন্দোক্তুনা থম্মী। মথংগী অয়ুক্তদি উৎতুদা খোঙ্গুল অমা তাবম্না উবা ফংগনি। শিম্রবা থবায অদুনা ওর্নাখবা মশক্কী মতুং ইন্না মদু মী অমগী, নৎত্রগা উচেক অমগী নৎত্রগসু শামু অমগী খোঙ্গুল ওইবা য়াই।

পূঙ তবা তাশিল্লকপা মতমদুদদি ঐখোয বেবেন্দাদুদা অমগা অমগা থাদোক্লবা পাম্নদ্রে।

ইমা অমসুং কামবাননা তাকপীবা মতুংইন্না ফত্তবা ভূত প্রেত তাম্বোক্লবা শোনগদবা যাদুগী মন্ত্রদুনসু ঐখোযবু অকিবদুদগী ইফ-ফহনবা ঙমদ্রে। ঐনা ফমুংদা চঙলবা মতমদুদসু ঐহাক লেঙদনা চুম্ন ফাওবা ভূম্না ঙমজবমদে, ফক্লাংদা মর্মিশিংনা লেংলকপা উব্রা য়েংদুনা লেঙ ওৎতুনা লৈবম্মী। মতম ঙাইহাক্কী মতুংদা ঐখোয়না থোঙদা থীল্লকপা অমা তাবম্মী অদুগা বদবান অমসুং হাসমতকী খোঞ্জেলশিংসু তাবম্মী। ঐখোয়না হৌগৎলদুনা হাংদোক্লবা মতমদদি মখোয়দু তাইফেৎ তাইবদুনা অকিবা পোকপা উবম্মী। কামবান্না মখোয়বুসু কিহনবা ঙমথোকম্রে।

'নঙবু কবিসু তৌদববা খুবসিদ ?' মখোয়না হংখি। 'নহাক ঐখোযগী কাদা তূমগেবা ?' মদুদনা হেন্না ফগনিদা। লাকও ঐখোয নঙগী ফমুংসি থাংবা য়াওবিবগে।'

'ঐখোয় মফমসিদা লৈবদা কবিসু তৌদেদা,' ইমানা হার্যখি। অদুবু ঐখোয়দা ভূতকী খুৎপু অমা লুমদুনা লৈবমগদৌবগুম খন্দুনা মথৎগী কাদুদা পূল্লপ তাশিন্নদুনা লৈবম্মী। অসুম তৌবিঙৈসির্দদি খান-বেগমদি য়াওদে (ব্রাবী মীবিঙৈদা য়াওবম্রবসু) অদুদগী মাগী খোঞ্জেল .... তাবসি যাম্না হৌনা লাউবগী মখোলদুনি। ঐখোয খোঞ্জেল তাবিবা অদোমদা চেনশিল্লম্মী অমসুং মহাক্তি ঐখোযগী কাদগী থোবকপা থেংনবম্মী।

'মাবিযম মাঙখ্রে।' মহাক্লা হার্যখি। 'খুর্বাসিদ অমসুং অনিতসু চৎখ্রে।'

অদুদগীদি মহাক্লা ঐখোযবু মাগী কামক্তদগী ঐখোযগী শর্মাশিং ইফা ফাবদুনা, কোক ইচাউ চাউবদুনা চেনথোবকপদু উবদা অমুক্তা লাউবম্মী অদুগা মাঙ্গোলদা ব্রাছখিবম্মী।

১৫

# অঙৌবা খুনুশিং

'নহাক্তি নখোয়গী অৱাবশিংসি য়াম্না ফজনবু খাঙলিনে,' হফিজউল্লানা নোংমগী নুমিদাংৱাইরমদা ইমাদা হায়খিবনি। 'নহাকসে অদুক্কী মতীক মায়থোং মকা লামই অমসুং খাঙবসু কল্লি অদুগা নহাক্তি লাক্কদৌরিবা মতমবুসু আশাগা লোয়ননা য়েংবা মাল্লি। হোয়দা, ওইনীংবা ওইজত্রবসু অমুক হন্না হল্লকলরোইদবা মতমদুগীদমক্তা ৱাদুনতা লৈবনবু করিবু কান্নগনি ?'

"মখোয়গী ফীবম অমুক ফগৎলক্কনি হায়বদি ঐদি থাজদ্রে,' খান-বেগম্না হায়খি। 'ঙরাংতনিনে ফকিরদুনা ফিরিঙ্গীশিং অসি লৈবাকসিগী লৈমায়দগী লোইনমক মুৎথ্রগনি হায়রম্বদো।'

'ঐদি মদু থাজদেবো,' হফিজউল্লানা খুমখি।

'ঐহাকসুনি,' কামরাননসু হায়খি। 'তশেংবদি মফমসিদদি ঐখোয়না ঈ-পাউ য়াম্না ফংদে।'

'ফরে, ঐহাক নঙোন্দা করিগুম্বা খবা তমগেদো, হফিজউল্লানা হায়খিবনি। 'ঐখোয়গী খুড়ানা নহানমুক হায়রম্বা ফিরিঙ্গী অমত্তা লৈত্রে হায়বদো হায়জরবসু মহাক্না সর্ফরাজ খানদা তূমিন্না লোন্না মখোয়শিংসে লোইনমক মুৎপদি নৎত্রি হায়খিবদো ঐহাক তাবা ফংহৌই। চীংশিং অসিদা মখোয় ঙাক্তনা পীক থন্না লৈরে। ঐখোয় খুড়ানা তম্বদা অবদুল রাফখাননা ইদকী অয়ুক্তা মিয়া সাহেব কৌবা লাইনীংবা অদুমক খুরুম্বা চৎলুবদা অহল অদুনা মঙোন্দা লীবিখিবশিং অদুদা মহাক ঙকত্রবনি।'

'মদুনা করি অমুক ওইরবা?' খান বেগম্না খঙনীংনা হংখি।

'অবদুল রাফনা হায় মদুদি মিয়া সাহেবতু অঙকপা মওংদা ৱাখল খন্দুনা লৈরম্মী। মহাক্না মমাঙগী থাবুম অহুমদুমক শেৎ-চাদুনতা লাক্রবা অঙৌবা ফীজোলশিংদো হন্দোকখ্রে অদুগা ইখঙ খঙহৌদনা অমদি মরম ইচা চাদনা অমুবা ফীজোল অমা শেৎখ্রে। অবদুল রাফ অমসুং অতৈ অতোপ্পশিংদুনা মঙোন্দা দিল্লী সরকারগী মমাংদা ফিরিঙ্গীশিং অদু মায়থীবা ফংহন্নবা লাই খুরুম্বীয়ু হায়জবা চৎপনি অদুবু মহাক্না মখোয়দা করি হায়খিবা ?'

'মহাক্না মখোয়দা হায়বিরম্মী মদুদি ফিরিঙ্গীশিংনা অমুক হন্না লৈবাক ঙাকপা হায়বসিদি প্রলয় হায়বদুনা লাকপদুগুম্না লাকপা শোয়দ্রবনি। মহাক্না হায়খিবদা মীরম মচাশিং অসি মবমদা হন্দুনা চৎহনখিবদা চহী চাম্ম অমগসু চঙখিগনি। য়েংঙু, মখোয় লাক্রেসে!'

হায়না অৱাংথংবা মায়কৈদা সহরগী মথক্তা কোয়নৈ লৈদুনা পাইরিবা অঙৌবা খুনুশিং অদুদা মখুৎ থিল্লদুনা কন্না লাউখি। 'মখোয় অঙৌবা খুনু শঙ্কুশিং অসিগুম্বা পাইরকই, মখোয়বু য়ৈখাই থিনগাইবা পীরুরবদি পাইথোকখিনি অদুগা কোয়না কোয়না পাইদুনা লৈগনি, অমুক হন্না পোৎথারনবা পাইথরক্কনি। চীংশিংদগী লাকপা অঙৌবা খুনুশিংনি।' অবদুল রোফতুনা মখুৎশিংদু লোন্নরগা মিয়া সাহেবতা ৱাফমদু মখা তানা অমুক হায়বিদনবা হায়জরম্মী। অদুবু মিয়া সাহেবতুদি মীশক মীমায় য়েংবিবা মীশক কাদি নত্তে, অদুনা মহাক্কী ৱাহৈশিং অসি তরাই তরাইনা লৌবা য়াবা নত্তে।'

কামরানখোয়দা ঐখোয়না লৈরকপদুগী মতম লোইশিল্লক্কদৌরে। ঐখোয় নোংজুথা খ্বতু অপূম্বদুমা ঐখোয়গা চান্নজবা মাগী ইমুং মনুং পূম্বদুগা লোয়নদুনা লেনখি অদুগা মতমসু থুনা য়াঙনা অদুম হৌজিনখি। কামরান অমসুং মাগী ময়ানুপা হফিজউল্লাখোয়না পীবিবা থৌজাল অমসুং মিনুংশি ময়ামদুদগী হেনবা অমা ঐখোয় ফংবা ঙম্লরোই। জাবেদ খানদু কয়ারক হন্না ঐখোয়বু নংত্রেগসু মাগী নুপী অমসুং মচেবু উন্নবা লাকখি। অমুকলকনংত্রেগা অনীরক্তি মহাক্লা কামরানদা ঐখোয়না লৈরিবদু কুইথহন্দনবা তকশিল্লম্মী অদুম ওইনমক মচে মহাক্লদি ঐখোযনা চৎখিবদু পামদে অদুনা ঐখোয়বু মহাক্কী লোইশিনবা ঙমদ্রিবা ফি-রোল খরা তূবিবি হায়জিন্দুনা অদুম থম্বীখি।

লাম্মীগী লুচিংবা অমা ওইনা নবাবনা হাপ্লিরবসু জাবেদতু অনৌবা নংত্রেগা মশক থোকপা থবক অমত্তা পায়খত্তে। মহাক্কী রোজা রম ফেক্টরি লুট তৌবদুনা হৌজিক ফাওবগী ওইনদি মরু ওইবা থবক্তি, মদুসু অতৈ মরমদগী থোইদোক হেন্দোক্লা মশাগী মরল্লাই কান্ননবা ওইনা পাঙথোকখিবনি। মহাক্তি 'মুহামদি'গী মীহাৎতুদা থোইদোক্লা পুক্লীং চঙবা উৎতুনা লালহৌবা সিপাই কোম্পানী অমনা শহাজাহানপুরদগী চেঙ্খোক্লবকপা য়ুরোপিয়ান খরা হাৎখিবদুদা য়াওদে। হৌজিক্তি মহাক্কী থবক হায়ববু নবাবকী মীয়াম তিন্নফমদা য়াওরুবা অদুগা মঙোন্দা দিল্লীদগী ঈ-পাউশিং তন্নুবা অমসুং মীচেন মীরোং ওইরবা অমসুং হিংহৌরবা ঐখোয়গুম্বগী লৈফমশিং তাকপা অসিনি। খুদম ওইনা হায়রবদা ঐখোয়নসু বেডমেনশিংগী লোংফমগী মরমদা তায়। রেডমেনখোয়গী ফিশু ফিজাম্বী অহল ওইরবীদুগী ময়ুমগী মমাংমক্তদা লাম্খোক্লেদুনা চাকনিবী নুপী অমনা ভিক্ষা নিবা চংলুরে। মদুদা ৱাং চাউরবী, ফজববী নুপী অমা শুমাঙদা ফমদুনা লৈরম্বদু শক খঙগ্রে।

'কনানো নঙদি হা?' মহাক্লা হায়খি। 'নহাক কনানো হায়বা ঐ খঙলে। অদুগা নঙগী অঙৌবা নপুরোইবা অমসুং নচানিপাদি কদায়দা লৈবগে?'

'চংথ্রো চংলু, হেল্লোয় হিংচাবী!' রেডমেনগী নুপীনা হায়খি। 'নঙগী নিবা চংপদু অদুম মচংলু অদুগা ঐগী থবক্তা য়েংলক্কনু।'

মতমদুদা ফিশু-ফিজাম্বী নুপীদু য়ুমদা হল্লকলে, ফীবমদু খঙলদুনা চাকনিবী নুপীদুদা

হায়খি, 'নঙনা মহাকসিবু ফিবিঙ্গী নুপী অর্মনি হায়না করম্না খঙলিবনো ? মহাক্তি ঐগী ইনাউনুপীনি।'

'নঙগী জাৎকী ওইববদি য়াম্না ফজেদা।' হনুবীদুনা মাগী চিংনবদু কয়া লোৎশিল্লদুনা হায়রম্মী ।

'ঋাহং অমুক্তা হন্না হংলবদি নকোক্তুদা ঐগী ফি শুবগী উপাকসিনা কম্বুবগনি।' খোবী নুপীদুনা ধমকা তৌখি । 'চৎস্রো চৎলুনে, লমশি শিগদবী নঙবু।'

'চাকনিবী নুপীদু ধোবীগী ইমুং মনুংশিং অমসুং বেডমেনখোয়বু চৈব চৈবদুনা শোল্লবা মখোঙশিংদু তুবোই ঙাম্রোই থাংলদুনা চৎখ্রে অদুগা অবদুলবাফকী মযুম মায়কৈ পাংখ্রে, মফমদুদা মহাক্তা মানা খঙলকপশিংদু মঙোন্দা তমখি । অবদুলবাফনা পাউদু নবাবতা তম্মী, অদুগা মঙোন্দা ফিবঙ্গী নুপীদু ফাবকপা যাবগী ঋাফম পীবিনবা হায়জবম্মী।

নোক্লিংলবা নবাবতুনা হায়বম্মী, 'মদু নঙগীদি মতীক হেক চাববা থবক্তি।' 'মাবু ফাবদা নহাক সিপাই খুৎপু অমা দবকাবসু শোয়দনা লৈগনি। অদুমকপু ঐহাক মীবোৎশিংদুবু কোইথি থিবিনিংদ্রে, খান সাহেব। মখোয়না ঐখোয়গী থবক্তা অযেৎপা অমত্তসু পীখিদেদা।' অসুম্না মহাক্তা মখোয়বুসু ঐখোয়দা পীবিখিবা ঙাকপিহৈবগী মতৌদু অদুমক ফংহনখি ।

মহবমগী খতুদুসু লাক্লস্নগা অমুক চৎখি । শহাজাহানপুবদদি সিযা কাঙলূপকী ইমুং মনুং খজিক্তমক লৈবনিনা অদুগা অতৈ অতোপ্পা সহবশিংদা পাঙথোক্লবগুম্নসু তৌদবনা কুম্মৈদু ঐখোয়দি লোইখ্রে হায়বদু খঙবু খঙহৌদ্রে। সিযা নুপীশিংগসু মান্নদবনা পাঠান নুপীশিংদি চবা হেল্লিগুে নুমিৎ তবানিদু অৱা অনা খাঙবা তৌদে, নৎত্রগসু মখোযগী লৈতেংশিং লৌথোকপসু তৌদে। অদুম ওইনমক চাননবা চীঞ্জাক অমসুং ফিবোলশিংদি সহবগী লাযব-অনংবশিংদা যেনথোকপীনবা অনকপা অনকপা লাইশঙশিংদা থাখি ।

মহবম লোইখ্রবদা ঐখোয় অমুক হন্না জাবেদখানগী মযুমদা সেপ্টেম্বব থাগী তাবিখ মবি, ইবাই নুমিত্তা হনবা হায়না লেপ্লবে ।

## ১৬

# জাবেদ খানগী ঙাইঙমদবা

মবাইবক থীবরী খান বেগমদু কল্লক খম্বনবগী অল্লাবা চৈনা কযামদি মহাক্লা ঐখোযবু লোইর্শিপ্রবা মখৈদি খাঙখবা তাবি। ঐখোয়না মাগী মযুমদা হল্লকপা নুমিৎ অদুমক্তদা জাবেদ খাননা মাগী লুহোংবগা মবমদা ইমাদা অমুক্কা হন্না হংনবগী খুদোংচাবদু লৌখি।

'ঐঙোন্দা হায়য়ু মাবিযম, ঐহাক কযাম কুইনা ঙাইখিগদগে ?' মহাক্লা নুমিদাংগী চাকলেন চাববা মতুংদা হংখিরবনি।

'ঐহাক্লবু কবি হাযবা ঙমগদৌবিবনো ?' ইমানা মঙোন্দা মুন্না যেংলগা হায়খি। 'নঙনসু ঐঙোন্দা অসুক্কী মঙাক তোয়নসু হংস্রবনি। ঐনসু হান্নরা হায়স্রবনি মদুদি ঐহাক ঐগী ইবুং ইপ্পাশিংগা তাঃদনদি ইচানুপীসিবু হেক পীথোকপা ঙমদে হায়রসি। নহাক্লসু দিল্লীগীদমক মুঃবিরসি লাইখাই অমা তাদ্রিবা ফাওবদি ঙাইবদা য়াস্রবনি।

'ফিরিঙ্গী হাযবা মিংসি মুৎপা ওইরসনু, ঐনা হার্যাবরসিনি।' মহাক্লা শাউনা হাযখি। 'নগুর্গী নবুং নৌপ্পাশিং হৌজিক্ত লোইনমক 'শবম্রগনি, হাংলম্রগনি।' অদুদগীদি মাগী অশাউবগী ফীবমদুদগী ইখঙ খঙহৈদবা অল্লাব অমনা কৃপশিল্লকখি, মহাক মথন্ত মুকম মুকম শেনখি, 'নুপাদুনা, সুবেদাবঞ্জী! নহাকপু তশেংনমক দিল্লী য়ৌবা ঙমগদ্রনে ?' হায়খিবদু অশেংবা ওইগদৌবিমলে। 'ঘনশ্যাম সিংহদি সহবগী চেকপল মনুংদা চংউ হাযবা তম্ভমদ্রবনি, 'হন্দান খোংমক্তদা ফিরিঙ্গী লাম্মাশিংনা বরৈলি ব্রিগেদতা লান্দাবকপা এওমদুদা শিঙ্রবনি। মহাক্তি মফমসিদা মে থাগী তাবিখ কুহ্লামাথোইদা ঐখোযনা মায পাকপা ঙমখিবশিংদু নিংথৌদা তমজবা ফংজখিদ্রবনি। ফবেদা ঐহাকসু ঐগী ইথৌদি তৌস্রেদনা অদুগা চিনি মতমশিংদুনসু মহবমগী মতমদা ঐগী সববৎ শেম্বগী খুদোং চাদবর্দি থোকহনখিদ্রেদনা। ঐহাকসু মঙ্গলখানগী যুমদুগী নুপামচাদু ৱাবক্কে তৌখিবনি অদুবু অপঙবা মঙ্গলদুনা ঐখোযগী মবঙা লেপ্লদুনা নুপামচাদু মহাক্কী মচাদৌনা যোক্লবনি হাযখিবগী তোকাপাখিবনি। ঐহাক্তি ইসলাম থাজবা মীশক অমত্তনা ইসলাম থাজদবা জাৎকী মীওই অমবু যোকপগী বাফমসি সুকতা তাখিদ্রি, মখোয লোইনমক লাযনা লাইচত্না য়াওস্রসনু।'

মহাক্লা যুমদগী মপান্দা থোকখিব মতমদুদা মমায়দু মকশিনখি অমসুং শাউখি অদুগা মীকৃপখবগীমতুংদামহাক্কীপোকমিন্নদবামনাউনিপাশাইফউল্লাদুনালৈবক্তাথেংজিল্লকপদগী পাটানদুনা মাগী অশাউবা, নীংবা কাযবা পূম্নমক তাইনদুনা ফুবদগী লাউ খোংবগী মখোলসু তাখ।

জাবেদখাননা নুপামচাদুগীমথি দুখ্বাংফাওবা শিংথবগা মাগী শগোলশাজৈ লৌথোক্লদুনা অসুক্কী মতীক শাথীনা ফুবিগ্রে, মনঙ্গন্দগী উনশাদু তশেংনমক মচেৎ-মচেৎ তৎলে। সাইফউল্লাদু নুমিৎ কযানিবোমদি হৌগৎ-কাংখব্রে, অশোকপা মফমদুগী অনাবদুনা লাউ-খোংদুনতা লৈবে অদুবু মঙোন্দা থোম্বিবগী মহুত্তা জাবেদ খাননা নুপামচাদুদা নাহেবা তোক্লবদি অমুক্তা হন্না ফুগনি হাযদুনদুম কিহনবিখি।

জাবেদ শাউবনা অঙাউ অফেগুম্না তৌথিবসি ইমাগী নীংবা কায়নীংঙাই ওইববা পাউখুমদুননি হাযবসিদা ঐহাক্কী চিংনবা লৈতে, অদুগা মহাক্কী অশাউবদু মাগী মনাউনুপাগী মনঙ্গন্দা ওইনা তাইনখিবদুদা ঐহাক মহাকপুদি থাগৎলি। জাবেদনা নুপামচাদু মাগী মপাগী অবোনবা মচা ওইবদুনা যাম্না তুক্কৎচৈ।

নুমিদাংবাইবম অদুমক্তদসু জাবেদনা মাগী তমথীবা মবমচৎতু অমুক্কসু উৎথোকখি। মাগী শগোলদু চনা পীজগ্রা পীজদ্রিববা থিগৎলুবদা কপীযা হায়বী মীনাই নুপীদুনা চানা তকত্রি হাযবা তাবদগী নুপীদুবু কৌবগা কবিগী চনা তকখায়দ্রিবনো হংখি।

'ঐহাক থবক অতৈ অতৈ শূবদা চিন্দুনা লৈকবে,' মহাক্না তমর্জখি।

'নঙ যাম্না চিনব্রা, শিগদবী নঙ চিনব্রা হা?' মহাক্না শাউনা লাউখি অদুগা মাগী শগোল শাজৈদু পাযখৎলদুনা অসুক্কী মতীক কন্না ফুবিগ্রে মদুদি মহাকসি মুশুক মুনা খামলে হাযবা ফাওবা যাবে। মাগী লৈত-লৈত শেংচর্নবা শেগাযববা ফুবিৎতুসু ফদী শাবমখৈ তৎলে। মহাক্তো নুমিৎ কযানিবোম ফমুংদগী হেন্দোর্কখিদে। যুমগী মীওই পুম্নমক্তো জাবেদকী অশাউবদু মথংদা কবি কমদৌবক্কদগে খন্নদুনা অকিবা পোক্লখি, অদুবু ইমাদি নুপীদুগী অমসুং নুপামচাদুগী নাহেবশিংদু তাদুনা লৈবা ঙমখিদে। মহাক্না জেবানদা যাইঙং অতকপা খবা লৌহল্লুবে অদুগা মৈদা শাহল্লগা অশোকপা মফমশিংদুদা থোম্বিবে। মহাক্না নুমিৎ হুম্নি চুপ্পা অনাবশিং অদুনা ফবক্লিবা ফাওবা মখোযগী সেবা তৌবিখি।

নোংমগী নুমিৎ অমদা জাবেদনা ইমাগী মনাক্তা অমুক চঙলকই, ঐখোযদি মাগী মমাংগী অশাউবদু অমুক হন্না উৎথোবক্লগদ্রা হাযদুনা কিনবম্মী। অদুবু মহাক্তি যাম্না থাবা মথথাই নুঙাইতবা মতৌসু মাল্লম্মী, মাগী শাজৎতুগী খবসু ইকাইবকাসু ওইবম্না যাই। মহাক্কী মশা পূম্বদু অনাবা ফাওই হাযদুনা ইমাদা তম্রম্মী অদুগী ফননবা পাম্বৈ মঙোন্দ তাকপিনবসু হাযবম্মী।

'নহাক্না কান্নদবা মীথিবোং মখোয অনীগীদি হীদাক শেম্বী,' মহাক্না হাযখি। 'নহাক ঐহাক্কীসু কবিনো অমা ফাওবা পীবা ঙম্মবোইদ্রা?'

'ঐহাক্লবু নঙোন্দা কবি পীবা ঙমগদৌবিবনোদা?' ইমানা খুমখি। 'ঐসি হাকিম মাইবসু নত্তে। ঐগী মহৌশাগী ফীবমদুগুম্না ওইবম্রবদি নঙগী অনাবদুগী ফননবা কবিনো খবদি খনবা থোক্লমগদবনি। ঐবু হাযযু হাযববদি নঙদি কবিসু তৌদবা মাল্লিদা।'

'ঐহাক হকচাং নুঙাইতে,' জাবেদনা হাযখি। 'ঐহাক মহৌশাগুম্না শগোল তোংবা

ঙমদ্রে। মসি পুম্নমকসি ঐহাক্না অখঙ অহৈশিংগী মবা লৌরুদবদগী ওইখ্রিবনি। 'শগোলশেল নুমিত্তা শা উচেক কাপ্তুনা হাংকনু হায়বদু লৌরুন্দবদগীনি। হৌখিবা শগোলশেল নুমিত্তুদা ঐহাক শা তানবা চৎলুই, অমুবা শজি লাবা অমা উবদুদা নোংমৈনা কাপলুই অদুবু ঐহাক মদু পান্নবা কাপ্প ঙমহৌদ্রে অদুগা মদুগী মহুত্তা মোংফম ফুরা মথক্তা তোংবা অঙৌবা খুনু অমদা ওইনদুম পাল্লুরে। খুনুদু মোংশোং মরক অমদা পাইশিনখিবনি অদুবু ঐনা থিবদদি ফংখিদে, ফংদ্রবসু মদুমদি শোয়দনমক্কী শিরমলগনি। নুমিত্তো ঐহাক কবিগুপ্না অমত্তা ফাবা ফংলকখিদে; অদুগা নুমিদাংবাইরমদা ঐনা যুমদা হল্লকপা মতমদদি ঐহাক ইশাসি পুমচোক চোকথবা ফাওই, অমসুং ঐগী খোঙ-খুৎ নচিংবা কায়াৎশিং অসি শীজিন্নবা ঙমদ্রে। ঐহাক অশিবা অমদৌনা চপ তিংখ্রে। অবদুল রাফসু তাকলুরে অদুগা করি করি থোকখিবগে হায়বদু তারবা মতুংদা মহাক ঐহাকপু উন্নবা লাকখি, য়াম্নসু শাউখি মরমদি ঐহাক্না উচেক্তু কাপলুরে। 'খুনুশিংসে, মহাক্না হায়খি, 'শগোলশেল নুমিৎশিংদা মখোয় মখোয়গী মোংফমদগী অশেংবা নুংশিৎ ফংননবা থোরকপা মীশিংনি।' অদুদগী অবদুল বাফনা ঐবু লায়েংবিরে, কা অমগী মনুংদা মপান্দ থোকহন্দনা থম্বীবে অদুনা ঐহাক ইশাসি ভাব তারক্লিবনি। অদুমকপু ঐগী মায়দা পোমখৎপা সিমদি অসুম লৈরে, শিখিবশিংদুনা ঐঙোন্দা খুৎপাক্না থাখিবা মফম ওইবম্রগনি।'

মহাক্কী মমায়দু তশেংনমক খজিক্তুং পোমখৎপা মাল্লি। অদুমকপু ইমানা নকশিন্না মমুৎতানায়েংবানংদ্রিঁঙৈদা, জাবেদতুলম্বীদাশকলকপাঈশৈগীখোঞ্জেলদাশাউগৎলকলম্মী। মহাক্কী মমায়দু অশাউবা মশক অমদা ওনখিরম্মী অমসুং মহাক্কী শগোল শাজৈদু লৌথোক্লগা যুমদুগী মপান্দা চেনথোকখিরম্মী।

মপাললোমদা য়াম্না নিল খোংবা, লাঙবা তারক্লম্মী, অদুদগীদি ঐখোয়না কনানো অমনা 'অযো ! অয়ো ! ঐবু কনবিয়ু, ঐবু হাৎকদৌরে।' হায়না লাউবা তারম্মী।

ঐখোয় অমগা অমগা ঙক্কুনা য়েংনরম্মী অদুগা খান-বেগম্না হায়রকখি, 'মসি ঙাহাক্কী মমাঙদা মাগী তৌদ্রিদা নুংশি নুংওনগী ঈশৈ খোংদুনা লম্বীসিদা চৎখিবা নুপামচাদু ওইরমগনি। ঐগী নুপাদি য়ুমসিগী মমাংদা কনাগুম্বনা ঈশৈ শকপা থেংনরবদি মহাক্কী মশা পুম্বদু শাজৈনা কনগনি হায়না মাগী শিংবা মপাগী থবায় পন্দুনা ব্রাশকখিবনি।'

'অদুবু মাগী ঈশৈ শকপসিনা করি ফত্তবু তৌরবগেনে ?' ইমানা হংখি।

'ঐদি অমত্তা খঙদে। অদুবু পাঠানগী খুল মনুংদদি কনাগুম্বা অমত্তনা লম্বীদা ঈশৈ শকপা নৎত্রগা যম্ন অমা হেক্তা খোংবা য়াদে। ঈশৈ হায়বসিদি অপান্না মীহৌবা মখল খুদিংমক্কী থোরকফমনি অদুনা মসি থিংঙি।'

'অদুম ওইনমক ঐহাক্তি ঐখোয়গী ঙাকপি শেনবিবা ওইরিবা মহাক্না লম্বীদা অতোপ্পা মীশক অমবু মহাক ঈশৈ শকই নৎত্রগা মহাক্কী তৌদ্রি খোংঙি হায়বগীদমক্তা ফুবিরুনবগী অধিকার লৈতে হায়না খল্লি। জাবেদসিবু মহাক্কী মঙক হাইগৎপসিগীদমক্তা নবাবতা

পাউখুম কবম্না পীগনি হাযবগী অক্কিবকা অমত্তা লৈত্রবা জাৎলা ”

খান-বেগমদু নোকপা হৌবক্লম্মী। ‘নবাব হাযবা?’ মহাক্লা হংলম্মী। ‘কবিনো নঙনা খল্লিবসিবু, মাবিয়ম ? নবাবনবু মসিগীদমক্তা কবিগী তাবিগদৌবিবনো ?’

## ১৭

# কোথিরালীনা কোয়রকখিবা

সেপ্টেম্বর থাগী তারিখ তরাহুমদোইদনি, নোংমাইজিং অমগী অয়ুক্তনি, মতমদুদা য়ুমগী শম ককপা নুপাদুনা পাউ অমা কোথিরালিদগী জাবেদ খান্দা পুবক্লম্মী। 'নখোযগী নন্দোমচানা নঙোন্দা যাইফ পাউজেল পীবকই অদুগা নহাক্কী ননাক্তসু হযেং লাক্কে হায়নসু হায়বকই।' মসিদা জাবেদ খাননা মাগী পাউখুমসু পীখি, 'মসিসু ইন্দোমচাগী য়ুম্মনি, মহাক লাক্পদুনা য়ুমসিদা মহাক্না লৈবগী ফজবদো উৎপিকলাউ।' অসিগুম্বা মখলগী পাউশিংসিদি থোইদোক হেন্দোক্না ব্যবহার লৈবা মওংদা শেম শাইনে।

মথংগী অয়ুক্তা কোথিরালিদু মাগী মিযানাদা মনাইশিংনা শেন্নবদুনা লাকখি। ঐখোযসু মঙকপু অমুক হন্না উবদা নুঙাইজখি মবমদি মহাক্তি মতম পুন্নমক্তা অসুক্কী মতীক মকপ মপাংদৌনা তৌই।

'হৌজাক্ত মাবিযম, ঐহাক নখোযবু ঐগা লোয়নন মতম খবা লৈমিন্নসি হায়দুনা হায়বা লাক্লবনি। ঐহাক্তি নখোযনা কামবানগী ময়ুমদা মতম কযামা কুইনা লৈকবদুদা কল্লকপনা লৈইবে। জাবেদ নহাকসু ঐহাক্না মখোযবু ঐগীদা চৎমিন্নখিবদা অয়েৎপা পীবোইনেকো?'

'মখোযাসিদা সুম লৈবা নৎত্রগা নহাক্কা চৎমিন্নখিবা হায়বাসি ঐঙোন্দদি চপ মাইনে।' জাবেদ খানদুনা মবেংজুম শুপকৎলদুনা হায়বম্মী।

'মদুনা কাবগী?' কোথিরালিনা মবৌ লৈনা হংখি। 'ঐনা খনবদদি নহাক্তি মখোযনা নঙগী য়ুমগী মখাদা লৈবা নৎত্রবদি নথথাই নুঙাইতে, নৎত্রনে?'

'চুম্ববুদি চুম্বা, অদুবু মদুদা অফববু কবি লৈবিবগে?' মহাক্না হায়খি। 'ঐগী অপাম্বদি নুপীমচাসিবু ঐগী ওইজবদুনি।'

ফবেনে, মহাকাসি হৌজিক্তি নঙগী নখুত্তা লৈববনি, নৎত্রনে মহাকপু?' কোথিরালিনা হায়খি।

'ঐগী ইবাইবকাসিদ ......, নহাক্না ঐবু অমুক শাউহল্লেদো।' জাবেদনা হায়বম্মী। 'মহাক্না ঐগী য়ুমসিদা লৈবাসিগী রা ওইববদি মহাকসি ঐগী ইখুৎ চল্লবনি অদুবু মদুনা কাবিবু ওইবা যাবিবগেনে?' মাগী মমাসিগী যৈথোকপসি নৎলমদ্রগনি ঐহাক্না মহাকপু

ঙসিমক লুহোংলব্রগদবনি। কবিগুম্বদনা মাগী য়া থন্নগদবা মবুং মৌপ্পা লৈবিবদৌনা 'ঐগী ইবুং ইপ্পাশিং তান্নদ্রি,' হায়নি। কবিগুম্বা অমদনা 'দিল্লীগী লানসি লোইদ্রিবা ফাওবা ঙাইসি' হাযনি। অদুবু মদুনা লোইত্রবসু ঐখোয়গুম্বা মীওইদদি কবিবু খেন্নবা লৈগদগে। ফিরিঙ্গীশিংনা লান মায় পাক্কনি হাযনা থনবসি অপঙবগী বানি। মখোয তবাবোম অমা ঐখোযগী লাম্মী অমনা তান্নবদা মথথ্বাই হিংনবা চেন্নখিবদু ঐহাক উহৌদবদৌনা ... ।'

'মদুসু ওইবম্বা যাই, অদুবু মতম পূম্নমক্তা মদুগুম্না তৌখিবদি নত্তে,' কোথিরালিনা হায়খি।

'ঐনা ঙকলিবদি কবিগীনো মখোযদা নঙগী মিনুংশি পোক্লিবদুবু, ইন্দোমচা ?'

'ফবেনে, মখোযসি মতম পূম্নমক্তা ঐঙোন্দদি যাম্না ফৈ,' মহাক্না খুমখি। 'ঐগী ইপুবোইবদু মাগী যেক্লবশিংনা হাৎত্রবা মতমদুদা, কলেক্তব মাননিনে ঐগী যুমদা ঐগা লোযননা অরা অনা খাঙবা লাকখিবদু, অদুগা মহাক্কুনানি ঐখোয়গী লৌবুক লৌফমশিংবু ঐখোযদগী মুন্দুনা লৌহনখিদবদুসু। মদু মতম কুইনবগী মমাঙগী রানি হাযববুদি চুম্মী। অদুবু ঐনা মখোযগা ফত্তনবা থন্নবগা মবম্বু অমত্তা লৈত্তেনে। পূম্নমকসি ওইজত্রবসু, নঙ নশানা অচুম্বান হাযনা খঞ্জবিবা, ঐনা হাযবদি, লালহৌবগী মবমদু ঐনা খুগাযগে হায়না খল্লে হাযর্নদি খনগনু।'

'লালহৌবগী মবম হাযবা ! কবিগীনোনে নঙনা মতম পূম্নমক্তা মাসবু লালহৌবগী মবম হাযদুনা হার্যাববসিবু ইন্দোমচা !' জাবেদ খান্দু যাম্না লৈতাদবা মাল্লে। 'কনাগী মাযোক্তা লালহৌববশিংনো ? মাতেপশিংগী মাযোক্তা। মখোযশিংসিবু লমদমসিদগী তাম্বোকলোইদত্রনে ? মখোযগা লাম্থেংনবা হাযবসি লালহৌবা নত্তে, অদুবু তশেংনমক্কী ওইবগদবা থবকনি।'

'মদুসু ওইবা যাই, মদুম তৌবদুনা মবাল লৈজদ্রবা নুপীশিং অমসুং অঙাংশিংবু হাৎপিবা যাওদ্রবদি। অদুবু ফিরিঙ্গীশিং অসিনা মতৌ কবম্না দিল্লীবু কোযশিন্দুনা থম্রিবনো হাযবসি যেংউ।'

'ওক্কে ইন্দোমচা !' য়া মখা তাবনুসি নৎত্রবদি নহাক্না ঐগী অশাউবা হায়বা ফত্তবদু পোকহল্লগনি। ঐখোয থৌদোকশিংগী মবমদা ভাবনা শাদুনা হাযনবনুসি। দিল্লীসি অদুমক লৈবি, অদুগা বহাদুব শাহনা নিংথৌ ওইবি।'

'অমা অমবু ওইববসু, ঐনা হাযগদবদি নহাক্না মাবিযমগী রাফমদু য়াউ অদুগা দিল্লীবু কোয়শিন্দুনা থম্রিবসিবু থাদোকপা ঙাইযু। চেকশিল্লু জাবেদ, নুপীমচাসিদা নঙগী লমচৎ শাজৎ চেকশিল্লু।'

'কানপুবগী নুপীমচা লৈশাবী অমগী মবমদা থুদম অমা ওইনা তাববা মতুংসিদদি

ঐহাক্না মদুম্না তৌবা তাবনি হাযবসিদা চিংর্নানিঙাই লৈত্রবনি ।'

'হায ! নুপীমচাদুদি কনানোনে ?'

'জেনেবেলগী মচানুপীনি । চহী কুন শুববা ফাওবদা অদুম ফর্জাবিবী লৈশাবীনি । মহাকসিবু নানা সাহেবকী ঙাকশেনবা ওইবিবা জমাদাব নবসিংহনা মাগী নুপী ওইজগে হাযদুনা মীযাম হাংখিবা মতমদুদা কনজখিবনি । মাগী বাখলদুসু ঐনা খল্লিবসিগুম্না যাম্না পূকচেল চাউনা লৈজবনি অদুবু অতোপ্পা জেবান্দাব খান কৌবা ওফিসাব অমনা নুমিদাং অমদা জমাদাবগী যুমদগী হূবান্দুনা পুবিখি অদুগা মহাকপু তমথীনা ওৎপিখি, মহাক্না অদুম তৌকবদুনা নুপীমচাদুগী মশাদা মহাক্কী মর্জাতিগী লৈর্জাববা চাউথোকচবা অমসুং তুক্কৎচবা হাযবা পুম্নমকতু হৌগৎহনখি । মতম খর্বাদি মতাক্না মাগী অনীংবা ব্বাখলশিংদুকবিসু ফোংদো ক্বনা লোৎশিন্দুনাথম্লকখি অদুগা নোংমগী অহিংদদি জেবেন্দাবনা তূম্লিঙৈদা মোন মখাদগী থাঙশাংদু শত্তোক্লগা মাগা মথবা কুপা থিনজিল্লম্মী, মফমদুদগী চৎগ্রগা গুহা, মনুংদা মথক্তা চোংথদুনা শিজখি । মসিবু মখোইনা লৈবগী ব্বা নত্রবনে, ইন্দোমচা ? ঐঙোন্দা যেংদ্রবসু ঐঙোন্দা মখুং থিল্লদুনা চত্যবদ্রা', 'ঐদি মবু মমগদা ফাওবা মায়পুননা য়েংদ্রিবনি, ঐবু থাজবিয়ুনে ।'

'অহা, নঙসি, ইকাইথীবা নুপানিনে !' কোথিবালিনা ফাগা চেই ।

ঙাইহাক তূমিন্না লৈনে অদুগা তুংদা কোথিবালিনা হাযবর্কাখি, 'মখোয ঐগা চৎপা যাইকো, জাবেদ মখোয চৎপা যাবোইদ্রনে ? নহাক ঙসি ময়ুর্কসিদি ইশাউদা শাউবগা মওংদা লৈদা ।'

'হোয, হোয, মখোযসি নঙনা পুখো,' মহাক্না মখোল শেংফাহনা শোল্লম্মী । 'মখোযনা নঙগা লৈবদবু হেয়া নুঙাইজববদি, মখোয নঙ্গগা চৎখিবা যাবেদা ।'

কোথিবালিনা ঐখোযবু মিযানা অমত্তদা ফম্মিন্নবদুনা মাগী মযুমদা পুবিবে । ঐহাক্কু যুমদুবু ফুবা দলান্নি তশেংনা হাযনি, মবর্মদি মসিদি যাম্না চাউববা চেক্লা শাবা, চঙফম থোঙ ব্বাংনা ফাংপা অমসুং মাঙ্গোন পাক চাউনা লৈবা যুমনি । থোঙ্গাল ওইবিবদুগী মথক্কুনা মিংশেলনা মথক কুপ্পা কাশিংগী পবেং অমসু লৈখি । মফমশিংদুদা নুপাশিংগী পোৎথাফম তূম্ফম কাশিং ওইনৈ, অদুগা নুপীশিংগী কাশিংনা মখাথংবা থাক্তা ওইনৈ অদুনা ঈংসু ঈংঙি অমসুং মবাঙ কায়নসু পাক চাউই ।

মাগী ইমুং মনুংদা লৈবিবসি কোথিবালিনে, মাগী মচানুপী অমা অমসুং মচানিপা অনীনে, মমৌনুপী অমনে, মযানুপা অমা অমসুং মশাং থীবা ঙমদ্রবা মগুশিংনি । কোথিবালিসি জিলাদুদা লম যাম্না লৈবা নুপা অমগী লুখ্রাবী ওইহৌববী নুপীনি অমসুং ঐখোয়গা মহাক্কা খঙনবা মতমদুদা মহাক চহি নিফুবোম শুবদ্রগনি । মহাক ব্বাং

চাউই মশমসু মমিংসু মুশুক মুই, মচীন চাউই, মযাশিংদুনা কৃপ্পি অদুবু হীদাকমনা অমসুং কা চামনবদগী মুশিল্লে। মহাক্কী মখুৎ অনিমক্তা শিবিবা লুপাগী খূজিশিং অমসুং য়েংকী খুনাউবীদা শিবিবা অচম্বা লুপাগী খূদোপ্তু নত্তনা অইতে লৈতেং শিদে। মহাক্কী মমায়দু মতম পুম্নমক্তা হবাউ মকালামই অদুগা মহাক মথৌনাসু যাম্না লৈ। মহাক্তি মহাক্কী কাংলুপকী অইতে মীযামশিংদগী ইকাইখুম্নবা ফংঙি, মখোয মখোযগী অবা অনা তাববা মতমদা মহাক্তা লাক্কুনা ৱা তান্নবে।

ইমাদি মাগী ইমুং মনুংদুনা যাম্না চার্নবি, অচানবী অমা ওইহল্লে অদুগা অনিতকা ঐগবুনা খবা হন্থবগসু অদুমক চার্নবি। কোথিরালিনা ঐখোয়বু কা হেন্নাচেকশিন্না য়েংশিনবি। মহাক্না কাবশুম্বা মতমদা হায 'মখোযসি কযাদা ঈং-তপস্লবা নুপীমচাশিংনো। মখোযাদি কাবশুম্বদসু খবেম খাঙদুনা মতম মাঙহন্দেনেসে।'

'কাবিগীনো নুপীমচাশিংসিগী মনাশিং অমসুং মনাতোনশিংসি হুৎপিদ্রবসিদি?' মহাক্না ইমাদা হংখি।

'মখোযগী শিবিনব এগী কাবসু লৈতবাসিদবু কাবিবু কান্নকদৌবনোদা,' ইমানা খুমখি।

ঐখোয়গী নাশিংদি হাংনা হুৎত্রবনি অদুনা ঐদি নাতোন হুংকে হাযবক্তবদুদা নুঙাইনা ফাওবদ্দা।

'নহাক্না ভাবেদনা হাযবকপা যাবদদনা নচানুপীবু লুহোংনবা পীথোকখিদবসিগীদমক ঐহাক নুঙাই,' কোথিরালিনা হায়খি। 'মহাকসি ঐগী ইচানুপী ওইবস্লবসু ঐহাকসু শুকয যাবস্লোই। ভাবেদসিদ যাম্না থাজকবা যাদবা মীশক্লি।'

'মসিদি যাম্না চান্নদবা লুহোংবগী বাফম ওইগনিদা,' ইমানা হাযখি। 'ঐগী মবাইবক খাওবা ইপুবোইবদুনা মাগী মচানুপীসিবু পাসান অমনা মাগী অনিশুবী নুপী অতোপ্পী ওইগে হাযবক্তানি হাযবসিদ ভাবনা, ৱাখলনা লাপ্পা ফংবা ঙম্নমলোই।'

কোথিরালিগী মচানুপা অহল, বাঙ্জই উল্লা খানদু ঐখোযনা ৱাবী-ৱাতায শান্নবিঙেদা চঙলক্লম্মী অদুগা থমথবক্লম্মি। মহাকসি চঙী কুনমঙাদমক শুবিবা, কোবানবু চীনফা এং এং থীবা ওম্না, মতম নাইনা লাযনীং লাইশোন পাঙথোকচাববা হাফিজ নহা অমনি। অনকপগী লাইনীং লাইশোনফম 'মসজিদ' তা লাইনীং লাইশোন তৌবনবা মীযাম্পু কৌবিবা মীশক্লি। মহাকসি কুচু ফজে, মযায ওইনা ৱাংঙি, লমচৎ শাজত্তা ঈঙ তপ্পি অমসুং ইকাই খুম্ননীংঙাই ওই। মানা তোযনা লৈফম ওইবিবদি হোজং মযাদা লৈবিবা বাঙ্গলোদুদনি, মদুদা মহাক্না লাইবিক পাদুনা মতম লেপ্লি নংত্রগা শত্রং শান্নে। মশান্নসি হৌজিক্তি মীযাম্না যাম্না পাম্নবম্বদু অযাম্বা হুম্বক্লে। মহাক্তু মাগী মকপ কাদুখান কৌবা মশক য়াম্না ফজবা নহা অমা মহাক্নসু কোথিৱালিদা ইন্দোমচা হায়না মিঙ্গৌবা অমগা লোযননা চঙলকখিবনি। ঐহাক মহাকপু লালা বামাঙমলগী মযুমদগী ঐখোযবু নমদুনা থোকহল্লকখিবা

খুৎপুদুগী মবক্তগী অমনি হায়বা খঙঙি। মহাকতো য়ু থকপদগী ওইবা অনাবা অমনা নাবকখি অদুনা রাজিহউল্লাসু কোথিরালিনা পাংশিল্লদুনা ইমাদা মহাক্কীদমক্তা হীদাক অমত্তং তাকপিনবা হায়বম্মী।

'ঐহাক্তি ডাক্তর ওইবসু নত্তে,' ইমানা হায়খি অনাবা মচা মশুগীদি, অবায়বগীদি লায়েংবা মঙম্মী অদুবু নুপামচা অসিবুদি ঐনা য়েংবা ঙম্লি হায়বসিদি ঐ চিংনৈকো।'

'নত্তে, মাগীদমক কবিগুল্লা খবদং হোংনবিবদা যাবিদবা তৌবিগনু,' রাজিহউল্লানা হায়রৈ। 'মহাক তশেংনমক অকি অথং খঙদবা নুপানি, অদুম ওইনমক মহাকসি মায় পাকপগী মিংচত্তি ফংবা ঙমজদ্রি।'

'মবাইবক থীববসিবু ফাগি তৌবিনু,' কোথিরালিনা হায়। 'মহাকসি হান্নদগী মপৃং ফানা মথথায় নুঙাইতনা উববনি।'

'নত্তেদা, ঐহাক মহাক্কী অফবা থবকশিংগী মতাংদা ইন্দোমচাদা হান্না তমগে, মাগী ফীবম ফগৎনবা কবিগুল্লা খবা পীবদুনা কোন্না পীগে পীবসনু।'

কাদুখান্দু হান্নদগী হেন্না মথরাই নুঙাইতনা উবে অমসুং মাগী ফজববা মমায়দু তৌফম খঙদদুনা লুকথদুনা লৈগ্রে।

অহৌবদগী হায়ববদা ইন্দোমচা মসিগী ভদ্রলোগ সিননি নব্বাব কাদর আলিদা খষ্টানশিংগী ফুমফম মোংফমশিংদগী লনথুম তৌথোক্কুনা লৌথোকসি শোয়দনমক্কী মফমশিংদুদা ফুল্লমগনি হায়না হৌদোক্রুবিবসি।'

কাদুখানদু হঙ্গৎনা য়েংখৎলক্রম্মী অদুগা হায়বক্রম্মী, 'ঐহাকপু অদুম হায়না থাজহনখিবনি। মসিগী রাফমসি অন্নম্বা লমহুইদুনা মসিমসু হায়বম্মী মর্দুদি ফিবিক্কী অমা শিববদা পৈশাগী বোবা খাউ অনীদি মহাক্তা লোয়নননা ফুম্মি।'

'অদুনদি ভশেংনমক মহাক চুমসু চুমদবা রাবীদুদা থাজকরবেনে অদুগা মখোয়গী শক্বাশিংতৌথোক্কুনালৌথোক্রুবেনৎত্রা' ঐখোয়দাতম্মুনে,নঙবুকবিলনথুমফংলক্রবগে।'

'ঐখোয় নুমিদাংদা তৌবা হৌই,' কাদুখাননা রাবীসি মামক্কা হেক্তা লীবনা ফর্বানি খল্লদুনা হায়বক্রম্মী। 'নুমিৎ অদো থা থোকপা নুমিদাংনি। মফমদুদা ঐখোয় অহুমনি লৈবিবসু। ঐহাক্তা মোংফম মনুংদা কুমথবগা হকথেংনবা মমল য়াম্বা পোৎ মখৈ পুখৎলক্কে হায়না চোংথোক্রম্মী।' ঐগী মকপশিংদুগা পাউ ফাওনবা ঙম্নবা ঐখোয়না উচুক অমা লৈবাক মথক্তা যুংশিল্লম্মী, মদুদা থৌবী অমনা কিশিল্লম্মী অদুগা মসিগী মতেংনা ঐহাক মখাদা কুমথবম্মী, অদুবু খন্দুনা য়েংউ, ঐহাক কয়াম কিবমগদবনো হায়বদু - অকনবা লৈবাক মথক্তদি তাদ্রদনা ঐহাক্তি অতিয়াগা লৈবাক্কী মবক্তা য়ান্দুনা লৈখি। ঐহাক তৌফম খঙদ্রদুনা কনবিনবা হায়দুনা কন্না লাউবম্মী। ঐগী মকপশিংদুসু ঐবু

চিংখৎপিবগী মহুত্তা ফিবিঙ্গী ভূতশিংনা তান্নবক্লবনি হায়নদুম খল্লদুনা খুদক্কুদা হোৎতুনা চেন্নখিবম্মী, ঐবুনা মোংফমদুদা থবাক থবাক য়ালহন্দুনা অদুম হুন্দোকপীবম্মী।'

'নঙগী হেক মতীক চাবা থৌদোকনি,' রাজিহউল্লানা শোল্লম্মী। 'নহাক কবম হায়না থেক্লকপগে হায়বদু ঐখোয়দা লীবোদনা।'

'ঐহাক থৌবীদুদা য়ান্দুনা অদুম লৈবম্মী অদুদগীদি ঐসু ঙম্বমখৈ কন্না হোৎনদুনা ইশাসি মোংফমগী মপান্দুদা ইনখৎচবম্মী। হৌজিক্তি ঐহাকসু ঐগী থৌনা ফববা মকপশিংগী মতৌ তমদুনা চেন্নবা হোৎনবম্মী অদুবু ঐনা মদুম তৌবগে হায়দুনা হেক হৌগৎলকপদা ঐগী খ্বাঙদা য়াম্না কন্না, য়াম্না নাবমখৈ কোনশিনবা অমা ইশাদা ফাউবম্মী অমসুং অমুক্কসু তুশিল্লম্মী। ঐহাক কিমনগ্রদুনা তঙ্খায় অমা শিববা হায়বদুমক ওইববনি, অদুবু ঐনা অবোযবী থাদুনা অমুক্কা মাঙলোমদা চেল্লম্মী, মতমসিদদি উগী উচৃকতুসু ফুক্কৎলক্লম্মী অদুনা ঐহাক মতম অমুক মাঙহনবা তৌবমদনা চেল্লম্মী। ইন্দোমচা, মদুগী মফমদুদি ফিবিঙ্গী ভূত প্রেতনা পীকথন্না লৈবা মফমনি।'

'কযাদা পঙজত্রবা নুপানো নঙসিংবো।' রাজিহউল্লানা মশাদা যাম্না নুঙাইজবা অমগা লোযননা হায়বম্মী। 'মীনদি ফজত্রবা নকোক্কুদা বুদ্ধি লৈবমগনি হায়না খল্লমগনিদো। কাদু, উচৃক্কা যুংশিল্লিবদু নঙগী খ্বাঙদা যেৎপা খ্বাঙচেত্তুদনিনে। মদুননি নঙবু মোংফমদা য়ান্দুনা লৈহল্লিবদু, অদুগা নঙনা চেল্লগে হোৎনবা মতমদুদা অমুক্কা চিংথবিবদুসু। নঙনা উচৃক্ক ফুক্লবা মতমদুদনি নঙগী খ্বাঙদা ফাজিল্লিস্নদুনা কোমথোবক্লিবদো।'

কোথিবালীসু ঐখোয পৃন্নমকসু কাদুখানগী তৌফম খঙদবদুদা থব্রায তানা নোক্লম্মী।

'মদু নঙ্ভোন্দদি পাবা অমা ওইবগদবনি,' কোথিবালীনা হায়বম্মী, 'মীওইবা পৃন্নমকসি শিবগী মতম লাক্লবদি অমগা অমগা খেন্নবা লৈতনা চপ মান্নে। নঙসু শিববা মতমদা কনাগুম্বা অমনা নঙগী মোংফমদা লনথুম থিবিবনি হায়দুনা নঙগী হকচাংদুবু হোংদোক হোংজিন তৌবা যানিংগদ্রনে'' লনথুম হাযবদু মমলবুদি যাম্নীনে। অদুবু নিংথৌশিং ফাওবা মখোযনা শিববা মতমদুদদি কবিমত্তা পুদনা মখুত্তু ইহাঙ হাঙনা চৎখিবা ভাক্তনি। অঙাং অমনা তাইবঙসিদা পোক্লকপা মতমদা মখুত্তু খুদুম চেংনা পাযশিল্লদুনা লাকখিবনি অদুবু শিবগী মতমদদি মখুৎ অদুমক ইতিং তিংনা, খুবাম তিংনা লৈখি। ঐখোয় তাইবঙসিদা কবিসু পুবগা লাক্লখিদে অদুগা কবিসু পুবগা হনখিবোই।'

মতাংসিব্রাইদা কাদুখানগী মমা অমসুং মচননুপীসু ঐখোয়গী ইবক্তা যাওববে অমসুং মখুৎ লোন্নবদুনা ইমাদা নহাদুগীদমক্তা কবিগুম্বা খবদি মতেং পাংবিনবা হায়জবম্মী।

মখোযদি ইমাগী অনাবা ফহনবা ঙম্বগী শক্তিশিংদা কাহেন্না থাজজবা অমা লৈম্রে। মহাক্না কাদুদা হাযাবখিবা হাযবদু সুপ্নতংগী কাকশীব চা খব খবদং পৃং তকক খুদিংগী থক্লবা, অদুগা অশিনবা অমসুং অশাবা চাঙ্গাক চাদনবা অমদি অযুক খুদিংগী যুবী

অনৌবা মচেৎ খবা শাযদুনা চাবা লোযননা মঙীসু থক্লবা হাযখিবা অসিখক্তনি। কাদুখান্দু ইচম চম্বা হীদার্কশিং অসি চাদুনা হোৎনজবম্মী অদুগা ঐখোযনা তাবদদি মহাক মশাদু তশেংনমক ফগৎখি হাযর্বসিনি।

# দিল্লীনা মায়থীরকপা

ঐখোযনা মাঙ্গোন্দা কোথিরালিগা লোযননা ফমদুনা লৈরিবৈ ওদা নুপা মযাম ফম্লিবা মথংগী কা মনুংদুদা চবাংনবা অমা তাবক্লম্মী। জাবেদ খানদু শগোল তোংদুনা লাকখিবদা ঙাইরিবনি অদুগা সর্ফবাজ খানগী মনাকোংদা লোয়্না কবিগুম্বা খবা তম্লম্মী। সর্ফবাজদু খুদক্কুদা চৌগৎলগা লাক্লম্মী অদুগা কোথিরালিগী মনাকোংদা কবিনো খবসু লোয়্না হায়খিবম্মী। মহাক্না হেক চৎথোকখিবগা কোথিরালিনা ইমাদা মায ওনশিল্লকখি অদুগা হায়খি, 'ফবে মাবিয়ম, দিল্লীসি ফিরিঙ্গীশিংনা লৌখ্রে। চৌজিক্তি কবি কবম্বা অচৌবা অহোংবা লাকপা যাবা ... ।'

ঐখোযগী থম্মোয়শিংসু পাউসি তাবদা খঙতৌদনা চোংনবকখি, ঐখোযগী মিওগী পিরাংশিং শিন্থবকখি মবম্দি বৃটিশনা লাল গুম্না হাযবগা অর্থদি ঐখোযবু ফা পুন্দনা অমদি মীাঙান্দা নপচ তাংজদুনা হিংলিবা মওংসিদগী থাদোকপা ওইগদৌরিবান, অদুম ওইনমক দিল্লীদি শাহজাহানপুবদগী যাম্না থাপত্রে অদনা ঐখোয ঐখোযগী পূর্ব্বাংগী অনীংবশিং অদুদি কবিমত্তা ফোংদোক্লখিদে।

মদুগী মতু তা ইমানা কোথিরালিগী মখুত্তু পাযবগা হাযবম্মী, 'পাঠানী নহাকসু মসিদগীদি ঈংনা তপ্না তিংব হাযবদু ওইবসনু।'

'জাবেদখানদু চৌজিক্তিপীশকপাকাশংগা উবগান, উবোইদ্রনেমহাকপো।' কোথিরালিনা চবাউ তযাম্বগা লোয়ননা হায়খি। তশেং তশেংনা উবদসু পাউদুনা নুপী মহাকপুদি হাবম অমা নৎপ্রগা অমদা কবসু শোক্লোই, মাদ মীওই অমা অনাদংগা মবী লৈনজবনি মীওই কাণ্ডলুপশিংগাদ মবা থম্নদে। অদুমকপু 'নপা মহৎক্তি রানা যাবগী মবম অফবা লৈ। ফিরিঙ্গীশিংনা সহবসিদসু যাম্না চাউনা লমন খমগদবা লৈবরনি।

মথংগী নুমিৎতদি নুপাশিংনা মতম শাংনা রাবী বাতাই শানবদুনা খন্নবম্মী। খবনা সওব থাদোক্লনা চেনখ্রসি হাযনবম্মী, ২৫ অমনদি কাব যৌদোক থোবকপগে হাযবদু ঙাইদুনা যেংখিসিসু হাযনবম্মী।

সর্ফবাজ খান্নদি হায, 'দিল্লীসি ফিরিঙ্গী লাম্মীগী মখুত্তা তাক্সবসু ঐখোযগীসিগুম্বা অপীাকপা সহবসিদাদ অমুক হয়া মখোযনা লৌশিনবদা মতম যাম্না কুইনা চণ্ডখিগনি। ঐখোয়গী লাম্মীশিংসু দিল্লীদগী তাম্লোবক্লবা ফাওবদা অতোপ্লা মকওইবা লক্ষ্মৌ গুম্বা মযমদা অমুক ঙাক্লনা লৈখিগনি অদুনা শাহজাহানপুবদা ফিরিঙ্গী লাম্মী অমা উবা হাযবসি থা কযামকমগী মতুংদতা ওইবক্লনি। হাথু হাথুনা চেনগে খনগনু, অদুবু তোয, লাম্মীশিংনা শোযদনা লমন খুন্নক্লনি হাযবগা মক ওইবা মবম লৈবা নখোযনদি খঙদে।'

জাবেদনসু খুম্মি, 'অচুম্বনি, যাম্না চুম্বা রানি ভাই! ঐহাক্ত কিবা যাবা কবিগুম্বা

থবক অমত্তা তৌখিদে। ঐহাকপু তৌখিব্রনে ? অবদুল বাফগুম্বা ফিবিঙ্গীশিংগী মখাদা থবক তৌবম্বা মখোয়না অমুক সিপাইশিংগী মীচং চঙদুনা মতেং পাংলুবা মখোয়শিংদুবুদি থৌবী য়াম্দুনা হাংপা শোযদ্রবনি। ঐগীদমক্তদি ঐদি ফিবিঙ্গীশিংগী মবল কবিসু চাকদে। ফত্তবা খুদোংচাদবা থোবক্রবসু ঐদি নেপাল য়ৌনা শগোল তোংদুনা চেনখিগনি নৎত্রগসু থালিযব লাম্লীদা য়াওশিনখিগনি।'

সর্কবাজনা অমুক্কসু হায়বকই, 'হোযনে, নঙবুদি অদুম্না তৌনি হায়বা ঐ খঙদি। অদুবু কিনিংঙাই মবম সুকলৈসু লৈতনা কবিগী সহব থাদোক্লনা চৎকদৌবিবনো ?'

হাফিজউল্লানা হায়বকই, 'ঐহাক দিল্লীদগী হন্নবকপা ঐখোযগী মীওইশিং খবা উবে। মখোয নানথোবকপা মবাইবক ফববনি। মখোযদু শেগায়ববা ফুবিৎ অমসুং খোংগ্রাউ হাফপেণ্টখক্তংগা লাক্লখি।'

'মখোযনা দিল্লীদা লান শোক্লবগী মতাংদদি কবিমত্তা হায়দ্রা ?' সর্কবাজখান্না হংখি।'

'মখোযনা ঐঙোন্দা তম্বদদি, অতোঙবা মফম পবেংদা কোম তৌবদুনা লৈবিবা অংগ্রেজশিং অদুনদি ঐখোয়গী লাম্লীশিংবুদি কবিসু ওইনা খনবিদবা জাংনিদা। ঐখোযগী লাম্লীশিংনসু মপান্দা কোযশিন্দুনা লৈবিবা মখোযদা কযাবক হন্না লান্দাবনি অদুগা সহবদুদা মখোযনা লান্দাবক্রিঙৈগী নুমিৎ খবনিগী মমাংদা ঐখোযগী লাম্লীশিংনা লান্দাকবদা, মথৌনা লৈবা থবক কযা পাঙথোকচববসু মখোযবু থিংখি অদুগা লাম্লী লোইনমক অমত্তা খাক্তনা হাংখি। ফিবিঙ্গীশিংগীসু মী যাম্না শিখি অদুবু লানঙম্বদুনা মখোয়দদি অচৌবা থাজবা অমা পীগ্রে। মখোযগী লান্দাবা কাঙবুশিংনা চেকপল মনাক যৌবক্রবা, অদুগা কাশ্মীবি গেট কাপখায়দুনা হাংদোকগ্রবা মতমদুদা মখোযগী লুচিংবা নিকালসেইন হাযবদুনা মাগী সঙ্গীন মতোন্দা কমাল থেংনদুনা অতোঙবা মফম অমদা লেপুনা মখুং হায়খিবদু উখি। নোংমৈ মবা অমনা পানবদগী মহাক ভুথখি। অদুবু মাগী মীয়ামদুনা সঙ্গীন হাপ্লবা নোংমৈ পাযবদুনা সহবগী মনুংদা চঙনবকখি অদুদগীদি দিল্লীসি ফিবিঙ্গীগী মখুত্তা অমুক হন্না তাগ্রে।'

'অদুগা নিংথৌদি কমদৌগ্রবা ?' সর্কবাজনা হংঙি। 'মহাক বন্দি অমা হাযবদু ওইগ্রেদনা, অদুগা মাগা চেনমিগ্নবা মচাশিংদি কাপ্পুনা হাংগ্রে।'

'অদুগা লালহৌবশিংগীনা ফীবমসি ওইহৌববা,' সর্কবাজখান্না ব্রাখল নুংয়ৌনা খল্লগা শোনখি। 'দিল্লী সহবসিদ লৈবাং কযাগী লৈকোল অমগুম লৈজবম্বনি অদুগা হৌজিক্লা মবোল মবাল তাক্লবা লৈবাক হাযবদু ওইবেদো, শকখঙদবদু ঐগী মকপতি নত্তে, অমবোমদসু অমুক ঐগীদি মকপ অমত্তা লৈজদে .... ।'

'পুক্লিং তয়াং তশোইববা, কবিতাগুম্বা ভাঙ-শক্লক্কনুনা সর্কবাজ,' জাবেদ খাননা হৈনদনা হায়বম্মী 'ঐগী ইয়ুমদা লৈজবা মীওই খববু হাৎকনি হায়দুনা লাকখিবা মীশক অদুবু কনানো ?'

'মদুবুদি ঐননা,' সর্কবাজনা হায়খি। 'অদুবু ঐনা কনা অমবু হাৎগ্রবগেনে ?'

## ১১

## পর্দা মরুমদা

তৌজিক্তি নীংথমথা ওইরে, অদুম ওইনমক অঙাংবা নুংশিৎমক্তি শিংপা হৌরক্লে। ইমানা ঐখোয়গী মৈ চাকখ্রবা যুমদুদগী কনজবক্লনা পুবকখিবা মহাক্কী সনা লুপা হাপ্লা উপুদুদগী লুপাগী চামচ অনৌখক যোংদুনক্লে অদুগা পৈশাদুনা অঙাংবা খাঙনলবা কান্থ হিরাশিং অমসুং ঊনখ্রা হ্যেন্দলশিং হবা লৈবদা মীজিল্লবে।

দিল্লীনা মাযথোকখিবগী পাউদু তেক ওবদগী ঐখোয়গী মিৎয়েং অমসুং খাখলনাচংবদা অহাংবা অমা লাকখি। দ্রটিশশিংনা শাহজাহানপুর অমুক হন্না লৌশিল্লগদবা মতমদুগী মরমদা থাইদুনা থম্দুনাদা লৈনখি। ইসিগী অথাদ ঐখোয়দ ফাজিন্দুনা থম্লগী মতম লোইখ্রগনি, কোথবালি অমসু কম্মলনা অমাদ মাগী ইমু, মনুংগী মীশিংনা ঐখোয়বু নুংশিনা খাম্বীবসু মদুগী শীংদমদুদা ঐখোয় অদুম্মক লেবা য়াগদবা নত্রে, ঐখোয়না থাল্লবাদি ইমাগা অমসু পাবুংগা ইমুং মনুংগী মীওইশিংগা অমুক হন্না পুং লৈমিন্নবা মংবদুনা অদুগা চাংলমখায়া ঐবু লুহোংদুনা লৈগনি হায়বগী খৌবাংদুসু কায়ঙনরগনি। দ্রটিশ সৎকারনা অমুক হন্না শাহ ইন্ডিয়ানা পামলুবগী ঐখোয়গা নুংগা ওইবা বাফমসিদ সপ্পংগী লমাইগী ওইবা নাযমাগ। চৌথবা ওং খল্লসদা নাবম মচাগা লৈপাক্কী মথাও পেংলবা ববা লৈনখিবদু ঐখোযসু মমৎ চাগা খঙলগ। অদুগা মাবম মচাগী লৈপাক পৌবৎহৈসু নাকল অনীমক্কী মসমদা নুংঙাইদবসু অসুমক লৈগদৌরিবানি, অদুমকপু তৌডক চৈংদক্লা ওইনা ঐখোয়দ ৎ বম মচাগা লৈপাক অমুক হন্ডিয়ানবা পাম্লম্মী। মদুনা ঐখোয়গা পাংথাক সি হিংবা নংগ্রগা শিবা হাযবদু লেপকদৌরিবনি।

অদুম ওইনমক নৃত্যশা সেপাইশি, লাকপগী হদমাদ অমও ইদ্র। মখোয় থেঙলবসু ঙল্লবসু শোমদনমক্কা থুংলবগনি হায়বগীন চিংনানংগুই লৈব্রবনি অদুমকপু ঐখোয়দি হীবমসিদা কাবমও ডাখন শরুদে, অইওম মফমাশংদা কবি কবি থোক্লিবগে হাযবগী খঙনীগুলুবগা খৌবাংবদুসু উৎথোক্লবসু যাদ্রি। কোথবালিগী মীনুংশিদুগী মবমাদ ঐখোয় চিংনানগুই কাবমও লৈদ্রে অদুবু ঐখোয জাবেদ খনবুদি কিবি, কনানা খঙবা মাগী মাযথীবা অমসুং নীংবা কাযবদুগী ঐখোযদা অশোক অপন পীবকপসু মযাবি।

নোংমগী নুমিত্তা যুমগী বাইশিং রাইশেংবী নুপীদু নাবদুনা অতোপ্পা নুপীমচা লৈশাবী অমা মাগী থবকশিংদু তৌবিননা থাবকখি। নৌনা লাকপী নুপীমচাদুনা ঐখোযবু উবা

মক্তদা শক খঙঙ্গে, অদুনা ভাব তানবগী মিংযেং অমা মহাক অমসুং ইমাগী মবক্তা ফাওনখি। ঐহাকসু মহাকপু মুলিয়া কৌই হাযবা নীংশিংলক্লে অদুগা মহাকসিদি ঐনা অঙাং ওইবিঁঙৈদা ঐগা হেক হেক শান্নখিবী নুপী মচাদুগী মচেনি।

খোঙহামফম সি ঐখোযগীদি অবোল অথূপকী মফম অমনি অদুনা মুলিয়ানা পর্দা খনবা ফক্লাংগী মকমদা হেক চঙখিবগা ইমানা মাগী মতুং ইন্নবম্মী।

'ইন্দোমচা, নহাক অমুক ৱাকবগী দবকাব লৈত্রে' মুলিয়ানা তৃমিন্না হায়বম্মী। 'দিল্লী অমুক হন্না লৌশিল্লে, নখোয নশাগী মীশিংনা ঐখোযগী ইবক্তা অমুক লৈববনি অদুগা ঐনা হাযগে নীংবদি মসির্নি মদুদি নঙগী নৌপ্পাদু ভবতপুবদ শোয় ঙাম্মদনা লৈবে। নঙনা মঙোন্দা পাউ থাগে নীংলবদি মথুবাদা লমকোযবা চংকদবা নুপা অমদি লৈবে, মহাক্লা নহাকী চিঠি শোয়দনা পুবিখিগনি।'

মহাক্লা শকখঙ মাযখঙনজবা অমসুং থাজবসু য়াবা মীওই অমা থেংনববদা নুঙাইবনা থুমহৎলদুনা ইমানা পাউ পুবিগদবা নুপাদুগী মতেং লৌবদু যাবে।

'অদুবু ঐদি কবিদা চিঠি ইগনি ?' মহাক্লা হংখি।

'ৱাকনু' মুলিযানা হার্যখি। 'হয়েং ঐহাক চেগা পেন্সিলগা পুবক্লে। ঐগা অসিদা অমুক উন্নসি।'

অসিগুম্বা লাইবক ফববা উন্নবা অসিগীদমক্তা ঐখোযনা পূক্লীংগী ইহুল অমত্তা থোকহন্দে অমবোমদসু কনামত্তনা ঐখোযগী শাজৎতা মহৌশাগীগুম্বা নত্তবা অমত্তসু থেংনখিদে। ঐখোযনসু অনিত নৎত্রগা অবোক ফাওবা মসির্গী মবমদা তাক্তে মবমদি ঐখোযগী আশাশিংসি কার্যখিবসু যাই হায়না কিবদর্গানি।

মথংগী অযুক্তা হায়বম্বা ৱাঃম্মগা চপ চান্নানা মুলিযাদু অমুক্কা লাকই অদুগা পর্দা খনবা ফক্লাং মকমদা ইমাবু ঙাইদুনা লৈখি। মহাক্লা চে মচেৎ অমা অমসুং পেন্সিল মতেক অমা পুবকই, মদুদা ইমানা ৱাহৈশিং অসি ইবম্মীঃ 'ঐহাক, কথ, অনিত অমসুং ইমাসু হিংলি অদুগা যাইফবি অমসুং মফর্মসিদা লোত্তুনা লৈবি। ঐখোযবু লৌথোক্লবা নঙনা হেক ঙম্বমখৈ হোৎনবকউ।'

মহাক্লা চেঙ্গেৎতু মুলিযাদা পীবম্মী, মহাক্লসু মদু মাগী ফুর্বিৎ ফিগা মনুংদা হাপচির্নখিবম্মী। মুলিযাদু অদুদগীদি তৃমিন্না চংখ, ঐখোয়বুনা মকা ফোংবদি যাদবা হবাউ নুঙাইবগী ফীবম অমদা থম্বীবম্লে ।

জানুৱাবি থাগী অঙনবর্দান, অদুগা ঐখোয়সু কোথিৱালীগা লোয়ননা থা অহুম হেন্না লৈমিন্নবক্লবনি। ঐখোযগী থোইদোক হেন্দোকপা অপাম্বা কবিসু লৈবা নত্তে অদুমকপু ঐখোয়বুদি যাম্না নুংশিনা অমসুং চেকশিন্না লোযনবিবক্লি। ঐখোয়বু জাবেদ খানগী মযুমদা অমুক হন্নবগী ৱাফম হৌদোক্লবকপদা ঐখোয যাম্না নীংবা কাযনখি। মহাক মশামক লাক্লগা কোথিৱালিদা ঐখোয়বু চৎহন্নবা হার্যখি। মহাক হৌজিক ফাওবা

ইমাবু থেম্রগা ঐহাক্কা লুহোংবগী রাফম য়াহনবা ঙমগনি হায়না থাজবম্বনসু ওইবম্বা য়াই। বৃটিশনা দিল্লী লৌশিনখিবা মতুং থাদি কয়া হৌঙ্গ্রে অদুবু মখোযনা শাহজাহানপুরদা লাক্নুনা থুংলবগী খুদম অমত্তসু উবা ফংদ্রি।

খান-বেগমদু ঐখোয়না হল্লকপদুদা তশেংবমক্কী হবাউদে অমসুং মঙোন্দা কল্লক খম্বনবগী রাখল অদুম পোক্লি। মহাক অমসুং জাবেদকী মবক্তা চীন্দা পাউদানদুনা খংনবম্রগনি মবমদি ঐখোয়না থুংলুবগী মথং অয়ুক্তুদা মহাক্না মাগী নুপীদা শাউনা হায়খিবা তাখি, 'ঐহাক নহাক্না তোয়না তোযনা মঁবে মবাং থাংনা খংনবা হৌবসি তুক্কৎচবে।' মানসু মঙোন্দা রা খবা খুমখি, মদুগী মতুংদা জাবেদকী শাঁজেনা কনবগী মখোয় তাখি, অদুদগীদি অমুক কুইনা তুমিন্না লৈর্নখি।

মহাক কনাগুম্বা অমত্তদা রা-লান ঙাঙলমদনা য়ুমদগী মপান্দা চৎখি অদুগা সৃম্লগী নুমিদাংদা চাক্লেন চাবা ওইনা হল্লকখি। মহাক্না খান-বেগমদা মাগী চানবদি লৈবত্রা হংখি।

মহাক্না খুমখি, 'লৈতে, ঐহাক লামসু লামদে।'

'অদু ওইববদি নহাক ফম্মু অদুগা চাও,' মহাক্না হায়খি, 'অদুগা নঙগী নাপলশিংদু অমুক মখা শাংথবক্কনুকো।' নুপা মহার্কাস যাম্না শাউবি হাযবা মহাক খঙঙি অদুগা মাগী শাঁজেসু চানিংদে অদুনা নুপা মানা হাযবকপদুদি মহাকসু যাবে, অদুম ওইনমক মহাক্কো কোঁথরালিনা ঐখোযবু অমুক্কা হন্না লৌবা লার্কাত্রবা ফাওবা রা ঙাঙনদনা, তিন্নবা যাদনা লৈখি।

২০

## বীচপুরিগী লানফম

ঐখোয়না হৌজিক লৈবিবসি শক ১৮৫৮ গী এপ্রিল থাগী থাযায চল্লকপা মতম্মি। কালেছ্বা চঙলকপগী অশাবা নুংশিংনাপুবকপা উফুলগী নুংশিং নোংলৈনা কোথিরালিগী মাঙ্গোলদা শিংলি। কোম্বোংরাংমদা হৌবিবা গোলমোহোব পাম্বীদুগী অঙাংবা মপানশিংদুনা মৈবি হৌবগুমলি, অদুগা হৈনৌ পাম্বীশিংসু মপাল মযাম শাবদুনা মহৈ যাম্না পাল্লগনি তাক্লি। জাবেদ খাননা কোথিরালিগী যুমদা লাকপসু হন্দক্তি তোযখৎলক্লি অদুগা মহাক অমসুং কোথিরালিগী মবক্তা লোন্না তৃমিন্না রাবা কযাসু শান্নবি। বৃটিশশিংনা শহাজহানপুবদা লাকপা থেক্লেবদি ঐখোযসি মখোয়গী তুংগী পোবমদা কবি কবম্না খন্নবমগদগে হাযবসু ঐখোয় কবিমত্তা খঙবা ঙমদ্রি।

নোংমগী নুমিত্তদি কোথিরালিগী যুমদা ঐখোযনা অমুক্তা উখিদ্রিবা শকখঙদবা নুপা অমা লাকখি। মাগী মমিং ফাইজউল্লা কৌই অদুগা মহাক্সু কোথিরালিদা মবী থোক্লদ্রবসু ইন্দোমচা হাযনা অদুম কৌই। মহাক্তু মশাবু যম্মা চাউনা খঙ্গবা নহানি, অদুনা মহাক্তা থাদোক্লম্লগা লাকপদা ঙাযবিবা মফম ফতেগডদা মানা থেংনবকপশিংগী মবমদা মচা খাযনা তম্মি।

'অদুনদি, নহাক বীচপুবিগী লানফমদা যাউকবেনে ?' কোথিরালিনা হংখিবনি।

'হোয, ইন্দোমচা,' মানা খুমখি, 'মদু অচৌবা লানফম অমনি। ঐখোয ফিবিঙ্গীশিংগা খুৎকা খুৎকা লানথেংনবনি, অদুগা ঐখোযগী পান্থোমশিংগী মপাঙ্গল কযা যাম্না কনবগে হাযবদু মখোযদা খঙহনবিগ্রবনি। ঐহাক্লা মপৈ অমা হাৎপনি অদুগা মকোক মযাম'মা পবেং লেংলগা নবাবত্তা খুদোল ওইনা কৎনবা ঐনা পুবকপনিনে।'

'নঙসে কযাদা নচীন থীগ্রবা ?' কোথিরালিনা হংখি।

'লাই সাক্ষী, অচুম্বনিনে ইন্দোমচা।'

'নঙগুম্না নযাং কংত্রিক কংবা নুপানবু কোক মযামদুবু কবম্না পুগদৌবিবা হা?'

'কবিগী, ঐনা মখোযশিংদু ঐগী শগোল শাবন্দা যানশিল্লে অদুগা যুমদা মাযপাক্লা হল্লকপনিদনা।'

'অদুগা কনানা লানদুনা খ্বাইদগী শাথীনা শোকখি ?'

'কবিনো, মীবমমচাশিংদুনিদনা, তশেংবনিতেইন্দোমচা ঐখোয়না মখোযবু লোয়নমক হাৎপনিনে,' অসি হাযবদুনা মাগী মখুবাক যেৎথংবদুনা ওইথংবা খুবাক্কী মথক খেৎনা যানখিবগী মতৌবু উংলি।

'অশেংবনিকো ?' কোথিরালিনা হংখি।

'মফমদুদা নুপা হাযবদু অমা ফাওবা লেমহৌদ্রবনিনে ইন্দোমচা, অদুনা মখোযনা কবি তৌখি খঙলব্রা ? মখোযনা মখোযগী নুপীশিংবু ঐখোযগা লান শোক্লনবা থাদোকখি।'

'মসিদি হেন্না হেন্নদুম ঙকশিল্লকইনে,' কোথিব্রালিনা হায। 'নঙসি নতৌ নগুন্দি লৈবা নুপামচানি হৈ, ফাইজউল্লা — নঙগী মঙদ্রঙসিসু অঙকপনিদা ! ঐখোযদা তম্মু, মখোয়গী নুপীশিংদুদি কবি মাল্লি হা ?'

'উম মখোয়দুদি নুপী ওইববসু চাউদি চাউমল্লি। মখোয় খবা অমদি মকোয় মবাংসু হাপ্লি। খদাং কোই অমসুং নাতোন শুমাঙগী কোই হাপ্লা যাউই। অদুমকপু মখোয খুদিংমক অকৌবা স্কর্ট অমমম শেংলি অদুগা মমাঙথংবদা কোম্বাক অমমমসু যাল্লি।' (ঐহাক খুদক্তুদা ভাব তাবকই ফাইজউল্লানা শক তাক্লিবসিদি স্কোট বেজিমেণ্ট ওফ হাইলেন্দবসকী লাম্নীবুনি) 'অদুক্কী মতীক অকিবগী মশক ওইবী নুপীশিংনি, ঐনা হাযবিবসি চুম্লবনিকো। ঐদি নুপীদদি খুৎ থাদে অদুনা তুক্কৎচবদুনা ঐহাক ঐখোযগী লানবন্দু থাদেক্লেমলগা লাক্লিবনি।'

'নঙনা তৌবিবদু অচুম্বনি,' কোথিব্রালিনা হায়খি। অদুবু নহাক্লা ফংলকপা ফিরিঙ্গী মকোকশিংদুদগী অমখক্তুংদি যেংহনগেবা ?'

'ঐহাক্লা হেন্না নুঙাইজবগদবনি, ইন্দোমচা, অদুবু ঐবু থাজবিয়ু ঐদি পবেং অপুম্বদু নবাবতা খুদোল তৌথোকব্রে।'

ফাইজউল্লানা লানঙম্রবা লাম্নীশিংগী মবক্তদি লৈভদনা মযুমদা লৈববগী নৈনববা মতুংদা ঐখোযনা খঙলে মদুদি মখোযশিং অসি ফতেগডগী লানফমদা বৃটিশশিংনা মাযথীবা পীখ্রবনি অদুনা শাহজাহানপুবদা লাক্কদবা কুইদ্রে হাযবসি খঙখি। ঐখোযনা নীংনাবিবসিগী তংতাবা অমা খঙবা ঙমখিবদি সর্ফবাজ খাননা মীকৃপতুদা থুংলববদুনি, অদুগা ফাইজউল্লাদা তুক্কৎচনা যেংলগা হায়খি, 'অদুনদি, থৌনা ফববা লাম্নীসিনা মানা কর্কখিবা ফিবিঙ্গী মকোক মযামদুগী ব্রাবী নখোয়দা লীবিবা ওইবিনিনে। নিজাম আলি খানগী মকোক্তি কনানা কর্কখিবগে হাযবদু ঐখোযদা মহাক্লা তাকপা ঙমগদ্রা ?'

পাউসিনা অচৌবা চবাঙনবা অমদি থোকগল্লে অদুনা কোথিব্রালিনা ঙক্লা হাযবম্মী, 'নিজাম আলি হাংখ্রে হাযবা ! নঙগীদু ফাগিদি নত্তেকো !'

নিজাম আলিসি নবাবকী খ্বাইদগী মমল য়ামজববা ফম্লাইবনি, ইঙবা, তপ্লা অমসুং মীয়াম্না য়াম্না ইকাই খুম্নজবা মীশকনি। ঐখোযসু মতম অমদা মাগী ইংখোলদা ব্রায়দুনা লৈজবম্বনি অদুগা মহাক্তি লমচৎ ফজবা অমসুং মকপ মপাং ওইবা মীওই অমা ওইনা লৌই।

'অদুবু ঐগীসি ফাগিদি নত্তে,' সর্ফবাজনা হায়খি। 'ঐহাক্লা হায়বির্বাসদি অঙাং চীনথিবা অসিনা চবেং চবেং ঙাঙলিবসিদগী হেন্না চুম্লবা ব্রাফর্মনি। নিজাম আলিগী ইমুংদা অশিবগী কপ্ল-লাউনহৌই, অদুগা মচানুপা অনীমকসু শোক্লে, অমনা মকোক্তা অদুগা মচানুপা অতোপ্পদুনা মখোঙদা।'

ফাইজউল্লাদু মাগী মীনম্বদু খণ্ডব্রবদুদা তৌফম খণ্ডদ্রদুনা মক লুকথদুনা লৈমায়দা য়েংদুনা লৈবম্মী অদুগা মাগী নোংমৈগী মবীদুদা তোয়না শান্নবগ্না মখুৎশিংদুসু হৌজিক্তি লেওওৎতনা তূমিন্না লৈখিবম্মী।

'নবাবনানিজামআলিগীমখাদাঅচৌবালাম্মীখুৎপুঅমাফিবিঙ্গীশিংবুগঙ্গালানশিল্লকপা থিংঙ্গু হায়বা য়াথং পীবদুনা থাবম্মী। অদুবু মখোয়শিং অদুদি যাম্না তপমল্লে অমসুং খুদোংচাদবা য়াম্না থেংনখ্রে, অদুনা য়েক্লবশিংনা হায়না নিজাম আলিনা মখোয়বু উদ্রিদ্রৈঙদা অনীবক শুনদুম লানথোকখ্রে। ফিবিঙ্গী লাম্মীনা মখোয়গী পোৎথাফম মফমদু হেক য়ৌবগা মখোয়না অবাল্লদা উফুল মপৈ অমা কাবকপা উবম্মী। মখোয়গী মাওজীন থাবা লাঞ্জাবশিংনা পাউ পীবকই মদুদি নবাবকী লাম্মীশিংনা মখোয়বোমদা চওশিল্লকলি অদুনা শগোল লাম্মীশিংবু খুদক্তা শগোল তোংখৎনবা অমসুং লানগীদমক্তা শেম শাননবা য়াথং পীখিবম্মী। মখোয়না নবাবকী লাম্মীশিংবু শেমশাবা নংদ্রিদ্রৈঙদা হায়া লান্দাবম্মী অদুগা তোপ মচাশিংনা মতাই মতাইদগী কাপখায়বম্মী। খওহৌদনা লান্দাবকপদুদা ভুকশ্রদুনা ঐখোয়গী লাম্মীশিংগী আশা কায়হনখি, পূক্কীং হলহনখি। মখোয়দু অকিবা পোক্লবদুনা মচোই মচোই তাখি অমসুং কায়দুনা চেন্নখি।'

'অদুগা নিজাম আলিনা কমদৌগ্রবা?' কোথিরালিনা ঙাইওমদনা হংখি।

'মহাক্লা মাগী মীশিংদু পুল্লপ তাশিন্নবা অদুগা মওং খবদা ঙাকথোক্লবা অবোইবী থাদুনা হোৎনখি, অদুবু মাগী হোৎনজবা পূম্না অবেম্না ওইখি। মহাক্লা মাগী মীশিংদু তাশিন খোমজিন্দুনা পূন্না লান ঙাকমিন্নবা ঙমখিদ্রে। মাগী নোংমৈ তোপ মচা পায়বশিংসু কাপচবা ঙমজখিদ্রে, মবমদি লান্দাবক্লিবা লাম্মীশিংদুদি লম্পাক্কী নাকল অমদগী অতোপ্পা নাকল অমদু ফাওবা শীনবা থুংনা চেন চোংদুনা লৈনখ্রে। অসিগুম্বা ইজ্জৎ মাঙবাসিনা হিংনীংদ্রদুনা নিজাম আলিদু শগোলদগী কুমথবে, অদুগা মাগী মনাইদা মহাকপু মহাক মশামক্কী থাওনা কক্কুনা হাৎলু হায়বম্মী। অদুবু মনাইদুদি যাদ্রে। অদুদগীদি নিজাম আলিদু ঙাউনা ফৈনা চেনখিদুনা মকোক্ত তোপকী মচীন্দা থিংজিল্লে অদুগা নোংমৈ কাপকদবা মখোয়দা মৈখেৎ খেৎলগা মৈনা চুদুনা মাবু মচেৎ মচেৎ তানা কাপখায়বো হায়বম্মী। মদুদসু তোপ শেন্নবদুনা যাবিবক্রে। লাইবক থীবেদো নিজাম আলিদো' মহাক মশামক্লা মশাবু থাঙনা থিনজিনজবগে থৌবাংলিঙৈ মতমদুদা ফিবিঙ্গী শগোল লাম্মী ময়াম্না লোক্কী অকনবা ইচেলগুম লাউ খোংদুনা থুংলখিবম্মী। ডি কান্টজোগী শগোল তোংবা লাম্মী অমনা মাবু মশক খওাখবম্মী — নিজাম আলিগী ময়ামগা মান্নদবা তোপ-তোপ্পা শকফমদুদা শোয়নীঙাইসু লৈতে, অদুনা মমায হন্না লৈশিল্লক্রদুনা অমদি শগোল খূকপ থানা থৌবক্লদুনা মঙোন্দা লান্দাবম্মী অমসুং মাগী তা না মহাকপু লৈবাক তাইননা যুংলম্মী। অসুম তৌনা অবদুল বাফখানদগীসু হেন্না পুকচেল চেৎলবা, লমচৎ নাইবা অদুগা নবাবকী অথোইবা মনাই ওইবা নুপা অমগী মপুন্সি লোমখি। নিজাম আলিনা চৎখ্রবদা নবাবকী সবকাবসি অতোপ্পা চযোল অমগা য়ৌনা পানখিগনি

হাযবাস ঐহাক্তি থাজবা ঙমদে ।'

'ঐহাক মহাক্কী মবাইবক্কী মবমদা তাবদা তশেংনা নুঙাইতে,' কোথিব্রালিনা নুংশাম্বব শাংনা হোল্লদুনা হায়খি । 'অদুবু মহাক্কী মচানিপাশিংনা কমদৌগ্রবা ?' নহাক্না মখোয অনীদি শোক্কে হায়খিবদাই ।'

'মখোযসু মখোযগী পুকচেল চাউববা মপাদুগা লোযননা শিজবল্লবসু মফগদবান । মখোযসি কাযদুনা চেন্নবদুদা যাউকবে অমসুং অসিদা লৈবিবা ঐগী মকপ ফাইজউল্লাগী মতৌ তমদুনা লানফমদুদগী মখোযগী শগোলনা হেক ঙম্নমখৈ যাঙনা চেল্লিবা অদুগুম্না চেল্লকখি । মখোযগী মবাইবক্কু খুত্তুম্না শুজবদুনা নুপা হনুবীদৌনা মবাইবক থিবকপদুদা লাউ-খোংলদুনা লৈহৈবদু থনম্লগা ঐহাক লাকপদা ঙাইবির্বাসনি ।'

'নহাকসে পাউ অকবা পুগনবা মীনিহে,' কোথিব্রালনা হায । 'ঐহাক্না খাল্লবাসনা লান্দ্রগাদি ফিবিঙ্গী লাম্মাশিং মফমসিদা থুনা য়ৌবক্লগনি । মতমদুদা ঐখোযবু কাব ওইগনি ।'

'মখোয লম্বী অসোম্মদা লাক্লে হাযবসি শোযদ্রবনি,' সর্ফনাজনা হাযখি । 'সহব অসি অমুক হন্না লৌশিনত্রগনি হাযবসিদা কবিসু চংনানিঙাই লৈতে । ঐখোয ইশাশিংবু কবন্না কনঙাসিগে হাযর্বস খন্দবা যাদ্রে মবমদি দিল্লীদা তৌখিবগুম্না মখোযনা সহবসিদসু মথক মখা ওনখোক্কুনা থি হুম্বগী যাথং পীবা শোযনবনি । মসি হৌখিক্কি চংনদ্রি অমা ওইবক্লবনি ।'

'অল্লানাকনবিসনু' কোথিবালীনাহাযঙবম্মী, 'ঐহোযপম্মক হৌসিগানিমদা বাইবল্মসিদা ঐগী যুমদা পন্না উন্নাস অদুগা ঐখোযগী হুলোংহংবা যেংঙলনগা মবমদা থম্মাসি । মতম অমত্তা মাঙহনবা যাদ্রে, মবমদি হযেংগা লুমিঙদ মিংবক্না লাপ্পানা লমদমসিদা য়ৌবক্লগনি অদুগা হংচিংনা সহবসিদা শোযদনা চঙলক্কনি ।'

অসুম তৌনা কোথিব্রালি হাযবী, লালহৈগা মাহাং মীপুন কাল্লহৈ মতমশিংদনা যুমদা ইংনা তপ্পা মিপাইদনা লৈজবম্বী মহাক্কু হৌজিংঙ মহাক্ক লুচিংবা অমা ওইবগা মগুনশিং উংথোকক্লে । মহাক্না ঙাউত্রবা, হাযন তান্নবা যাদ্রবা নুপাশিংদুবু অহাং মচাশিংদা তৌবগুম থৌদাবক্লে অদুগা মযাম পুনশিনমিন্নবগা মওং অমা শাগংলকলে, মাসমক নংত্রগাদি মযাম মবক্তুদা তৌফম খঙনদ্রদুনা মপাইবা পোক্লবমগদবান ।

অন্নাংথংবা মায়কৈবোমদা চেল্লসি হায়বর্সিনি। মবমসিনা তাবিখ কুনমাপলগী অয়ুক নোংঙানগদবা যাম্না ম্নাংলিঁঙেদগী হৌনা দোলাইশিং অদুমী পীক পীক থন্না তোংখৎনবক্নে।

ঐখোয়সু দোলাই অমদা তোংবা ফংগদ্রা খল্লুবনি, অদুবু পূম্নমক্কু পীক পীক থনগ্রদুনা অহাঙবা অমত্তা লৈহৌদ্রে।

জাবেদ খাননা লাক্লগা ঐখোযদা হায়বম্মী, 'মাবিযম নখোয়দি ডাক্তবগী ষণগাডিসিদা তোংবনা ফর্বনি। নখোয় মসিদনা হেন্না নুঙাইবগনি।'

অতোম্না খঞ্জবা যাবা পাম্বৈসু লৈবমদে, অদুনা ঐখোয মবিমক অবোকনে, ইমানে, অনিত অমসুং ঐহাক ইশানে ষণগাডি মনুংদা তোংলে। ঐখোযগী মনাক্তুদনা ডাক্তবগী নুপী, মহাক্কী মচীন মনাউশিংগী নুপীশি, অমসুং অঙাংশিংসু তোংলে। ঐখোযগী কাঙবুদ্ খূদক্তা খোঙশানবা হৌবে, শগোল তোংবা নুপাশিংনা মমাঙ থাগৎলে অদুগা দোলাই পুবশিংনা মখোঙ যাঙনা থাংলদুনা মতুংদা চেল্লি, ঐখোযগী ষণ গাডিসু তুং ইথং থংবদুদা মখোল হৌনা লূম্না তপ্না চৎলি।

পূং অনীবোমগী মতুংদা ঐখোয শাহজহানপুবদগী মাইল নীপাললোম চৎলগা লৈবা ইন্দবখা কৌবা খুঙ্গংদু যৌবে। নুম্মিৎসু কাখৎলমলে, অদুগা ঐখোয়না ঐখোযগী গাডিগী মথং কৃপ্লিবা ফিদু হাইগৎলুবা মতমদদি ঐখোযখক্তা লৈবম্বদু উবকপদা ঐখোয ঙক্লাখ মবর্মদি দোলাইশিং অমসুং শগোল তোংবশিং পূম্নমক অমত্তা মশক উবা ফংখিদ্রে। ঐখোয়গী গাডি থৌবিবদুনা লম্বী অকোইবা খন্দুনা চৎলব্রা কবিনো ঐখোয থাপ্না মনীংদা লৈহৌবে। অদুগা ঐখোযনা লৈকবিবসিসু শকখঙদবা খুঙ্গং অমদা ঐখোযগা শকখঙনদবা খোংচবু অমগনি।

ডাক্তবদুনদি ঐখোয়না পোৎথাবা য়াগদবা অহাঙবা যুম কোয়হং হংদুনা থিবি অদুবু অহাঙবদি অমত্তা ফংবা লৈত্রে। খুলদুগী মীওইশিংদুসু ঐখোযগী অন্না অনাদুদা কবিসু নাচুংদে অদুনা ঐখোযবুসু খুঙ্গংদুদা লৈবা যাবোই হাযবম্মী। অদুমকপু ডাক্তবদুদা হেন্না থৌনা লৈবক্লম্মী অমসুং মখোযশিংদুদা ঐখোযসি অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু ঐখোযবু মফম চানা লৈহনবা হাযবসি মখোযগী তৌদ্রবা যাদ্রবা মথৌনি হাযবদু ভাব তাহর্নাখ। অকোনবদদি মখোযনা মঙোন্দা হাযবম্মী, 'খুলসিদদি তশেংনমক অহাঙবা যুম অমত্তা লৈত্রে, অদুবু মখোয়না তৌবা যাবা অমখক্তংদি লৈবি, খুল অসিগী খা থংবা চিদাইদা অচৌবা খোংনাংবট পাম্বীদুগী মাযোক্লবদা অনৌবা যুম অমা শাগৎলিবনি। মদু লোইবমক্তি লোইশিন্দ্রিবনি অদুবু লৈনবদি যাবগনি। মতম খবদংগী ওইর্নাদি মদু নখোযনা শীজিন্নবা যাগনি।' মসিদগীদি ঐখোয়সু হবাউনবদুনা

ষণগাডিদগী কূমথনবে, অদুগা লৈবং তাবা কাশিংনা পবেং লৈবা, মমাং থংবদনা শুমাঙ অমা লৈবা অমসুং ইকোয কোয়না চেকপল খাজিনবা মফমদুদা চঙনবে।

ঐখোযসি অমবোমদদি ডাক্তব অমসুং মাগী নুপীগী অর্তিথিশিং হায়বদু ওইববনি অদুনা মখোযনা ঐখোযবু যাম্না লুনা চান্না লোয়নবি। মহাক বাঙ্গালী মুসলমাননি অদুগা শাহজহানপুব লাম্নীদা যাওবম্বনি অদুমকপু ১৮৫৭ কী জুন থাগী অহানবদা লাম্নীশিংদুনা বৈবেলি থাদোক্তুনা চংখিবদগীদি মবীদুসু কক্লখ্রে। সহবদুদা যুম অমা বাযবগা মহাক্লা অনাবা লাযেংবদা লাইবক ফবদগী মহাক্কী শিনফমদুদা মায় পাক্তুনা চাওখৎলক্লম্মী।

ডাক্তবদুগী মনাউনুপীশিংদু লৈবঙ শেম্বা শাবদা মথৌ চিঃবম্মী। মখোয়গী মবক্তগী অমনা মদুদা মৈ থাগৎলগা মৈথক্তা হব্রাইগী চফু অমা থাঙ্গৎলম্মী অদুগা অতোপ্পশিংদুনা যাম তেৎলদুনা তলশিং হৌবম্মী।

নুমিদাংব্রাইবমদু মী খ্দিংমক্লা চাবা থকপা তোক্লত্রবগী মতুংদা, ডাক্তবদু চঙলক্লম্মী অদুগা ফম্লম্মী অমসুং যাম্না লৈবাক মচা তাবা ব্রাহৈ ব্রাতাদা, ইমাদা মহাক কনানো অমসুং মহাক্কী ফীভম্না কবি ওইবিবনো হাযবর্নাচিংবদু মঙোন্দা তম্লবা হায়বম্মী। ইমানসু ঐখোয়গী ব্রাবীদু মঙোন্দা তাহল্লম্মা, মদুদগীদি মহাক্লা ঐখোযবু অমুক্কা হেন্না পুংশ চান্নলা লোযনখি।

'নহাক্লা খনব্রা ?' ইমানা হংখিবনি, 'বৃটিশকী লৈঙাক অমুক হন্না হল্লকখিগনি হাযবা ?'

'ঐহাক যাম্না তুং কোইবগী ব্রাদি খঙদে,' মহাক্লা খুমখি, 'অদুবু মখোযগী লৈঙাকসিদি শোযদনমক্কী অমুক হল্লকখিগনি। অদুবু ঐনা হাযগে তৌবম্বদি, হৌজিক্তি নখোয ঐখোযগীদা লৈবিবনি, ঐনা খনবদা নখোয নে তানা লৈগনি অমসুং অনীংবা অপাম্বা পূম্বদু ঐঙোন্দা তম্মক্কনি হাযনা থাজবি। হৌজিক্তি ঐখোয় হি অমত্তদা তোংমিন্নবা হাযবদু ওইবি অদুনা ঐখোয় অমগা অমগা হেক ঙম্বমখে মতেং পাংনসি।'

ইমাদু মহাক্কী থৌজালগী ব্রাহৈশিংদুদা নুঙাইজবম্মী অমসুং ঐখোযনসু মহাক্কা লোয়ননা অহিঙদুমা অমসুং মথংগী নুমিত্তুমসু লৈমিন্নবম্মী। নুমিৎ তাত্রবা মতুং কাইনথংদা খোংনাংবট পাম্বীদা তোংদুনা লাঙলম্বা উচেকশিংনা অমদি জীব পূম্বনা তমিন্না লৈনত্রবদা ডাক্তবদুনা ইমাদা লাক্তুনা হাযবম্মী, 'জাবেদ খান লাক্লি অমসুং মহাক্লা নহাক্কা ব্রাবী

শান্ননীংঙি ।'

'কবিগীনো মহাক্লা লাক্লিবদি ?' ইমানা হায়খিবনি । 'মহাক ঐখোয়গা কবি থবক অমুক লৈবিবগে ?'

'মহাক নহাক্কা উন্ননবগীদমক যান্না খৌবাংহৌই ?' ডাক্তবদুনা হাযখি । 'মহাক্তি মফমসিদা চঙলকপা যাদে, অদুনা নহাক মহাক্কা থোঙ মযাদা ব্লাবী শান্নক ।'

ইমাসু জাবেদখানগা উন্নকনবা থোকখি অদুগা ঐহাক্লা খঙনীংমনগ্রদুনা, মাগী মতুং ইন্নখি অদুগা চেকপলগী মকমদা লেপখি ।

'মাবিযম,' জাবেদনা হায়খি, 'ফিবিঙ্গীশিংনা শাহজহানপুব অমুক হন্না লৌশিনখ্রে হাযনা তমগে হাযদুনা ঐহাক লাকপনি । নহাক তশেংনমক্কী মখোযগী মনাক্তা চংলোই, অদুমকপু নখোযনা ঐঙোন্দগী ফংখিবা গুাকপি শেনবিবদুদি কাউগনু ।'

'ঐহাক মদু শুক্কাউ কাউবোই,' ইমানা হাযখি । 'ঐখোয়দা চগুজফম পীবিখিবগীদমক্তা নহাকপু ঐহাক্লা থাগৎচবি । অদুগা কোথিব্রালি অমদি কমবান্না ঐখোয়দা থৌজানবিখি বশিংদুসু ঐহাক্লা শুক্কাউ কাউববোই ।'

'ঐহাক ব্লাফম অমখক্তংদি হাযজনীংঙ,' জাবেদনা তৌফম খঙদ্রদুনা মখোঙ ওযদা অমুক যেত্তা অমুক চেপথবদুনা হাযবকখি ।

'হোযনে, কবিনো মদুবো ?' ইমানা হংখি ।

'নচানুপীগা লুহোংনবগী ব্লাফম হাযবা যাবা মতমদুসু হেনখ্রে হাযব' ঐসু খঙঙি,' মহাক্লা হায়খি । মদুগী মবমদা কবিমত্ত' প'ঙথোকপ' যাদ্রে, থেঙমল্লে । অদুমকপু ঐহাক্লা চৎত্রিঙৈদা মহাকপু উন্নজনবা অযাবা নহাক্লা পীবিগদ্রা ?'

'মদুনা কবি অফববু ওইগদৌবিবনো ?' ইমানা হাযবা হৌবক্লম্মী, অদুবু খঙদবা থৌইনশিন অমদগী ঐহাক অঙানবদা চংথোক্লম্মী অদুগা জাবেদ খানগী মমাংমক্তদা লেপ্লম্মী ।

মহাক মীকূপ খবদং ঐঙোন্দা মিংচাননা যেংলম্মী অদুগা অহানবা ওইনা ঐহাকসু মাগী মমিংত্তুদগী মিংফম হোংলমদে, অদুদগীদি মোমোনফাও নোকলমদা, ব্লাহি অমা ফাওবা হাযবমদা মহাক মমায লৈথোকখি অদুগা শগোল তোংখৎখি অমসুং অহিঙগী অমম্বদুদা শগোল থৌদুনা চৎখি ।

## ২২

# অয়োইবা *খোঙচৎ

মথংগী অয়ুক্তা ডাক্তরদুনা ইমাদা হায়খি, 'ওবাংদি বৃটিশ সিপাইশিংনা শাহজাহানপুরদা চঙক্ত্রে অমসুং লাম্নীগী নত্তবা প্রজা মীয়ামগী ওইবা শাসন অমা শেমক্ত্রে হায়বসি ঐহাক তারবনি। শান্তি লৈরবনিনা হৌজিক্তি নখোয় মখোয়গী মনাক্তা চৎলোইদ্রা ?'

'য়াম্না ফবা রাফমনি,' ইমানা হায়খি। 'অদুবু মখোয়গী মরক্তগী কনাবু ঐখোয়না খঙনরমগনি ?'

ডাক্তবদুনা হায়খি, 'নখোয়বুদি নখোয়গী খোঙ্গেল, নখোয়গী খোঙ্থোক অমসুং লমচৎ শাজৎতুনা খৃদক্তা শকখঙগনিনা অদুগা অমবোমদসু নখোয়গী শাগৈ নাতৈ খবসু লাক্তুনা মফমদুদা থুংলদ্রা অমসুং নখোযবু থিরম্বসু য়াইনা।'

ডাক্তরদু অদুদগীদি খুলদুগী অহন্নশিংগী মনাক্তা চৎখিরম্মী অদুগা মখোয়দা ইমাবু সাহেব নুপীনি, হাৎনগুনবা মতমদুদা নাম্থোক্তুনা চেল্লকখিবনি অদুগা মহাক অমসুং মাগী ইমুং মনুং পৃম্না শাহজাহানপুরদা চৎপা পাম্মি। হৌজিক্তি মীচম প্রজাগী ওইবা শাসন অমা লৈববনিনা কনানো অমনা মখোযবু মাগী ষন-গাড়িদা পুবিগেরা হংখি।

'নহাক্না হায়বিবা পুম্নমক্তু ঐখোয়না খঙদবা অমত্তবু য়াওদেনে,' খুলগী লুচিংবদুনা হায়বম্মী। 'মখোয়না নহাক্কী ষন-গাড়িদুদগী হেক কুমথরকপগা মখোয় কনানো হাযবদু ঐখোয়না খঙগ্রবনি।'

'নখোয়দি করম্না খঙলিবা ?' ডাক্তরদুনা হংখি।

'নঙনদি ঐবু মাইবেন'চম্ফুৎ ওইনা খল্লমগনি,' অহনদুনা হায়রম্মী।

'করিনো, মখোয়গী খোঙথাং মওং অমসুং মখোয়গী চৎপগী মওংশিংদুনা মখোয় কনানো হায়বসি অদুম মতাকচরবনি। ঐনা মখোয়গী মখোঙশিংদুবু মরুওইনা য়েংখি। ঐনা খল্লিনে, মখোঙশিংসে খোঙউপ তোংদনা চৎপা নুপীশিংগী মখোঙ নত্তে হায়বা। মখোয়না অশাবা লৈঙোই মথক্তা চেকশিন্না চৎপগী মওংদুনা প্রমান অদুমক মতীকচানা ওইজরবনি। অদুননি মখোয়না শাহজাহানপুরদা হনবা পাম্রিবদু, মখোযবু হন্নীংদ্রনে ? ফরে, গঙ্গারাম ঐহাক্না ইশামক্কী ষণগাড়িদা পুবিরগে অদুগা মখোয়না চৎনীংবা শাহজাহানপুরগী মফম অমদা হেক্তা য়ৌহন্নবা হোৎনবিরগে। হযেংগী অয়ুক অঙনবদা ঐহাক শেমশাবা লোইরগে।'

ঐখোযসু ঐখোয়গী লৈজরিবা পোৎ-চৈ খবদু পুল্লপ পৃম্না থমজরে অদুগা মথংগী নুমিত্তা চাউরাক্না পুং তরাবোম তাবকপদা ঐখোয় গঙ্গারামগী ষনগাড়িদা কাখৎলে অদুগা

শাহজাহানপুরগীদমক্তা খোঙশাল্লে।

ঐখোযগী খোঙচৎতু থৌদোক ব্রাথোক অমত্তা যাওদে। ঐখোয সহরদুদা নুমিৎ যুংবা মতুং হেন্দোক্লগা থুংলুই অদুগা গঙ্গাবামদা ঐখোয়বু ঐখোযগী হান্নগী যুমদুদা পুবিনবা হাযরম্মী মরমদি ঐখোযদি অতৈ কদাযদা চৎকদ্গে হাযবদু খঙলমদে। ঐখোযনা ঐখোযগী অতেক অকায ত্তাক্তা ওইববা হান্নগী যুমদুগী মমাংদা খামদুনা লেপলিহুদা মি: বেডমেননা লাক্লগা ইমাদা মহাক মশামক অমসুং মাগী ইমুং মনুংগী মীওইশিংনা কবম্মা হিংহৌবগে হাযবদু শপ্পপ্পা ত্রম্মী। মহাক্তা ত্রম্ববদা বৃটিশকী কমান্দর ইন চিফনা জিলাদু অমুক হন্না লৌশল্লে অদুমকপু কর্নেল ত্তোসবু অপীকপা লাম্মা কাঙ্গবু অমগা লোয়ননা শাহজাহানপুর তাক শেন্নবা হন্নগা মহাক্ত বরৈলি তম্মা অদুমক চঙশিনখ্রে। মহাক্তা হাযখি, সহর অসি অকি তদুং লৈতবা মফম হাযনদুর্মক্ত ওইদ্রে, মরমদি ফাইজাবাদকী মৌলবীনা জিলাসিগী নোংপোকথংবা তমখৈদা হৌজিকসু পাল্ল অদুগা মহাক্তা ঐখোযবু মহাক অমসুং মাগী ইমু মনুংনা লৌবিবা যুমদুদা লৈননবা হাযরম্মী। ইমাদু মহাক্কী হাযজবদুদা কযাদি যানংদবনি অদুবু ঐখোযদি হৌজিক ফাওবা যুম লৈজদবা হাযবদু ওইরব অমসুং ত্তাকশেননীনবা নুপা অমত্তসু যাওদে অদুনা ঐখোয বেডমেনখোযনা লৈবিবা যুমদুদা অহিঙ অদুমা লৈরবে। মথমসিদা এখোযনা এখোয ইখুডানা ভবতপুবদগী ঐখোযবু মাগী মনাত্তা পুবক্লবা থাবকপা মাওই অহুম্মা শাবা কাংবু অমগা থেংনাখ। অমনা নাসিমখান কৌবা শস্তোল লাম্মা পাঙপুবা নুপা অমনি অদুগা অতোপ্পা অনীদুনা ভবতপুবগী মচাবাজগা মনাইশিংনি। মু লযগী খুৎথাংদা পাখবা পাউদু ঐখোযগী খুডাগা খুত্তা যৌখ্রে হাযবা ঐখোয় খরেল অদুনানি মহাক্তা অমুক থিম্বা তৌদনা ঐখোযবু কন্নবা থবক পাযখৎলকাখ্রসি। ইমাসু মৌপ্পাগী মহাক্তা হান্না খঙজববা খুৎইদু উজবদা কপলম্মী অদুগা ঐখোযবু নুংশিননা অমাদ ঐখোযগা যাইফনবা ব্রাহি বাতানা থল্লবা মাগা চিঠিদু পাদরম্মী, মদনা ভবতপুবদা মাগী মনাত্তা লাক্লবা হাযজবক্লম্মী, অদুগাসু মথত্তা ইমা মহাক্তা মপুম্পগা ওইনা লৈহন্নবা যাবগদবা যুম অমসু ফংলগনি হাযনসু হাযবক্লম্মা।

মসি পুম্নমকসি ১৮৫৮ গী মেগী তাং অহুম নোংমাইদিং নুমিৎতনি। মথংগা অযুক্তনা পীল্লগী মমানা পীল্লুদি যাউবত্তনা এখোযগা উবত্তা থুংলবদুদা ঐখোয পুম্বা ঙক্লবম্মী। মহাক্তু অদুক্কী মতাক মথবাই বাবম্মা, অদুনা পাল্লুদু হাংপখ্রে হাযনা ঐখোযদি চপ যুংনা নীংলুবে, অদুবু মমৈথংদা মহাকপু ব্র যত্তবা ত্তাঙহল্লবা মতুংদদি খঙলে পীল্লুদি মশানা যানীংনা লৈজহৌবগে হাযনা লৈহৌবা ওইবল্লে। মহাক্তু মঙ্গল খানগা অদুক্কী মতিক থাদোক্লদ্রে, মহাক লাকউ হাযবা যাদ্রে, অদুনা মাগী মমানা মহাক যাওদ্রবসু লাকপা তাখি, খনখি মহাক নীঙমলক্লবা মতমদা মথত্তা লাকচগনি হাযনা। অদুবু মহাক্তি শুকলাক লাকখিদ্রে, মহাক্ত পাঠান্দুগা লোযনদুনা লৈমিন্নবদুনা হেন্না ফবে হাযনা খনখ্রে, অদুনা মহাক অমসুং মহাক্কী ইমুং মনুংশিংগী মনত্তা অদুম লৈথখ্রে।

ঐখোয় মহাক্কী লমচৎ শাজৎতু করিনো হায়বা খঙবা ওমখিদে ।
ঐখোয়না পীল্লু'মাগী অৱাবা ৱারীশিংদু তারিঁঙে মতমদুদা মি: রেডমেন্দু কর্ণেল হোলগী কেম্পতা চৎলুবদগী হল্লক্রম্মী অদুগা ঐখোয় পূম্নমকপু অয়ুক্কী ব্রেকফাষ্ট চামিন্নসি হায়না কৌরম্মী ।অদুবুঐখোয়দিকরিগুম্বাঅমফাওবামপুংফানাচাদ্রিঁঙেদাফাইজাবাদকীমৌলবীনা লুচিংদুনা লালহৌবগী লাম্নীশিংনা খনোট তুরেলদু হিশিংনা থোং ওইনা শারগা লাল্লক্লে হায়না তাকপা এলাম থোংলম্মী । ঐখোয়গী ইখূড়াগী মী ওইরিবা নাসিমখাননা তুরেলদা শগোল ঈরুজবিবা চৎখিবদুসু মতমসিমক্তদা চেল্লকুনা হল্লক্রম্মী, অদুগা য়েক্রবশিংনসু অরিবা, জেল খানা মনুংদা কোম পরেং তৌরগা কোম্নুংদা লৈরিবা কর্নেলনা লুচিংলিবা অপীকপা কাঙলুপুগী শগোলতোংবা লাঞ্জাবদুসু তানশিল্লকলে হায়বা পাউসু তম্রম্মী । মতমদুদা লালগী শাহুম ফংবা হৌরে । বেক্কুল খোংবগী মখোল, শগোলশিংনা খোংবগী মখোল, মী তোংদবা শগোলশিংনা লমহাঙদা খূরূপ থানা চেনবগী মখোল, তোপশিংনা কাপ্পগী মখোল, অদুগা ভাবমেন তাদ্রবা মীওইশিংনা মায়কৈ শলাই খঙদনা চেন্নবগী চরাঙনবা মখোল পূম্নমকসিনা তাক্লে অচৌবা লাম্নী খুৎপু অমনা বৃটিশকী অপীকপা লানশঙদুদা লান্দারক্লে ।

ঐখোয়সু ইশা কনজগে হায়রবদি মতম অমুক মাঙহনবা য়ারমদ্রে । গঙ্গারামগী ষনগাড়িদু হৌজিকসু ঐখোয়গীদা লৈরি । মি: রেডমেননদি ইমাদা করিসু খুদোংথিবা থোক্লোই হায়জরবসু ইমানদি ঐখোয়না খুদোংথীবা থোক্তনবা খুঙ্গংলোমদা চৎলগে খল্লম্মী । ঐখোয় পূম্নমক — অবোকসু ইমাসু ঐহাকসু অনিতসু পীল্লুগী মমাসু অমসুং ভিকি হায়বী বেডমেনগী মচানুপীদুসু ষণগাড়ি মনুংদা তোংখৎলে । ঐখোয়না ইম্খোলগী থোঙ্গাল লানথোকপদা ঙায়রিঁঙেদা লাউখোংবা তারম্মী, অদুগা উফুল মপৈ অমগী মরক্তা লালহৌবগী শগোল তোংবা লাম্নী তবা-তরানিথোইরোম শগোল য়াঙনা থৌরদুনা থাঙশাংশিদুসু নুংশিত্তা হাইরদুনা চঙলক্রম্মী অদুগা ঐখোয়গী ষনগাড়িদুবু কোয়শিল্লম্মী । ঐখোয়না মখোয়গী মবক্তগী অমখক্তা হায়খিবা তারম্মী : 'মসিদা মখোয়গী খর অমসু লৈরে, মখোয় লোইনা লোইথোক্লেসি ।' ঐখোয়না মিপাইরবা মীকূপ অমদা হেক্তো মখোয়না ইকোকথক্তা খল্লিবা ফিশিংসে শেগাইরক্লনি অদুগা ঐখোয়গী থবাকশিংসিদা মখোয়গী লংলবা থাঙশাংশিংদুনা থিল্লকলগনি । পীক্লিবা ভিকিদি মাগী মঙক্তু মখুৎ অনীমক্লাপায়শিল্লদুনাহায়রক্লম্মী,'ঐখোয়পূম্নমকঐখোয়গীখুৎশিংসিঙকশমদাকোনশিন্দুনা থমসি, মদুম তৌরবদি ককখিবা তারবসু ঐখোয়গী খুৎশিংসিদনি ককখিদৌবা, কোকশিংদি শোকহৌররোই ।'

ইমাখক্তং নত্তনা মী পূম্নমক পূমপঙ পঙথনরম্মী । ইমানা মাগী মমিৎশিংদু মিৎফমদগী চোংথোক্কদৌবমুক লাউনা পাঙথোকলদুনা, শকফমদুনসু থা কয়ামকমসু অৱাবা অমসুং তম্বা ঙমদবা খুদোংথীবা কয়া থেংনরকপগী চোকথরবা অমসুং মিয়ি মিয়ি লৈরবা মায়থোং পুরদুনা অমদি মাগী ছুড়িগী মখোক্তু লামদুনা পায়রগা অতোপ্পা মখুৎ অমদুনা মথক

কৃপ্লিবদু হাংদোক্লগা মকোক থিনগৎলম্মী। মাগী মশক মতৌদুনসু ঐখোয়গী ঈ খৌরাংলম্না মীফত্তশিং অদুবুদি কিহল্লম্মী। মখোয় শগোল চৃপ্লি চিংখৎনরম্মী।

'নখোয়না ঐখোয়দগী করিনো পাল্লিবসে, পাখং নহাশা ?' ইমানা হায়রম্মী। 'অসুক যাম্নবা পাম্বে লৈজদ্রবা নুপীশিংসিনা সহরদগী ইজ্জৎ মাঙবা অমদি শিবা কিজরদুনা চেন্নরিবসি উবদা নখোয়দা মহৌশাগা মান্নদবা অমত্তা ফাওদবরা ?'

মখোয় মখা অমুক তাবা ঙাইদুনা লেপ্লমদ্রে, ঐখোয়সি সহরদগী নানথোক্লুনা চেল্লকলিবী পাঙন নুপীশিংনি থাজরদুনা মখোয় ময়াম লৈথোক্লগ্রে অদুগা ঐখোয়গী তুংদা শগোল তোংদুনা লাক্লিবা, নাসিম খানদা ওনশিনগ্রে অদুবু মহাকসু পাইরক্কী লৌশিং লৈবা মীশক ওইরদুনা মখোয়দা মহাকসি পাঙন লাম্নীনি হায়রম্মী, অদুগা ষণগাডি মনুংদা য়াওরিবশিংসিনা মাগী মরি মতাশিংনি, ফিরিঙ্গীশিংনা সহর লৌশিনখিবদুদা থাদোক্লুনা চেল্লকলিবনি হায়নসু হায়রম্মী।

লালহৌবা লাম্নীশিংদুনা চৎখ্রবদা গঙ্গারামদু গাড়িদগী কুমথরক্লম্মী অদুগা ইমাদা মখুৎ লোন্নরম্মী, হায়রম্মী 'ফজে হৈ ! নহাকসি হকচাং পাঙ্গলদি শোনবীনি অদুবু নহাক্তি লাইবেন্থী অমগী থৌনা লৈবীনি। নুপা মখোয়শিং অদুবু অসুক্কী মতীক ফজনা লাম্বা পাবা ঙম্মী, নহাক নত্তবা অতৈ অতোপ্পা নুপী অমফাওবা ঐহাক থেংনবক্লি।'

ঐখোয়গী অৱা অনা খুদোংথীবা কযা থেংনবগী ৱাবীসিদি মসিনসু লোইদ্রি। ঐখোয় অমুক্কা চৎপা হৌগৎপদবু ঙায়রি, অহৌবা 'দুপ' লাউবা মখোল অমগা লোয়ননা, গাড়িদু চেপ্পা তুখি। চকা ধোড়াদু তেকলে। মফমদুমক্তদদি মদু অমুক শেমজিন শাজিনবা যাবগী ওইথোকপা যাবা মওংদু লৈত্রে। ঐখোযসু যেক্রবগী অতোপ্পা কাঙবু অমনা থেংননীংদ্রবদি উপায় অমা নৎত্রগা অমা তৌদুনা চৎখৎপা তাই। তোপ মকনা হুস লাউনা চৎখিবা অমসুং পোকখায়বগী মখোল, নোংমৈ অশুবী কাম্লগী মখোল অমসুং লাম্নীশিংনা লাউবগী মখোলশিংসু ময়েক শেংনা তাবক্লে। ঐখোয় গাড়িদগী কুমথনরে, গঙ্গারামদা বিদায় পীরম্লগা খোঙনা চৎপা হৌরে। ঐখোয কদায়দা চৎলিবনো হায়বসিসু কনামতা খঙনদে অদুম ওইনমক ঐখোয়গী অপাম্বদি লান শোক্লরিবা অদুদগী হেক ঙম্নমখৈ লাপথোকপদুনি।

শারবা নুংশা মরক্তুনা পৃং অমরোম চৎলবা মতুংদা ঐখোয়না পোৎপুবা গাড়ি ময়াম অমা লমজাও সড়কুদা থৈননা চৎখিবা থেংনৈ। মখোয়দু বৃটিশ লাম্নীশিংগীনি অদুগা ঐখোয়দৌনা বরৈলিগী মায়কৈ তম্না চৎনরিবনি। শেন্নদুনা চৎলিবা শিখশিংদুগী মরক্তগী অমনা ঐখোয়বু উরে অদুগা ঐখোয়গী ফীবমদুদা নুংশিবা পোকশ্রে। ইমাদু অরুম লাইহৌসু কন্না হৌই অদুনা মাবু লম্বী মপান্দা মথক্তা লৈহৌগে, ঐখোয়না শাফগদবা মফম থিরুরো হায়না তত্তনা হায়রম্মী। নাসিম খান্না শগোলদগী কৃমথরগা মহাকপু মাগী শগোল মথক্তা থাঙ্গৎপিরম্মী অদুগা মহাক্লা মনাক্তুদা ইমাবু (মখুৎশিংদুনা) শেন্নদুনা

মখোঙনা চৎলম্মী। মীকূপসিমক্তদা অতোপ্পা খৌদোক অমসু থোক্লম্মী।

নাসিম খান্না শগোলদগী হেক কূমথরকপদুদা মাগী পিষ্টোলদু কাপথোকখিরম্মী। মসিদগী ঐখোয় লোইনমক অমুক্কা হন্না মিপাইনরম্মী।

নাসিম খান্দু ইঙক গুক্লম্মী। অমসুং মহাক্না করিনো থোক্লিবদু হায়বা খঙবা ঙমদ্রিঙেদা কয়ারক কোয়রে লৈরদুনা য়েংলম্মী। 'ইহে, ঐহাকসি কয়াদা পঙথ্রবা!' মহাক্না শোল্লম্মী। 'ঐহাক্না মৌলবীগী মীশিংদু থেংনবা মতমদুদা নোংমৈদু কাপ্পা য়াননবা শেমগ্রবনি। অদুবু মহৌশা তৌবগুম য়েক্লবশিংনা উবা ফংদবমখে লাপ্পা চৎথ্রবা মতুংদা হৌজিক্তা কাপথোরক্লিনেসে!'

শিখ লাম্মীশিংদু হৌনা নোকথোক্লরক্লম্মী। ঐখোয়সু নোকপদু য়াওরোই হায়বদু যারমদে। তৌবদবু ঐখোয়না নোক্লিবদুদি ভাবমেন তাদনা ইঙাও ঙাওনা নোকখিবনি। মদুগী মতুংদদি শিখশিং অদুনা ঐখোয়বু মখোয়গী পোৎপুবা পাড়িশিংদুদা তোংননবা হায়রম্মী অদুনা অনিতনে, ভিকিনে অমসুং ঐহাক্লে হরাওনা যারম্মী, মরমদি ঐখোয়দি তপ তাবমখে চোকথনরবনি।

অসুম তৌনা ঐখোয় অতোপ্পা মাইল অহুম নৎত্রগা মরিদি চৎলবা মতুংদা অপীকপা খুঙ্গং অমা য়ৌরে, মফমদুদা ঐখোয়বু পোৎথানবা হায়রম্মী। নুমিৎ য়ুংবা মতুং ওইরবনা পোৎ পুবা গাড়ি মনুংদদি মৈ থোক্লা শাবা নুংশাদুদগী পোৎথানবা মফম অমত্তা লৈতে অদুনা ঐখোয় খুঙ্গংগী মীশিংদুগী মতেংদুদা হরাও হরাও য়ারে।

নুমিৎ নীনিগী মতুংদদি, ষণগাড়ি অমা ব্রায়বদুনা ঐখোয় খা থংবা মায়কৈরোমদা চৎপা হৌরে, অদুগা মরুওইবা সডক লমজাউ মখেদগী থৈদোক্তুনা চৎলকপনা নুমিৎ মরিনিগী মতুংদা ফতেগড়দা যৌরে। মফমদুদা ঐখোয মি: রেডমেনগী কাঙবুগা থেংনরে, অদুগা ইমানা কলেক্টরসু উন্নরুবে, মহাক্লা মঙোন্দা মতেং ওইনবা শেল খবসু পীরকখি। অদুনা ঐখোয়না ভরতপুর ফাওবা চৎপগী খোঙচৎতি য়াম্না নুঙাইনা চৎখি।

নুমিৎ তরানিগী মতুংদদি ঐখোয খুডাগী যুমদা লৈরে, মফমদুদা ঐখোয় পোৎথাবা ফংলে। শাইদাংক্ষম ফংজরে অমসুং নুঙাই মরাং কায়না লৈরে, মতমদুদা লালহৌবা কাওলূপ অমা লমদমদুদা লানশিল্লক্লদৌবে হায়বা তোকঙা অমা তাবদগী ঐখোয় লোইনমক অমুক্কা হন্না মিপাইনরুরে। মদু শৃপ্পগী তোকঙাদমক ওইরমলে। অদুবু মমাং চহীগী হৌথ্রবা যৌদোক ব্রাথোকশিংদুনা ঐগী ব্রাথলদা অসিগুম্বা মমি অমা তাদুনা লৈরে, মদুদি ঐহাক তোয়না তোয়না মঙলাক্লদুনা হৌগৎলি মতমদুদা ঐহাক্লা অকিবগী মশক লৌরবা থাঙশাং পায়বশিংদুনা গীর্জা মনুংদা চেল্লদুনা মখোয়গী মমাঙদা লৈরম্বা খুদিংমক্তা থাঙনা য়ানখিবদু অমুক হন্না উরকখি। অদুম ওইনমক ঐখোয়গী খুদোংথীবশিংদুদি ঐখোয়না ভরতপুর য়ৌরবা মতমদুদদি কোকখ্রবনি। অদুনা ঐখোয় য়াম্না ঈং তপ্পা অমসুং থকসি খাসি নাইনা চৎনবা পুন্সিদা অমুক হঞ্জিল্লে অদুমকপু পাবুংদি লৈজদ্রবনিনা মমাঙগী নুঙাইবদুগদি মান্নবদি সুকয়া য়াররোই।

ঐখোয অমুক হন্না লালা বামজিমল অমসুং মাগী ইমুং মনুংগী মবমদা তাবা ফংখিদ্রে। ঐখোযনা মহাকপু ঐখোয়দা থৌজাল উৎপিখিবগীদমক অমদি ঐখোয়বু গুাক শেনবিবদা মাগী মপুন্সি ফাওবা মাঙবা য়াবা থবক পাঙথোকপিখিবগীদমক থাগৎচনিংবনি অবুবু মহাক মহাক্কী ইমুং মনুংগা লোয়ননা বৈবেলিদা লৈতানা লৈগ্রে হায়বা খঙদবনিনা ঐখোয মঙোন্দগী ঈ-পাউ অমত্তা অমুক হন্না তাবা ফংখিদ্রে।

ঐখোয়না তাবদা কোথিব্রালি অমসুং কামবান অমদি মাগী ইমুং মনুং পুম্নমক ঈংনা তপ্না হিংনবা যাববা মতমদুদদি শাহজাহানপুরদা হল্লক্তুনা লৈগ্রে হায়। অদুবু জাবেদ খানদি মাঙগ্রে অমসুং অমুক হন্না উখিদ্রে। তৌববুদি মহাক নেপালদা চেন্দুনা লোৎখিবগ্নসু য়াই। হেন্না ওইথোকপা য়াবদি মহাক ফাববা মতুংদা অতোপ্পা লালহৌবা খবগা লোয়ননা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখিবগ্নসু য়াই। ঐনা কনা খঙহন্দনা ঈপুক্লিংনা লোন্না নীংজবদদি মহাক মায় পাক্লা নানথোক্তুনা চেনখিবদুনি। ঐখোয়না মাগী বন্দি ওইদুনা লৈখিবা থা খবদুগী মবমদা নীংশিংলকপদদি ঐহাক মহাকপু লোন্না থাগৎচদবা ঙমজদে, মহাক য়াম্না চাওখৎতবনি অমসুং রাখল মুন্না খনবা ঙমদবনি অদুগা মতম পুম্বদা তমথীবা শাজৎ চৎপনি, অদুমকপু মহাক শক-চু শাওং শাদা ফজবনি অমসুং মথৌনা লৈবা অমসুনি; অদুগা মঙোন্দা মহাক্লদি মতম পুম্নমক্তা লোৎতুনা থমখিবা পুকচেল চাউবা হায়বদুগী শকক খবদি যাওবি। অদুগা তশেংবমক্তি ঐহাক মহাকপুদি শেংনা নুংশিজে মবমদি মহাক্লা ঐহাকসিবু য়াম্না শক-চু ফজবীনি হায়না খনজখি।

## মাকম খরা

১৯০১ গী মীকোক থীবগী মতুং ইন্না শাহজাহানপুরদা (মুস্লিমশিংনা অপূনবা মীশীংগী চাদা কুনহুমদোই লৈবা মফম্নি) অপূনবা মুস্লিমশিংগী মনুংদা চাদা কুনথ্রাদি পাঠানশিংনি। মী অয়াম্বনা লৌমীনি, তৌবগীদি লৌয়াম চাবা ময়াম অমসু য়াওরম্মী। (অশেংবা পাঠানশিংদি আফগানশিংগী চারোন-শূরোন্নি, লালহৌগী মতমদা মখোয়না তৌখিবা থবক-থৌওং অদুনা মরম ওইদুনা মখোয়গা ওইজ-ওইথক য়াম্না মাগুজখি, মখোয়গী লৌ-শিং অমদি লম-তু কয়া সরকারনা মংখি। (গেজেটিয়ার)

লালহৌদা লুচিংবা ওইখিবা কয়াবু হাংখি নৎত্রগা মায়েল-বিচারগীদমক ফাগংখি। মখোয় পূম্নমক্কী মবন-মথুম লোইনা মংখি। গুলাম কাদির খান লালহৌ লোইবগী খরা মতুংদা শিখি, মহাক্কী লম-তৃ পূম্নমকসু মংখি।

(বৃটিশশিংদা) মতেঙ পাংখিবা মুস্লিমশিংগী মশীং পংয়াম য়ামখিদে। য়ুরোপিয়ান কাঙলুপকী মি. মেকলিনবু তিলহার পবগনাদা চঙজফম পীবিখিবা মীওই অনী অদুগী মথক্তা শীংথানবা য়ানা মতেঙ পাংখিবা মীশকশিংদি শাহজাহানপুরগী নাসিব খান অমদি আমির আলিনি। মখোয়না লালহৌ হেক হৌবকপগী অদুমাইদা হাংখিবা সাহেবশিংগী অশিবা মশাশিংদো লৈবোন চর্নবিখি। গুলাম হুসেইন্না কমিসাবিয়েট বিলদিং মাঙ-তাকপদগী কনখি অদুগা জিলাদুগী ওফিসতা থবক তৌবা হিন্দু কযাবু কনবিখি। (লা:১৫০, গেজেটিয়ার, ১৯০০)

জালালাবাদতা তহশিলদাব আহমেদ যার খান্না লালহৌশিংগী মীচং চঙদুনা বন্দী কয়া থাদোকখি। গুলাম কাদিরনা শাহজাহানপুরদা থুংলবগা মহাকপু নাজিমগী ফমথোন পীখি। অদুবু মহাক্না ওৎনৈবদা খাঙবা ঙমদদুনা খাঙাব অমদি খুঙ্গং অতৈগী রাজপুতশিংনা লালহৌগী মায়োক্তা লৈখি। (লা. ২৪৮. গেজোটয়ার)

মি. লেমাইস্টর, কলেক্টব ওফিসতা ক্লার্ক ওইববু গীর্জা মনুংদা হাংখি, অদুগা মাগী মচানুপীগী মরাইবকতি খঙদ্রি। (মিরুট মোফাস্‌সিলাইট, ১৮৫৮)

সিজু তুরেলগী বাংমদা মতম অদুগী শাসনগী থবক্তা য়াওবা বাহাদুর খান্না (জাহাঙ্গীর অমদি শাহজাহানগী মতমদা মরাইবক চুয়া সিপাই খনখিবা) ফাজিল্লকখিবা আফগান, ময়াম অমনা শহর অদুদা খুন্দা-লৈতাখি। অসুম হায়নবদা তাবদি, হায়রিবা আফগানশিংসে শাগৈ-জাত ৫২ নি অদুগা শাগৈ-জাত খুদিংমক্কী লৈকাই অম-মম শেমগংখি। পাঠানশিং

অদুগী শাগে-জাত মতুং ইন্না শহব অসিদা ওসি লৈবিবা লৈকাইশিং অসিগী মমিং থোনখিবনি ... সহব অসিগী মৈহৌবোল অমদি বহাদুব খানগী ইমুং-মনুংগী ৱাবী-ৱাখোঙ অইবগী মমিং থাদবা ১৮৩৯ দা ইবা লাইবিক *শাহজাহানপুব নামা* নৎত্রগা *আনহাব-উল-বহাব্দা* অমদি নবাব মহব্বত খান্না ইবা *আকবব-ই-মহব্বত* তা য়াওবি।

লালহৌগী চহী খবা মতুংদা শাহজাহানপুবগী মিলিটবি কেন্টোনমেন্টতা পোকখিবা ঐগী ইপাগী মফমদগী মাবিযম অমদি মচানুপীগী ৱাবী অসি তাখিবনি। ১৯৫৭ কী লালহৌদা হিংহৌবা মীশকশিংগী ৱাবী-ৱাখোঙনা ঐগী পৃক্লিং চিংশিনখি অমদি ১৯৬০ গী তাংকক লোইবমদাইদা ঐ শাহজাহানপুব মতম খবগী ওইনা কোয়কই। থোইনা হোংবা লৈতবা, অৱাংবা ফৃবা-দলান অমদি চেকয়ুম্না নুংশাসোব ফুনগৎহনবা তৌদবা ইউ পিগী অদুগুম্বা শহবশিংগী মনুংদা অমনি মসি। অদুঙৈগী সেন্ট মেবীগী গীর্জাদো ঐনা থিবদা পংৱা ৱাখিদে, অদুগা লোযননা মনাক্তা লৈবা কাউওমদ্রবা নুমিৎ অদুদা হাৎপিখিবা মখোয় অদুগী নীংশিং খুভম অদুসু। মফম অদু হেনৌপাম্বী পবেং অমদি বাংলোশিংনা কোয়শিনবা পাক-চাউববা প্যাবেড তৌফম লম্পাক অমদনি। কথ লাবাদুবগী মতমদা লৈবম্বা মফম অসিগী শক্তমদগী পংহোং হোংলমগদবা মান্দে। তুবেলমচা খম্লোট হৌজিকসু হিশিংনা থোং শাবগা লান্নবি।



বস্কিন বোন্দ (জ. ১৯৩৪) হিমাচল প্রদেশকী কসোলিদা পোকখি, হৌজিক্তা মুসৌবিদা লৈ। হৌজিক ফাওবদা লাইবিক ৫০ দগী হেন্না ইখ্রে মমাবোল ইংবাজিদা। মখোযশিং অদুগী মনুংদা পনবা যাবা খবদি — দি কম ওন দি কফ, এংবি বিডব, দি ব্লু অমব্রেলা (উপন্যাসশিং); নাইট ট্রেন টু দেওলি, দি বোড টু বাজাব, অব্লাব ট্রিজ স্টিল গ্রো ইন দেহবা (ৱাবীমচাশিং); টেলস এণ্ড লিজেণ্ডস ওফ ইণ্ডিয়া (ফুঙ্গা-ৱাবী); দেলহী ইজ নোট ফাব় (মশাগী পুন্সিৱাবী)— অসিনচিংবা পনবা য়াই। ইবা হৌবকপগী অদুব্রাইদা, ১৯৫৭ দা ইংল্যাণ্ডগী মশক নাইবা লেবোলিন বিযা প্রাইজ ফংখি। সাহিত্য অকাদেমিগী মনাসু ১৯৯২ দা ফংখি।

জানুমতী দেবী মক ওইনা কবিনি। শৈবেংগী লাইবিক কয়া ফোওম্রে। নেশনেল লেভেলদা পাওথোকপা কবি সম্মেলন কযাদা বার্তোন ফংদুনা শকক যাকববীনি। হৌজিক উষাভবন হাইস্কুল, ইম্ফালগী হেড মিস্ট্রেস ওইবি। মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনচিংবা সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী সংস্থানশিংগা মবী লৈনৈ। ঈশৈসু পামজন্না শকই।

মমল : লুপা ৬৫

ISBN 81-260-1863-1